


থোরবা :
পোক্লফম পব্লিকেসন

অহানবা থোক্পা
১৯৬৭ জুলাই
অনীশুবা থোক্পা
১৯৯৬ জুলাই

কপি মশীং :
১,০০০

মমল :
রুপা ৩০

নম্বম :
পান্না প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
পাউনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# হায়জবা

(অহানবা খুৎলমগী)

'গম্ভীরসিংহ নোংগাব' স্বর্গীয় নরসিংগহ মহারাজ সনা য়াথং মতুং ইনন দয়ারাম্ লৌরেম্বব, নবশ্যাম্ নিংথৌজাম্বব পণ্ডিত অনীন ইরম্বব মীতৈগি সাহিত্য অমনি। লাইরিক্ অসী মশাদগি য়াহৌদোক্কি শরুক খাইদোক্তুন তোপ্ন ইজরে। অদুগ পাবদ খুদোং চানবা পন্দুপ খায়ন ইথোক্চরে। পণ্ডিত অনীনা ইবিরম্বন য়াহৌদোক্ য়াওন লাইরিককি মশাদ ইবিরম্ই। থায়নগি মীতৈ ময়েক্ন ইব লাইরিক্নি, থরাইনা খণ্ডবিনবা বাঙ্গালা ময়েক্তা ইথোক্পনি।

জাতি অমগি মনুংদ লোন্গ কোম্নন ময়েক্ লৈতববু জাতি হায়্ব য়াদে। মীতৈগি শুসি ফাওবদ লোন্গ কোম্নব মশাগি ময়েক্ লৈজরক্ই। অদুগুম্বব ময়েক্ অদুন ইরম্বব লাইরিক্নি। ঐখোয়গি লাইবক্ থীবন বৃটিশন লিংখৎপ স্কুলদা মীতৈ ময়েক্ থম্বিদন বাঙ্গালা ময়েক্ থম্ববদগি বাঙ্গালা ময়েক্ন ঐখোয়গি ময়েক্ বাঙ্গালা সাহিত্যন ঐখোয়গি সাহিত্য ওইন খন্থিদুন য়ুমদাংবন কয়নাদুন বাঙ্গালীন ঐখোয়বু মখোয়গি ময়েক্ তাংব, ঐখোয়গি ময়েক্ লৈজদব জাতি অম ওইনা খন্দুন উশিত্তবনি। মরম্ অসিদগি ঐখোয়গি ময়েক্ন ইব সাহিত্য লৈ, উনব হন্দোক্চবনি।

লাইরিক্ অসী নম্বগি থবক্ত পুক্চেল্ চাউরব মণিপুর গবর্ণমেন্টন মতিক্ চাব সেল্ পাংবিদুন ফোংজবনি। মাদুগিদমক্ মণিপুর গবর্ণমেন্টকি পুন্শি চুপ্না লম্মল তোন্জরবনি।

ইতি

শ্রীচন্দ্রসিংহ

# বাহৌদোক্

## (পণ্ডিত অনীবি)

শ্রীহরি হয়ায়ে য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম সরস্বতী হম্বু নারেঙ্ শূবীগ য়োয়্বু গৌরী লাইরেম্ম সনা লিন্ গোয়গি গনেশ লাংগোই তাঙ্জ লুরেল্ হেক্বগ অনীমবু হন্নূন হন্নূন প্রনম্গে। অসুম্বন প্রনম্লবগ নোংবাল্ অঙোম্ নিংথৌ ধনি লংমাই থেম্বগ, নুংবাল্ লুবাং নিংথৌ গৌরশ্যাম্ মাইস্নাম্ চাগ শেন্নোয়্ মপা তাউ অনীম, অহল্ মতম ওইন মাল্লৈ চিঙ্ওন্নকলব নিংথৌ হাক্থক্ মীরোল্ খুদিঙ্বু লান্নোই ফম্নাইরক্রব বায়র শাথোঙ্ অরাম্ব, হুয়েল্ লাম্থোঙ্ অচৌব খৈবিক্পু উরক্লব, লৈরেল্ অরাম্ব্ উরেল্ অচৌববু খঙ্লক্রব, বাথল্ লাইজ ঈরিক্ লাইওম্ব অনীমন উন্বী লৈনিঙ্শিংন পোইরে যুবারাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেবদ য়াথং বাকথচয়ে। লাইরেল্ মশাবি তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন খোমবগি কোরও নোংগা সৈবু সৈওঙ নাতে থিন তেংথা সৈশেম্জগে হায়জববু হোয়্য়ারবগি শেন্নোয় মপাতাউ অনীমন পাওমেল্লক্য়ে। লোয়ম্ বাংঙম্ নহা দয়ারাম্ লৌরেম্ব নঙগ নবশ্যাম্ নিংথৌজাম্ব নঙগ নবিঙঙান লিক্লাই কোরও ঈনোংথৌ তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন্খোম্বগি তুবি মতিক্ অরুব, লাইরেল্ মতৌ সৈওন্ব সনা মরেবাক্কি নিংথৌ চাক্চা নুংঙাইববু নম্দ হন্নূন শ্রীবৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখিবা লাইরেল্ মশাবি তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন খোমবন নোংগাখিরবদ লিক্লাই মশানৌ শ্রীনরসিংহ চিঙথংলেল পামহৈবন নিংথৌ মপারি নাউবা অথূববু পন্থৌ মহুৎ লৈন শিন্নূন পোইরে খুন্নিংথৌবু ওইন শেম্বিব, লিক্লাই মচিন্ মনাওগি নুংশি চান্নব অসীবু হয়েং পোইরে চাদোন্নূন কাউদনবা, বাংঙম্ শূদোন্নূন নিন্দুম্ নিলহৌনববু তেংথা মরেংথিন সৈশেমও হায়না পাওমেল বাগি পাউখুমলকয়ে। নদাইরেম ঐখোয়দি

পায়্ম লৌশিং তাম্, উনবী মচাক কণ্ড, লৌয়শিং তম্ভা চপেমতোল্তম সৈওঙ নাপ্তে খণ্ডদরিবা মশেন্নে তৌইগুম লিক্লাই কোয়ও ইলোংথৌ মশানৌ মচিন্ মনাও অনীমগি গুণপাদ মতিক অরুববু তাঙ্জ লূদ থোং, কুটি দণ্ডবং তৌন প্রম্লবগ থাগি চেপাক্ অমূবদ কাণ্ডপ্রু মিতম্ য়েক, অঙৌব চেদ মূকতম্ কোয়জা য়েক মূক্মে নারিল্ শোল্ কোলোম্ চিন্দাই খিন তুবি মতিক্ অরুব লাইরেল্ মচিন্ মনাওগি চান্ন মতৌ ওহোকপবু তেংথা সৈশেমজরক্কে। বারম মরেং কণ্ডব, তেংথা লাকশোয় নীকপ, থাক্ম থোইয়া শব্দি লণ্ডজ বারৌবিদন লিক্লাই মচিন্ মনাওগি গুণ মতীক অরুবনে হায়ন ক্ষমা ধর্ম্ম তৌন ঙাকপিয়ো।

লাইরিক ইব অনী

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

## অহানবা পন্দুপ্

(১) লাইরেল্ মৈতেংঙু ভক্তি রতন্ অচীকপদী লম্চং মহৌশাবু ওইনবা প্রেমভক্তি মচি য়াইমবুবু থম্মোই খুলিংবিহেবা নিংথৌরেন্না পোইরে সনাপুঙ্, অসিদ থৌরম্ মপৈ য়াম্বা, বায়র শাথোঙ্ লাঙ্, হুয়েল্ লানুথোঙ্তম্, লৈরেল্ উরেল,মীওই  লাইওই, লাইনিঙ্ শাজেল্ ওম্তম্ থৌরাঙ্ পূন্নমবু ওম্চিং মীকোক্তোং, নোংশাং মহয় চান অসুম্ পাল্লবদ যুক্তি বাখল্ মহৌশা লাইনিঙ ফম্হোং নাইদন পূক্নিঙ্ মেঙ্থোইব, লৌশিং উয়থোইব বাখল্ সমুদ্র লাইজ ঈরেল্ পূঙ্গুম্বন লাইরেল্ সনা মহাকশাংগি বয়স, কিথৈ য়েংন থৌরম্ মতোল্ লোম্লরোই হায়ন মতোম্ শংশঙ্ন খঙজরে।

(২) লাইরেন্ ঐন ঈপল্ মৈতৈলৈমু নোংবাল্ নোংশূরোল্ খুযোংশু হুয়েল্

---

[১] অথোইব লাই ওইব মৈতে নিংথৌ ভক্তিতন অথোইব মরল্ ওইনব, মপূক্নিঙ্ ইঙ্কন লম্চং মহৌশা ওইনব, মীপুম্ পূদিঙ্গি থম্মোইদ শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমভক্তি পীনব নিংথৌরেন্না মৈতে লৈবাক্ অসিদ থৌরম্ কয়াদ শাকম্ অদুব, লাল্কম্ অকব কয়াদ লৈবাক্কি মায়রোং ওইদুন মী, লাই, লাইনিঙ্, লাইশোন্নচিংব থবক্ পূন্নমক মকোক্ ওইন লম্চিংদুন নুংঙাইব মহয় চানুন মতম্ কুইন পাল্লকা অক-কত্ত খবন মহাকবি ওইব, লাইনিঙ্কন পূক্চেল্ লেম, অথোংপদ ওইব, মহাক্না খব বাদ লেঙ্দব লৌশিং লৈব, মহাক্কি বাখন্ন সমুদ্রগুম্ চাংজৌ নাইদন পাক্প নিংথৌরেন্না মশাগি চহীগি কিতম্ য়েংবা মহাক্না নিঙ্লিব থবক্ অদু মতোল্ লোম্না পাঙথোক্প ওম্লরোই হায়ব তশেংন খঙজরে।

[২] নিংথৌ ঐহাক্না ঈমা ঈবেম্ম মৈতৈলৈম অতোম্ চনুন পোক্প খুথোং মহুমগি

কাবুবা ফাবী মাতৃদেবী ঈনুং শিল্‌য়োম্‌নুংগি মালেম্ লৈতারক্‌উংগি মখেবু শ্রীগুরু সনা মখোঙ্ খাদ য়োয়ন থৌগল্ ফংজরক্‌প শ্রীগুরু মপাউতাক্তগি তানফংজব কুরাং উন্‌শা মিং অসীদি অপাম্ চেংলৌ লওনিঙ্‌মিং মায়া সিফা মিংন্নে।

(৩) মায় তোপ্‌ন হুন্‌থোক্লব থম্মোই লাইমিং অরাব, কোরও নোংলোল য়েংলবগ নোংলোল্ তরেং উনমিং, মালেম্ লৈরম্ য়েংলবগ লৈরোল্ তরেং খঙ্‌নমিং, অহিং মন্নববুদি ঙাল্‌লব, নোংথিল্ অঙান্‌ববুদি মন্নব, থম্মোই লাইমিং অরাবন গৌরিয়া ধর্ম্ম অথোইবগি সনা মখোঙ্ খা অসিদ লাইনিঙ্ ঈহৌশাবু থাথোক্‌তন নিঙ্‌জরিব অসীন তানফংজরবদ বারম্ চয়খে লোম্‌লে।

(৪) নুংঙাই ঐগি চাক্‌চাবু তানফংজরব, বায়েল্ মীকোক্ তোংন পান্‌ফরিব অসীন করিনো? পাখৌ লম্‌লোয় চান্নবন কোয়োয় লৌনন্নব বাগিরা?

(৫) নুংঙাই নম্‌দ হুন্‌ন তাইবঙ্ মীরৌলাং লোল্‌য়াম্‌ববু মিংয়েং শান্‌খৈদনব হাওরে নোংচুপ্‌লা পাংবরম্ শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইব, ঋতু তবুক্‌ন থৌগল্‌বাই, কল্পবৃক্ষ

---

মচান্‌পী কাবুবা ফাবীগি গর্ভদগি (পীপুক্‌নুংদগি) হেক্ পোক্লক্‌প নুমিংতগি হৌরদুন শ্রীগুরুগি সনা মখোঙ্ খাদ চঙ্‌জদুন থৌগল্ তৌজবদ শ্রীগুরুন তাক্‌পিবদগি খঙ্‌জবদি ঐখোয়গি চুম্‌নগি মিং অসীদি লৈচিন্‌ন থনব অপাম্‌ব পোং য়েংনব মিংনি।

[৩] মাঙ্‌দ য়েংবদ মায় তোপ্‌ন পান্‌বগুম্ উদ্রব, থম্মোইনুংগি অথুম্ন বাখল্‌গি মশক্ ওইব অবাব মিংতি নোংলোল্ পাংন য়েংলবসু নোংলোল্ তরেংথকি বাখল্ ফংব, লৈরোল্‌নুংদ হন্‌থন য়েংলবসু লৈরোল্ তরেংথকি বাখল্ ফংব অহিংগুম্ মন্নব বাখল্‌দ লায়ন খঙ্‌ব, তাইবঙ্‌পানগি ঈরাং হেদোই হেয়াউকাব বাখল্‌দি খঙ্‌দ্রব অদুগুম্‌ব মিংকি মশক্ ওইব অবুব পূক্‌চেল্‌ন গৌরিয়া ধর্ম্ম অথোইব অসীবু থাদোক্‌তন নিঙ্‌জব ঈরম্‌চথন মরম ওইদুন ফংজরিব অসীন লোইরে।

[৪] নুংঙাই য়াইফব, চানিঙ্ব চাদুন ঈনিঙ্ তৌন পানব, নিংথৌ ওইদুন মীকোক্ থোংন পাল্‌লিব অসীন করি কান্নরিব? অদুগ মীওইব অসীবু চান্‌নব মরুপ্‌ন লৌনম্ তৌদুন মখোয়গি ওইজব থিনলবরা?

[৫] নুংঙাইব পূন্নমক্ অসী থাদোক্লগ মীওইবগি লাংগি মশক্ ওইব ফংথ্রব মত্রৌ অসী উদনব নোংচুপ মায়কৈরোম্‌দ লৈব ঋতু তবুক্‌ন থৌগল্‌লিব, শিদব উপানদ য়েংচব উরী-লৈগি মনম্ন পূক্লিঙ্ হুরব, কোকিল্ কৌব উচেক্‌কি নুংশিম্নব খোজেন্‌ন থল্‌লব রসগি

উপাল্ শিদবদ লতা উরী খ্বাঙ্ল্লেথৌনে মনম্ নুংঙল্ পুক্লিঙ্ হূব কোকিল্ গোম্বী খোঙ্লেল্ নুংনৌবন য়াকাফম্, রসরাজ মূর্ত্তি শান্কোঙ্ফম্, যুগলব্রহ্ম ফম্বীরেল, প্রেম ঈথক্ খোঙ্হৌফম্ থবায়, লায়হিংগি তোংজেৎ হিথাংফম্, অতিয়া ফৌথী ওন্নফম্বু ইন্তালগে।

(৬) দেহমঞ্জরী নুংজান্বীগি হৈনা মতুং ইন্‌ন শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমগি য়োয়্ন থৌগন্‌জবুরগে।

(৭) নন্দ-যশোদা ময়াল্‌য়ায়্দ নাউনৌব শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমন লোক্‌লৌ শান কোন্‌ন য়োয়্চান্বিরসুনো হায়ন নিঙ্খল্লব বাগি নিংথৌ পুক্লিঙ্ অথূপ্পবু নমু মীয়াম্ কনা খঙ্হন্দন লাইরেল্ মাগি পাইরৌরেম্ শীনৌ নোংথোন্ব কীর্ত্তি লংমাইথেম্ব, নিংথৌ পায়্ম উন্‌গোয়্নুংগি বারম্ অথূপ্পবু খঙ্মন্নবদ বাহম্খিয়ে।

(৮) হে পাইরৌরেম্, নহাক্ন শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইবগি লম্দম্ মপা খন্ন ফুরা লাইয়ুম্ শেম্ কোলোয় শঙ্তেং নুংঙাইব, অতেংশঙ্-খুংশা নিঙ্থিববু শান্‌শেমলু-ও হায়ন টাঙ্গা লল্‌য়াম্ পীন থৌশিখিয়ে।

(৯) বারম্ অসি মতুংদ তুবি মপাতোন্ নোংচুপ্ লমগাই ঙম্ব মপারি

---

অথোইব মশক্ শ্রীকৃষ্ণন পোক্নফম্, ব্রহ্মগি মশক্ ওইব রাধা কৃষ্ণ অনীমকি তূঙ্নফম্, মীওইবগি মক্ত্রব, প্রেমগি পোক্নফম্ ওইরিব, মীওইবন অরাম্ব শূভম্ ফংলবদ হিথাংকম্গি মশক্ ওইব পন্থুংফম্, তাইবঙ্ শান্বগি লাইরেবাক্ য়ৌনব লাংওন্‌গি পোক্নফম্ শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইবদ চৎলগে।

[৬] ঐগি মঞ্জরীগি লোয়নবী সিদ্ধিমঞ্জরীগি মতুং ইন্দুন শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমগি থৌগল্ তৌজবুরগে।

[৭] নন্দ যশোদা অনীমক্কি ময়ুম্দ পোক্প শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমন মথাদ কোন্ব মচাগুম্ চেৎন চান্‌ন থম্বিরসনু হায়ন খল্লদুন কনাগুম্ব মী অমদ সনা পুক্লিঙ্গি বাখল্ তাক্তন সনা পুক্লিঙ্গি অথূপ্প বারম্ খঙ্ব মবাই ঈবুংঙো লংমাইথেম্ কীর্ত্তি নোংথোন্‌বদ তাক্‌পিখি।

[৮] হে ঈবাই ঈবুংঙো নোংথোন্ব, নহাক্ন শ্রীবৃন্দাবনগি মনুংদ নুংঙাইব লম্ খল্লগ ফুয়ান লাইশঙ্ শারু, অদুগ লৈনবব য়ুম্ অম তোপ্‌ন শারুরো হায়ন শেল্ য়াম্‌ন পীদুন থাগ্রে।

[৯] অদুগি মতুংদ মতোল্ ঈবুংঙো ভদ্রসিংহ নোংচুপ্ লম্গাই ঙম্বগি মচা ঈবুংঙো

শ্রীনরসিংহ চিঙ্থংলেন্ পামহেবদ য়াথং চিঙ্শাং খোইরেন্ হীগুম্বন পাওমেন্খিয়ে।

(১০) শানৌ ঈবুংঙো চিঙ্খোঙ্ য়ায়মব-ও, লিক্লাই নশাবি ঐদী চেংলও মিংলম্ পাংবরমগি শ্রীবৃন্দাবন সনা লৈময়োন্গি চিঙঙ্ লাইফম্ খুদিঙ্দ নুংঙাই পূক্লিঙ্ থুনে খাচঙ্ দর্শন তৌন খোইমোম্ কোরও ললশাবুরগে।

(১১) নিঙ্জ পূক্লিঙ্ থুংলগ সনা লৈকোয়্ পূঙ্দ থিংলৌ নিঙ্ন তেন হল্বাইরক্কে। লিক্লাই ঈশানৌ-ও, নঙ্বু উন্বী পূক্লিঙ্ চেংও। পায়্ম পূক্লিঙ্ লোঙ্দন সনা লৈবাক ঙাক্-ও। লাইরেন্ নশাবি ঐন পোক্রম্ব ঈমোম্ তম্মা বাংঙম্লোন্ লুপা য়োয়থম্বান্গুম্বীগ মদু নিংথৌ নাউবা অখুব সনা কোন্খাঙ্ লৈগুম্বগ অনীম শাংমন্নব অসীবু লিক্লাই নশাবি ঐন পোক্চব নংতরে।

(১২) লিক্লাই ঈশানৌ নঙ্ন পোক্চব লৈরাং মতম্ মান্গুম্ন নুংশি থাদ কোন্ন লাইরেন্ নশাবি ঐবু নুংশি খুংপায় থাদোক্তন নাউয়োক্পিয়ো হায়্ন কোম্নোয় য়াথং অথুম্ন পূম্নমবু বারম্ অসুম তৌন খঙ্হল্লে।

---

শ্রীনরসিংহ পাঙলবদ চিঙ্শাংদগি লোক্প খোইহীগুম্ন থুম্লব নিঙ্থিব বাহয়ন তাক্পিখি।

[১০] ঈনাও ঈবুংঙো নিংথৌগি মনাও য়ায়মব-ও লিক্লাইগুম্ব, নয়াম্ব ঐদি কৌব্ মায়কৈদ লৈব অথোইব লম্ শ্রীবৃন্দাবনগি লাইফম্ খুদিঙ্দ পূক্লিঙ্ থুনে নুংঙাইন খুন্নুম্ খাজঙ্দুন অশিবগি লম্বেল্ পাক্নব থৌরাং তৌবুরগে।

[১১] করিগুম্ব ঐন নিঙ্ব থুংলবদি সনা লৈবাক্ অসিদ অমুক্ হল্লককে। ঈনাও ঈবুংঙো মহাকৃতি নপূক্লিঙ্ চেথন লৈয়্। নপূক্ অনী লোঙ্দন লৈবাক্ অসী ঙাকহৌ। নিংথৌনি হায়ব নয়াম্ব ঐন পোক্চরম্ব ঈচা ঈবেম্ম লুপাগি থম্বাল্গুম্বী তম্মা সনাগ মপ্পা ঈবুংঙো অঙাং মচা ওইরিব সনাগি লৈগুম্ থোংলিব অসীগ পোক্মিন্নজব অনী অসী নয়াম্বুং ঐনা পোক্প ঈচা নংত্রে।

[১২] লিক্লাইগুম্ মক্ত্রব, ঈনাও ঈবুংঙো নহাকন পোক্চব নচামক্কুম্ন নুংশিন নাউকোন্বিদুন ঈচিন্ ঈনাওন নুংশিনব বাখল্ অদু কাউদন য়োক্পিহওরো হায়দুন অথুম্ন বারম্ পূম্নমক্ অসুম্ তৌন সনা য়াথং খঙ্হল্লে।

(১) বারম অসি মতুংদ পোইরে মালেম্ লৈবাক্ কোইব অয়াম্ব ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমক্ত বাহম্থি। নখোয় লৈবাক্ খিবিক্ক লিক্লাই ঈশানৌগ য়াথং চয়রোয়্নন উন্বী পূরিঙ্ পূক্মান্নন পোইরে সনা লৈবাক্ ঙাক্ মন্ন-ও হায়্ন লিক্লাই সনা ময়াথং অরেপ্পবু খঙ্হল্লে।

(২) লাইরেল্ শংলৌ মথৌরাঙ্, তুবি য়েললাং মঙমৃতম্ লেঙ্দব, সনা ময়াথং হোংদববু উরবগি লিক্লাই মশানৌ পোইরে যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পামহেবনচিংন পোইরে লৈবাক কোইব, বাংঙম্ বায়েল্ মীকোক্ থোংব, লোয়্নশঙ্ ফম্নাইরিব থৈবিক্ন লাইরেল্ সনা মখোঙ্ খাদ মালেম্ লৈফাইতু ভক্তি কাওবী চীগ লূক্ন হন্ন হন্ন প্ররুম্জখিয়ে।

(৩) লাইরেল্ কোরও ঈনোংথৌ, লিক্লাই তাইবঙ্ সোরারেল্ নমু পোংহন্ব ঈবুংঙো তা অও, লাইরেল্ নঙগি শংলৌ নথৌরাঙ্ য়েল্লাং নঙমৃতম্ব অসিবু করম্বনো? নতাইরেম্ ঈখোয়্দি শুম্দিল্ কোয়্রেল্ লাই ময়ায় কোয়্রেল হুইরেলগি লীক্লাং য়াইমবুবু লৈতন বাংঙম লৈকোয়পুঙ্ অসিদ লৌশিং পন্থাং ফম্বু খঙ্দন করম্ য়াংগোইঙম্ ও হায়্বনো?

---

[১] অদুগি মতুংদ মৈতৈ লৈবাক্কি অচৌ অশাং অয়াম্ব ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমক্ত তাক্পিখি। নখোয় লৈবাক্ পূন্নমক্ক ঈনাও ঈবুংঙোগ লোয়্নন পূক্চেল্ খোয়জেল্ মান্নন, বা ঙাঙ্নবদ মরৈ য়েংনদন লৈবাক্ অসী ঙাক্মিঞৌ হায়্ন নিংথৌ মহাক্কি সনা য়াথং অরেপ্প অদু খঙ্হল্লে।

[২] নিংথৌ মহাক্কি লেঙ্লরোইদব থৌরাঙ্, তৌগদৌরিব থবক্ হোংলোইদব সনা য়াথং অদু উরবদ মনাও ঈবুংঙো যুবরাজ নরসিংহনচিংদুন লৈবাক্ ঙাক্লিব, বায়েল্ থৌদাবদ মকোক্ ওইরিব নিংথৌ মচা, লোয়্নশঙ্গি ফম্নাইব পূন্নমক্ক নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ লৈবাক্ত ওন্ন থোইন ভূদুন ভক্তিগ লোয়্নন নোল্লুক্ন হন্ন হন্ন খুরুম্জখি।

[৩] লাইদগি থোইব নিংথৌরেল্-ও তাইবঙ্ পান্বদ লৈব মীগি সোরারেল্, মী মরক্তগি অথোইব ঈবুংঙো তাবিয়ু। নিংথৌ নহাক্ন লাঙ্লিব থৌরাঙ্, তৌগদৌরিব থবক্ অসীবু করম্বগিনো? ননাই ঐখোয়্দি লৈবাক্কি লাইওইব নিংথৌ, লৈবাক্ অসীগি ময়োল্ ওইব সনা কোনুং অসীগি লীক্কি সুমৈবুগুম্ব নিংথৌ পান্দন সনা লৈবাক্ অসিদ বাখল্ ফিরেপ্ফম্ খঙদন করম্ন পাল্হৌ হায়বগে?

(৪) পামেল্ উজাউ মরুম্ থুপ্তর তন্না শোইনৌ অপিশান মাঙাং মমাঙ্ লেপ্‌ঙমদব, খাব উন্নেল্ হীন য়েহৎপ ভূগুন্নঙেনে হায়ন প্রেম থকৃমদন য়াথং হীকহায়নন অসুম্ বাকথচববু লাইরেল মৈতেঙ্গু ভক্তি লাংওল থোইখোয়বদি সমুদ্র লাইজ ঈরেন্ পুন্ন ঈশিং লুমবু শাবিদ, ঈরিক কোঙ্গোল্ শৌবিদবগুম্ লাইনিঙ্ মহৌশাবু লেঙ্‌বিদে।

(৫) লাইরেল্ কোস্রোয় মপাউমেন্‌বু হোংদ্রবগি ব্রাহ্মণ শাগেরেন্‌দগি ভক্তি সিদ্ধান্ত দয়ারাম ঠাকুর অথোইবনচিংনে ব্রাহ্মণ লাই ওইব, পণ্ডিত লাইরিক্ হৈব, বৈষ্ণব লাইবু নিঙ্ব পুন্নমক্ন ভক্তি মালেম্ লৈদ পক, কাওবী চীগ লুক্, মীকপ্ খোঙ্গেল বাং, প্রেম ধারা ঈচেন্‌নন পুনেম্‌জখিয়ে।

(৬) লাইরেল্ মৈতেংঙু শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজ বৈষ্ণব ভাগবত থোইকোয়ব, পূণ্য মুর্ত্তি চঙ্খোন্‌ব, ধর্ম্ম অংশ মপুরেল নঙ্ন পোইরৈ সনা পুঙ্মরোল, নবাংঙম্ মনিল্ নাইব অসীবু নমদ হুনন শ্রীবৃন্দাবন লৈময়োন্‌বু ইন্‌দান্‌খিরগে হায়ন শংলৌ থৌরাঙ্‌লিব অসীবু লাইরেল্ মৈতেংঙু নহাক্তি নতাইরেম্ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমক্ল গৌরিয়া ধর্ম্ম লাইরম্‌লেন্‌দ চৎলিব ঐথোয়

---

[৪] উ অচৌবন কন্‌দব, উজাউগি মরুম্ থুপ্তব উনৌ অপিশক্ন নুংশিং অকন্নন হুম্‌থুবদ খাঙলদুন লেপ্ন ঙম্‌দবগুম্, অদুগ তম্‌থিন ইঙ্ব উনন য়েহৎপদ অরেম্বদ মাঙ্‌বগুম্ লৈবাক্ অসী মাঙ্‌লগনি হায়ন মমিংত মপি কংদন হীরু হীরু হঙ্গথচববু ভক্তিগি মশক্ ওইন গোক্রব নিংথৌরেন্‌দি পাক্লব সমুদ্রগি ঈশিংনে নুমিৎকি মৈশাদ শাবিদব অমসুঙ্ কোঙ্গোন্ কাহন্‌ব ঙম্‌দবগুম্ নিংথিব সনা পুন্নিঙ্ হোংবিদ্রে।

[৫] মৈতেংঙু গম্ভীরসিংহ নিংথৌন তাক্‌পিব য়াথং অদূ হোংদ্রবদ ব্রাহ্মণ মরক্তগি অথোইব দয়ারাম ঠাকুর ভক্তি সিদ্ধান্তনচিংদুন লাই ওইরব ব্রাহ্মণ, লাইরিক্ হৈব পণ্ডিত, লাইনিঙ্ব বৈষ্ণব পুন্নমক্ন ভক্তিগ লোয়নন মরুলুক্ন লৈপাক্ত তাদুন খোঙ্গেল্ থোক্ন মমিংত মপি তান লাউন কপ্‌তুন খুরুম্‌জখি।

[৬] লাই ওইরব মৈতৈগি নিংথৌ শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজ ও, বৈষ্ণব অথোইব, পূণ্যগি মশক্ ওইরব, ধর্ম্মগিসু মশক্ ওইরব, নিংথৌ নঙ্ন মমিনে তাইবঙ্ ফাওরব, নগুণ চাউরব নিংথৌ নঙ্ন পান্‌ব লৈবাক্ অসীবু হুনদোক্‌লগ শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইবদ চৎলগে হায়ন থৌরাঙ্ তৌরিব অসী, নিংথৌরেল্ নহাক্তি, ননাইশিং ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমক্ন

খৈবিক্কি ধর্ম্ম উপাল্ শিদববু ওইন পূক্নিঙ্ হয়াউফম্বু ওইনরিব নিংথৌরেন্নে।

(৭) লাইরেল্ নঙ্ন নপোইরে সনাপুঙ্ অসিদ ধর্ম্ম উপাল্ শিদব মহাক্পু মালেম্ লৈখোঙ্ শোম্ন থাবিরে। অমৃত লৈহী অথুম্ববু খিক্ফেল্ চাইন নাউয়োকপগি ধর্ম্ম উপাল্ মরেপ্ ফংন পামেল্ মহয় পান্গে তৌগুম্লবদ উপাল্, খুৎথা হয় মহাক্পু লিন্থু মন্না ফংনে করম্ য়াহ্নোক্কে হায়বনো?

(৮) পামেল্ উচাউ মযুম্ থুম্নদি খাব উল্ন ফংদে, মালং নুংশিং লাংদে, খাম্বী মৈন চাক্তে। ধর্ম্ম লাইবু নিঙ্ববশিংগি সাধু শমু মখোঙ্খাদ য়োয়ন থৌগল্ ফংজবদি বারম ঈকাই কোক্লয়ে, প্রসাদ মপাল্ ফংজয়ে। হে ঈবুংঙো নিংথৌ লাইবু নিঙ্ব-ও, য়াইবী থবায় লান্ন চাক্পু নতাইরেম্ ঈখোয়গি থৌজাল্ নিজফম্বু লৈরয়োইয়ে।

(৯) ব্রাহ্মণ লেংন তিন্ব, পণ্ডিত লাইওইব পুন্নমগি তড়া চাফম্কোৎ, য়াবা পূজাউরেন্বু ওইরিব, লঙ্জ অয়োম্ব খৈবিকপু য়াইবী থবায় ঙাক্পদ শিদ হিদাক

---

লাইরম্লেন্গি মযু ওইব ধর্ম্ম অসী চৎপদ ঐখোয় পুন্নমক্কি ধর্ম্ম অসীগি শিদব উপাল্ ওইন নিঙ্দূন হয়াউজনব মফম্ ওইরিবনি।

[৭] হে মহারাজ ঈবুংঙো, নহাক্ন সনা নৱেবাক্ অসিদ উপাল্ শিদবগি মশক্ ওইব ধর্ম্ম অসী মপূঙ্ ফান চাউনববগিদমক্ ধর্ম্ম অসীগ কোম্বব সংকীর্ত্তননচিংব চাউখৎনব তৌদূন মখোঙ্ শোম্বগুম্ হোৎনরে। অমৃতগি মশক্ ওইব সংকীর্ত্তনগি ঈথক্ হওহন্দূন মপূঙ্ ফানব হোৎনবদগি ধর্ম্ম অসীন মপূঙ্ ফাগদৌরক্লব অসিদ নখুৎন থাব হয়পাল্গি মশক্ ওইব ধর্ম্ম অসীবু করম্ন মযু ফংন মাঙ্হন্গদৌরিবনো?

[৮] অচৌব উচাউ মযুম্ থুম লৈবদি অইঙ্ব উল্ন য়েব ঙম্দে, অকম্ব নুংশিংন য়েব ঙম্দে, অদুগ লম্গি মৈনসু চাক্প ঙম্দে। ধর্ম্ম লৈব, লাইনিঙ্ব সাধুশিংগি মনাক্তা লৈদূন মখোয়গি সেবা তৌজবদি, নম্ভব ফম্ভব থবক্ তৌবগি ঈকাইব ফংদে, মহাক্কি মপান্দগি কাম্বব ফংঈ। হে ঈবুংঙো, লাইবু নিঙ্ব নিংথৌরেল্-ও, মীওইবন থবায় হিংদূন শিবদগি হিংনরিব চাক্নিফম্বু লৈরবোই।

[৯] ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব পুন্নমক্ন তিন্ব, লাই ওইব পণ্ডিত পুন্নমক্কি চেঙ্গি পূক্কয়, সনা লূপাগি লন্কয় অচৌব ওইরিব, অদুগ অয়োল্ অয়াল্ খৈবিক্কি মথবায় হাৎপ তারববু ঙাক্পি হৈবদ শিদ-হিদাক্কি মশক ওইব নিংথৌরেল্-ও, তীর্থদ লৈনব লাইফম্ পুন্নমক্কি

য়াইরবচান্‌গুম্‌ব নিংথৌরেল্ ও, নহাক্ত তীর্থ লাইকম্‌লেন্‌বু ইন্‌তান্‌বিবগী হায়বগি পূক্লিং অইব অসীবু হনবাইবিয়ো।

(১০) তুবি শংলৌ নথৌরাং, লাইরেল্ য়েল্‌লাং নগম্ তম্‌বু চপ্লবগিও হায়ন হন্‌ন হন্‌ন থৌখাম্‌জববু তুবি সনা ময়াথং নিংথিব শ্রীবাক্যামৃত অথুম্‌বন পাওমেল্লকুয়ে।

(১১) হে ব্রাহ্মণ লাইওইব ভক্তি সিদ্ধান্ত অথোইব ও, খোয়ুম্ নোংদম্‌ব মাগি নোংদমখোন্‌দি য়াবা শেন্‌য়াম্ পীন হোংফদে, নিংথৌ শমু মমায় য়েংঙ্গ থম্‌ফদবগি ব্রাহ্মণ লাই ওইব,পণ্ডিত লাইরিক্ হৈব, বৈষ্ণব লাইবু নিংঙ্গব নথোয়গি কোন্নোয় নয়াথংবু তাঙ্জ লূদ থোংন হোয়্‌য়াফদবন হে ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লাইবু নিংঙ্গব-ও, পায়ম নথোয়গি উন্‌গোয়নুংদ অবা ঈশৌ লাংন নিংলুগুনো।

(১২) তাইবংগ লম্‌দাংশাংগি মহৌশা পাথৌ লম্‌লোয় লৈরি, অড়েং লল্‌য়াম্ লোইরি, নমু মীকোক্ থোংলি হায়ন লম্‌চং কোন্‌থোং কান্‌ফদে।

(১৩) খোয়ুম্ নোংদম্‌খোন্‌গি মতুংইন্‌ন লম্‌লোয় চান্‌নব, লূম্‌লেল্

---

মকোক্ ওইব শ্রীবৃন্দাবনদ চংলগে হায়ন সনা পূক্লিংগি অইব অসী থাদোক্‌পিয়ো।

[১০] নত্তিক্ নগুণ্ চাউরব নিংথৌরেল্ নহাক্ত তৌগে নিংলিব থৌরাং, তৌগে হোৎনরিব থবক্ অদু থাদোক্‌পিয়ো হায়ন হয় হয় থাম্‌জরবদ নিংথৌরেন্‌গি সনা য়াথং নিংথিব, অমৃতদগি হেন্ন থুম্‌ব অমেংব বাহয়ন তাক্‌পিয়কুই।

[১১] হে লাই ওইরব ব্রাহ্মণ অথোইব ভক্তিসিদ্ধান্ত-ও, মীওইবগি মরাইবক ইরিব লাইন তম্‌ব নোংদম্‌দি সনা লুপা ময়াম্ পীদুন হোংহন্‌ব য়াদে। অদুগ নিংথৌনি, অচৌবনি হায়বগি মমায় য়েংদুন তম্‌ব্রব নোংদম্ অদু ওহোক্‌প য়াদবন লাইগুম্‌ন নগুণ লৈরব ব্রাহ্মণ, লাইরিক হৈরব পণ্ডিত, লাইনিংব বৈষ্ণব নথোয় পূমমক্কি য়াথং অদু ইন্‌দুন লাইগি নোংদম্‌বু কক্‌প য়াদবন হে লাইনিংব ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অপুম, থোইদোক্‌ন নুংঙাইতব বাখল্ তৌনুরগনু।

[১২] তাইবংগ পান্‌বদ পোক্‌প জীবন শিব কাওবদ চংকদব লম্‌শাং অসী চংশগি হৌনব, ঈমান্‌নব মরূপ লৈরিব, ইনাক্‌খুল্‌লি, ঈমান্‌নব মরুপা মকোক্ ওইব অচৌবনি হায়দুন শিগদব নুমিৎ য়েংখোক্‌প য়াদে।

[১৩] লাইন তম্‌ব মতুং ইন্‌ন চান্‌নব মরূপ, নুংশিরব নুপী থবায়দগি হেন্‌ন নুংশিজব

নুংশিবী, পারি ঈমোম্ নুংওনবী, তড়েৎ শেল্য়াম পুন্নমবু হন্‌ন য়েংদন চৎখিগনে।

(১৪) লিক্লাই ঐগি ঈশানৌ পাঙ্গল্ মথোক্লকপ,গুণ মতীক চঙ্‌খোম্ব শ্রীনরসিংহ অহেম্ব, পোইরে যুবরাজ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈব তুবি ঈহাক্‌শাংগুম্‌ববু লৈয়ে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নখোয়বু চাইচোৎ ঈশৌ লাংদন লাংগোল্‌ঙিনে। পুক্লিঙ্ অবা চঙ্‌হন্‌দন নাউয়োক্‌পিঙিনে।

(১৫) লিক্লাই ঈশানৌ অসীবু নহাল্ তুবি ঈশাবি লৈবদি লেংন ফাং, লাইরেল্ ঈশানৌ লৈববু লেংন তিন্‌বলক্তগি শেন্‌বী কবো নোইনিংখোইগুম্বনে। লাংগোই শায়াম্‌লক্তগি মুক্তা লৈব শাগুম্ব, চেক্লা পোম্‌বী চেক্‌য়াম্‌লক্তগি খরঙ্ হাইনু চেক্‌কুম্ব, চিঙ্‌লেল্ পল্‌লংলাদগি চন্দন পোক্‌প চিংগুম্ব, নম্‌খম্ সনা ঈগি কিয়াংকোল্ মচংগুম্ব, ঈশানৌবু লৈয়ে।

(১৬) হন্দক্ লাংওল্ মপোক্ অসীগি শিঙ্‌লেল্ খয়োম্ শান লৈরাং লৈপুল্ অমতবু ওইনদি পুন্‌মম্নরক্লবনে। হয়েং মপোক্ লাংওল খুদিঙ্‌দসু নুংশি চান্‌ন খুৎপায় থানদন পোক্লঙিনে।

---

ঈচা নীপা-নুপী, লৈজব ঈরল্ ঈথুম, পুন্নমক্ হন্‌ন য়েংলম্‌দন চৎখিগদবনি।

[১৪] নিংথৌ ঐগি ঈনাও ঈবুংঙো মথোক্ কারক্‌পগি মপাঙ্গল্ কল্লিব, মপাঙ্গল্‌গি মতীক্ মগুণ চঙ্‌খোন্‌ব মৈতৈ লৈবাক্ অসীগি যুবরাজ অথোইব শ্রীনরসিংহ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈব অসী নিংথৌ ঐহাক্‌ক মান্নবনি, মহাক্ লৈরি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নখোয় পুন্নমক্‌পু অবা অনা খুদোংথীব পুন্নমক্ নংহন্‌দন মচা য়োক্‌পগুম্ য়োক্লকনি।

[১৫] নিংথৌ ঐগি ঈনাও ঈবুংঙো অসীদি নহান্‌ঙৈ ঔবা লান্‌থেনেব মতম্‌দ নিংথৌ ঐগি ঈয়াম্ব ময়াম্, ঈনাও ময়াম্ লৈব পুন্নমক্‌ন মশক্ উখিক্লব মতম্‌দ কবো লৈবাক্ত লৈব মশক্ ভোগ্ন চোংথোক্‌প উচেক্ নোইনিংগুম্‌ন মগুণ লৈবনি। শামু শায়াম্ মরক্তগি মুক্তা পক্‌প শাগুম্ব উচেক্ শঙ্গলক্তগি খুনুখরঙ্‌গুম্‌ন ঈচঙ্ থৌব, চিঙ্ ময়াম্ মরক্তগি চন্দন্ হওব চিঙ্‌গুম্ব নিংথি সনা ঈগি ঈরেন্দ লৈব সনা অহিংবগুম্ব ঈনাও ঈবুংঙো লৈরি।

[১৬] হন্দক্‌কি মপোক্ অসিদ ঈচিন্ ঈনাওদি লৈ নাচোমগুম্‌ন থাদোক্‌নব য়াদন পোক্‌মিন্নরক্‌লবনি। মপোক্ মপোক্ খুদিংদসু নুংশিনব অসী থাদোক্‌নব য়াদন পোক্‌মিন্নরগদবনি।

(১৭) লিক্লাই ঈশানৌ অসীগি শংলৌ মথৌরাঙ্, য়েল্লাং মঙমৃতম্ পাম্বোম্ অবামল্ থয়াঙ্ মথৌমনৃগিবু, বারম্ মথংশিংন বাহমৃলক্ কে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লেঙ্গন তিন্ব পোইরে লৈবাক্কোইব অয়াম্ব নখোয়সুঙ্ উন্বী পুক্নিঙ্ পীন নাতা-ও।

(১৮) লহাল্ মাঙ্গি লাইরেল্ ঈশাবি শ্রীমারজিৎ সিংহ থোংনাং ময়াংঙম্ব, নোংপোক্ বাঙ্গরং পাম্হৈবগি নিংথৌ সনা মহাক্থক্ত পোইরে সনা লৈকোয়পুঙ্ অসীবু পানা পাম্বোম্ মরিমবু থৌগল্ মীকোক্ লাক্ল নমু মীশিঙ্ থীববু লখা মাপল্ লিশিঙ্ নিপাল্ শুরম্লে।

(১৯) অসুম্ পাল্লম্লবদগি লহাল্ হাওরে নোংপোক্লা পাংবরম্গি শেম্লোয় মপাতাউ ঔবা তোঙ্দোয় মপুঙ্য়োয়দগি ধর্ম্ম মানিক্য মহ্রা নিংথৌগ বারম্ হায়ন বা থৌরম্ অচেৎপবু সত্য ধর্ম্ম বাশক্ কায়ন বাকাউবুবগিদমক্ত ঔবা মনিংথৌ মালেম্ লৈকোয় ফম্বন য়াইবী কলহও নীক্ তিল্লাং মখোয় শাউন পাওমেল্লক্লে।

(২০) শোম্লোয় ঈপাতাউ অবাং পোইরে মৈতৈ নিংথৌ অসীবু হায়ন য়াথং হোংন ধর্ম্ম বাশক্ কায়ব অসীবু পাথৌ লোয়নন চান্নবগি হওন মরম্চৎপু নত্তে। হে ঈতাইরেম্ ঔবা লান্জিংলেল্ কানেউল্, অতোংউল্ অতোংউল্, পাখানউল্,

---

[১৭] ঈনাও ঈবুংঙো অসীগি মান লাঙ্গব মথৌরাঙ্, মান তৌরক্প থবক্ মপাম্বোম পাঙ্গল্গি বাজরক্প, মপাঙ্গল্ মথৌনাগি বা মগং মথং হায়রক্নে। ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, লৈবাক্ পুরিব অঙম্ অথৌ নখোয় পুন্নমক্সু পুক্নিঙ্ চঙ্গন তাবিয়ু।

[১৮] লহাল্ মমাঙ্ঙৈদ ঐহাক্কি ঈয়াম্ব নিংথৌ শ্রীমারজিৎ সিংহ ময়াংঙম্ব নোংপোক্ বাইরং পাম্হৈবগি সনা হাক্থক্ত মণিপুর সনা লৈবাক্ অসীগি পানা মরিগি মীশিঙ্ থীবদ মী লখা মাপল্ লিশিঙ্ নিপাল্ শুরম্লে।

[১৯] মতৌ অদুম্ন পাল্লম্বদগি ঈয়াম্বন নোংপোক্ মায়কৈদ লৈব ঔবা তোঙ্দোয় লৈবাক্কি নিংথৌ ধর্ম্ম মানিক্য মহ্রা নিংথৌগ ভাঙ্গনব অচেৎপ বাবু বাশক্ কায়ন কাউথোক্লুবদগি লৈবাক্কি মকোক্ ওইরিব ঔবা নিংথৌন শাউদুন মপুক্নিংদ নুংঙাইতবগ লোয়নন হায়খি।

[২০] ঈতাও চান্নব, মণিপুরগি নিংথৌন হায়নব বা হোংদুন লেপ্নব বাশক্ কায়ব অসীদি চান্নন তিন্নব মরুপ্ত চৎকদব লম্চৎ নত্তে। অদুন হে ঈতাইরেম্ ঔবা লান্জিংবে মকোক্ কানেউল্, অতোংউল্, পাক্খানউল্, অমসুঙ সরাউল্ মরিমক্ তাও মণিপুর

সরাউল্ মরিম-ও, মণিপুর পোইরৈ মৈতে নিংথৌগি সনা শঙ্গাই চঙ্, ফুরা লাইয়ুম্ মূথন পন্থেংলু ও।

(২১) ঔবা তোঙ্দোয় মনিংথৌগি কোম্রোয় ময়াথংবু তাঙ্জ লুদ থোংন ময়ীম্ খাম্রল্ মনিল্ নাইব, ঔবা তানদবদি কক্চেং লুচাউবী চান মালেম্ লৈপুথোক্ লৈমায় শীগুম্ হুয়েল্ লাল হওরক্পবু নমু মীশিঙ্ থীঙমদে।

(২২) লাংগোই মোইসায়াব্ মশিঙ্ চনী শু, কোরও নোংশগোল্বু লিশিঙ্ য়াও, বান্তং ফৌপু শন্বু মপুম্ পাঙমদন পোইরৈ তম্দ তা, বাংঙম্ তম্দ কুম্লক্লবগি খাম্রল্ মায়োক্য়া, ঔবা থাফংনন হুয়েল্ লাল্শোক্লববু লহান্নোং শেম্রোয় মপাতাউ অনীমন বারম্ হায়ননোংগি অচেৎপবু কায়হল্লবদি খোয়ম্ লাই নোংদম্ব চিঙঙ্ বায়েন্বন উরবগি খোইমোম্ মমায় লয়, চিঙঙ্ মনম্ মুক্খিরবগি ঔবা লালশোক্ মায়োক্ য়াঙম্দ, পোইরৈ চেপ্ন হয়, বাংঙম্ লোংন হল্ পোইরৈ লান্থোঙ্ কায়ন হুয়েল্ লালচেন্নবগি পোইরৈ সনা পুঙ্দি লোইদাম্ ইঙা তেরা পাইগুমলে।

(২৩) পোইরৈ লাঙ্তক্ন, বাংঙম্ লাঙ্ফেন্নন কোংব লৈরেল্ পুঙ্গুম্

---

সনা লৈবাক্তা মৈতে নিংথৌগি সনা সঙ্গাই য়ৌন চঙ্লগ লাইশঙ্নচিংবে মূৎপ ফাওব লাল্থেনেন্নু।

[২১] লাল্জিংলেল্ মরিমক্ ঔবা তোঙদোয় নিংথৌগি য়াথং অদুগি মতুংইম্ মখোয়গি মগুণ ফাওরিব, মীগি মবা তাম্রব মী উশিৎক্রব ঔবাগি লাক্ঙম্ ফাঙম্ব্রব তেঙ্গোল্ন লৈপাক্ চেন্ব কক্চেংন লৈমায় শীম্ব থুংন চৎপগুম্ মশীঙ্ থীঙম্ব্রব ঔবা লান্মীন লাল্ হওরক্লে।

[২২] শামু য়াপন্ব ২০০, পাইবগুম্ন য়াঙ্ব শগোল্ ১০০০ ফৌ চেঙ্ পুননব শল্সু মশিঙ্ থীব ঙম্দন পুরগ লাল্ লাক্পন মৈতে লৈবাক্ য়ৌদুন মণিপুরগি কোনুং য়ৌরক্লবদ ঔবাগ মায়োক্ য়াদুন হাক্থেংনন লাল্ থেংনবদ মমাঙঙৈগি মরুপ অনীন ভাঙ্নখিব অবুব বাবু থুগাইখিব অদুগি মীওইবগি অফ-ফত্তব শীঙ্গ্রিব মান মান তৌব থবক্কি মতুং-ইম্ অচুম্-অরান্ বায়েন্ব লাইন মমায় লৈথোক্খিবদগি ঔবাগি লান্দ মায়োক্ য়াব ঙম্দবন মৈতে তেঙ্গোন্ন মরাঙ্ হওন তেঙ্গোল্ কায়দুন লাল্ চেন্নরক্লবদ মণিপুর লৈবাক্তি ঈঙা থাগি তেরা মফোন্ন মায়কৈ খঙ্দন পাইবগুম চেন্নরে।

[২৩] মণিপুরগি মীয়াম পুন্নমক্ তৌফম্ থৌরম্ খঙ্দবন কোঙ্ব মরুগি পুঙ্ থোন্ব

থোন্ঙম্দ চিঙঙা চিঙ্জাউ থোন্গুম্ন লান্নংলবগি নহা নুবী, শল্ ব্রাহ্মণ, হনু-হন্ব, পুন্নমবু কনা থাক্তন হুয়েল লাল্চেন্নে হায়দবরা?

(২৪) পোইরৈ মচেৎ অমগ লাইরেল্ ঈচিন্-ঈনাওগ ঙাইরোয়নন থায়ন লহাল্নোংগি ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌ শানৌ মচিন মনাও মঙাম্মন চহী কুম্শিঙ্ শুনব সনা বিরাট, লৈবাক্ত শাম্বুপ্প লৈরাং মতম্ মান্গুম্ন থোংনাং মপুঙয়ায় ময়াং মশাইকোন্দ শাম্বুপলে।

(২৫) অসাইঙেগি পোইরৈ সনা পুঙ্দ লৈরৌব নমু মীয়াম্ অদুন হুয়েল্ লাল্চেল্ খুভম্ খঙ্দন লৈহৌব পোইরৈ অপক্মা পুন্নমদি মতৌ করম্ ওইবনো হায়রবদি লোইবী হাওমল্লাংগি য়াংগেল্ নাফা তোন্নৌশৎ খুরেপ্ য়াইখু মফম্ তাউ, মরেম্ য়াংগেল্ শুম্শিংন মালেম্ লৈমায় শিংপ ভুগুম্ববু লৈপাক্ মরোল্ হু, তওরাং ফক্চা কোন্গুমন মতোম্ মতোম্ খোম্খিয়ে।

(২৬) মপারি নুংশি থানঙম্দববু শিঙ্লেল্ শেংনরে, মমোম নুংওন্বীবু লৈরাং খায়নরে। মথংলেল্ লাইওই তাম্ন সতী পুক্লিঙ্ কায়রে। তাউব হুয়গুম্

ঙম্দব চিঙ্ঙা চিঙ্জাউ মকোক্তা থোন্গংপগুম্ অবাব ঙম্খৈ খঙদন হনু হনা, নহা নুবী, শল্ ব্রাহ্মণ পুন্নমক্ লাল্ চেন্নরে।

[২৪] মতম্ অদুদ মৈতৈ লান্চেন্ব খরগ ঈচিন্ ঈনাও ঐখোয় অনীগ লোয়নন মমাঙঙৈদ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌম মনাও মরিগ লোয়নন মচিন্ মনাও মঙামক্ন হায়নব চহী শুনব বিরাট লৈবাক্ত লোৎখিবগুম্ন ময়াং লৈবাক্ত, ময়াং খুল্লক্ত লোৎভুন লৈরে।

[২৫] অদুগ লাল্ চেন্দন মণিপুর লৈবাক্ত লৈহৌব মীয়াম্ অদুন লাল্ চেন্ফম্ মফম্ খঙ্দবন লৈহৌরিব অখিক্ অচোই মীয়াম্ অদুগি বান করম তৌরিবগে হায়রবদি চিঙ্গি পাম্লও অমন্বদ হওব য়াংগেল্গি অনৌব মতোল্ শৎলগ নিংখিন পুল্লব য়াংগেল্ শুমজিংন লৈমায় শিংপ অদুগুম্ন, লৈপাক্ কান্বদ চিথদন ফাল্বগুম্ লৈবাক্ অসীগি মী অমত থাক্তন ফক্লেল্ কোন্বগুম্ অঙম্ অঙম্ব খোম্নখ্রে।

[২৬] থানব ঙম্দব নুংশিরব মচানীপা, পুক্লিঙ্ হুন নুংশিবী মচা নুপীবুসু পাম্মুব লৈবু হুন্দোক্পগুম্ কায়নরে। সতী ওইবী নুপীশিংন মহাক্কি মরম্দ লাই ওইন নিঙ্জব মপুয়োয়বগ থাগ্নখিবদগি সতি পুক্লিঙ্ কায়ন লান্নংনেখ্রে। মৈতৈ পুন্নমক্ হুয়গঙ্ থাবে হুয়গুম, য়েন্পোন্দ হায় য়েন্গুম্ মনিঙ্ তৌব ঙম্দন ফাদুন লৈকাই মরিমক্কি মী পুন্নমক্

কঙ্গ শি কাইরে য়েন্গুম্ পোন্দাই লাক্ন লৈকাই খুন্থোঙ্ মরিমবু কাওরেল্ শঙ্গু হোইগুম্ন কোরও নুমিৎ তরাতরেৎনিবু মীরাং তাংথৎ নাইদন অসুম্ খোমখিরে হায়দবরা?

(২৭) পোইরে নুংশি মীকপ্ বা অসীদো নমু কনাগুম্বন হায়ঙম্গবনো, হায়ঙম্লোইয়ে। ময়ীম্ খাম্রল্ মনিন্ নাইব,ঔবা তান্দবশিংদো লমহুয় শাবায়থৌন শারেল্ লম্শা খোঙ্গুল্ লীব তুগুম্ববু থোংনাং তম্দ তা, ময়াং তম্দ কুম্ন থোংনাং লাইহিজিঙ্ মনিংথৌগি সনা লাক্থোঙ্ য়ৌ, কোলোয় শঙ্গাই চঙ্ন অসুম্ পন্থেং লবগি থোংনাং লাইহিজিঙ্ মনিংথৌদি থোংনাং মরৈবাক্, ময়াং মশাইকোন্বু নম্দ হুন্ন হুয়েল্ লান্চেনখিরে।

(১) ময়াং খুল্লেপ্ ঙম্দ্রবগি লাইরেল্ ঈচি-ঈনাওন পোইরে হাথেব, বাংঙম্ খুন্দাংব পূম্নমবু পাউ কৌখৎলবগ পোইরে মীয়াম্ পূম্ন তিল্, বাংঙম্ লেংগ ফাংন য়াকারবদ লিক্লাই ঈচি-ঈনাওন থৌতোংখিয়ে।

(২) পোইরে থয়াঙ্ কোন্দাইরোন্ব, বাংঙম্ অথৌ লিচা হেম্নশিং-ও, লহান্নোং ঈয়ু লাইরেল্ মৈতেংঙু শ্রীযুক্ত গরিবনিবাজ নোংপোক্ বাইরং পামহেব,

---

শদ্ শঙ্গু হোইবগুম্ মীগি মরীন মিরাংগি মরীন তংতবগুম্ হোইদুন নুমিৎ তরা তরেথনি চুম্ন পুম্রে।

[২৭] মতম্ অদুদ মণিপুরগি মীন কম্নখিবগি অবাব বা অদু কনানবু হায়ব ঙম্গবনো, ঙম্লোই। মী পূম্নমক্ন মথোয়গি মপাঙ্গল্গি বা তানগ্রব, মী পূম্নমক্পু মী ওইন নিঙ্গ্রব ঔবাশিংনে শাগি খোঙ্গুল লীব হৈরব অথৌব লম্হুয়ন লম্শাগি খোঙ্গুল্ লীদুন তান্নবগুম্ ময়াং লৈবাক্ য়ৌন লান্চেনব মীবু তান্নরকপ ময়াং লৈবাক য়ৌরকতুন ময়াং লাইহিজিঙ্ নিংথৌগি কোনুং চঙ্দুন লান্ তাররবদ ময়াং নিংথৌ লাইহিজিঙ্ নিংথৌন মরৈবাক্ ময়াং লৈবাক্ মহাক্কি কোনুং হুন্দোক্তুন চেন্খ্রে।

[১] থোংনাং ময়াং লৈবাক্ক মরৈবাক ঙাকতুন পান্ব ঙম্দ্রবদ নিংথৌগি ঈদ পোক্প ঈচিন্ ঈনাওন লান্চেন্ব, খুল্ থৈদুন লৈরিব মৈতৈ, মফম অদুদ খুন্তাংদুন লৈব নিংথৌ মচা-মশু পূম্নমক্ পাউ চেন্দুন মৈতৈগি মীয়াম্ তিল্লব, নিংথৌ মচা ময়ামন তিল্লবদ ঈচিন্ ঈনাওন মথৌ শঙ্দুন হায়খি।

[২] নপাঙ্গল্ন লৈবাক য়োক্লব, মীতে নথৌনান অথৌব শক্লব নিংথৌ মচা অপুম্ব,

রেখে ভেল্হৈব, হুয়েল্ কালামুং ফাব নিংথৌ সনা হাক্থক্ত লম্লেল্ মতাইম চিবী লোক্লাউবুগু চখা শল্লুংথেল্ কাঙ্গোল্ নোংদম্ ঈ বাংজিঙ্ লোক্লুখুম্দ খায়ল্ তেঙ্গোল্ মাপল্ তারকয়ে। অদুসুঙ্ মতোম্দে।

(৩) লম্লেল্ মতাইম কেগে থংজিঙ্ লিবামৈ মোইরাং হাওতম্ তুরু খোং, ভোর্ব্বুং কোন্জিল্ মোইরাং খুগা চংবী তুয়া, কেগে মোইরাং শঙ্গোঙ্ পুনেম্ব রম্দ থোংনাং মনিল্ নাইব, তখেল্ তানদবন তেঙ্গোল্ তরামাথোই শুন মোইরাং তম্দ তারক্তে, লৈবাক্ নিংথৌ পান্ব অনীমন পোইরে থাংচপনন পঙ্গেংলভৈদসু লেমলৈ অহুকপ বানজেং অহাববু ইল্লেল্ চাউকোয় উপকুম্ন ফারৌয়ে হায়য়ে।

(৪) লাইরেল্ ঈচি-ঈনাওসুঙ্ ঈয়ু নিংথৌরেল্ অদুগি মনোংয়ায়নে। ঈতাইরেম্ নঙ্খোয়সুঙ্ ঈয়ু নিংথৌরেল্ সনা মহাক্থক্তসুঙ্ নাচুঙ্ খোংফৈ ওই, লৈরাই শোয়উ ওইন মালেম্ লৈবাক্ ঙাক্লক্রবশিংগি মপারি মনোংয়ায় মশেন্নে।

---

মমাঙভৈদ ঈবুথৌ নিংথৌরেল্ শ্রীযুক্ত গরিবনিবাজ নোংপোক্ মায়কৈ পাম হাইবগুম্ ঙমবগি নোংপোক বায়রং পাম্হৈব কৌব, ভেল্ শুবদ মপা লৈতবগি রেখে ভেল্হৈব হায়ন মিংথোন্ব লাল্দ কালামুং হায়ব অথৌব অদুবু ফাখিব নিংথৌ সনা মহাকথক্ত চিবী লোকলাউবুঙ্, চখা শল্লুংথেল্ কাঙ্গোল্ নোংদমঈ কৌব বাংজিঙ্ তুরেল্গি মযুদ ঔবা তেঙ্গোল্ মাপল্ন লান্ তাখি। মাদুনসু লোইদে।

[৩] মোইরাংলোম্দ থংজিঙ্ চিঙ্খোঙ্ রোংলাউবী তুরেল্ন কোন্ব ভোর্ব্বুঙ্ কোন্জিল্, মোইরাং খুগা চংবী তুয়া, মোইরাং শঙ্গোঙ লাইন কোন্ব লম্দ মমিং চংলব তখেল্ লাম্বী, মী য়াম্মন অমন হায়ব অমন তাদব কাঙবু তেঙ্গোল্ তরামাথোই লাক্তুন মোইরাং মায়কৈরোম্ লাল্ তারক্তুন নিংথৌ পান্ব লৈপাক্ অনীন নাক্ য়েন্তগি চপ্শিন্দুন লৈবাক্ অসীবু লাল্ তারব মতম্দসু তুখুল্ তারব শা, অচাব ঙাবু অচৌব ইল্ন উপ্তুন ফাবগুম্ তখেল্ ঔবাগি তেঙ্গোল্ য়াম্ন ফাহৌই হায়।

[৪] লাইরেল্ ঈচিন্ ঈনাও ঐখোয়সু অদুগুম্ব নিংথৌরেল্ অদুগি মশুনি। অদুগ ঐখোয়গি ঈতুং ইল্লিব নখোয়সু ঈবুথৌ ঈবুংঙো নিংথৌরেল অদুগি সনা হাক্থক্ত শিঙ্ ঙাক্নব থিংঙেল্গি খোংফৈগুম্ লৈবাক্ ঙাক্লকপ, শোয়গি লৈরাইদ যুবে উন খোংফৈ ঙাক্পগুম্ অচৌবা লাল্ফম্দ লৈবাক্ কল্লক্লব অদুগুমব অকল্ অথৌগি মচা মশু ঙাক্তনি।

(৫) হন্দক্কি হুয়েল্ লান্শোরুব অসিদ খঙ্নগৈনে। পাখং থবাক্ চুঙ্ওইন পামবোম্ টিমেল্ টাগ ওইন থৌদ্ নুঙ্দুম্ ওনগুম্ন ওন্শিন্নসি।

(৬) শূক্মু লৈতেম্ যেন্বগুম্ যেন্জিন্মিন্নন হুয়েল্ লাল্ শোক্নসে হায়ন থৌথোংলবদ লিক্লাই ঈশানৌ শ্রী নরসিংহ চিঙ্থংলেল্ পামহৈব, অবাং নোংশু মহা লীথিঙ্ তেল্হৈবন লাংগোই মথ্নেং কোনা চুদা হেন্ন, মশোং লওরী শুংদাই মান্ব, মথ্জিল্ লৈমতোম্ব, শূমায় উফুল্ মথক্ত লাংগোই লোংন ওন্ন শা।

(৭) অবাং নোংথী মালং নোংশিং মঙাও হৌবগুম্ব শগোল্ য়াখে কুম্শিঙ্ মরি শূবন লাংগোই মইল্লক্লিব লিক্লাই ঈশানৌগি পায়ম নুংজঙ্ব তিল্লাং খোয়তাব শাবু লাংগোই শগোল্ শবোং শেন্ন কোঞ্জিল্ লুবুক্ লৈন তাউন লাংগোই শয়াঙ্থক্ত তোংখৎলবগ লাংগোই শগোল্ খুৎশূরী শোংয়া নম্

(৮) খূনেং মিতম্, নাক্থং শাজয় খোম্মোনফু, শাজয় নম্য়য়নন হুয়েল্ লান্মিং কোরী হও, নীপা পুক্চেল্ পন্দোল্ লোম্ন মখা ক্রক্ চীক্ন লাল্ফম্ চয়রক্ খায়ন থওজিন্খিরবগ ঔবা নিংথৌ মপারি পাতিঙ্ মেঙদা কৌব সনা

---

[৫] হন্দক্কি লাল্ফম অসিদ মখোয় অদুগি মচামশূনি হায়ব অদ্ খঙ্নসি। পাখং নখোয় ঐখোয়গি থবাক্ন চুঙ্ ওই, পাম্বোম্ন টা ওইদুন শিব নাব কিদন নুঙ্দূম্ন অপন্ন লৈভন অঙন্বদ ওন্থবগুম্ ঐখোয়সু অহন্ব নাইদন ভক্শিন্দুন লাল থেংনসি।

[৬] শূক্ হুন্বদ লৈবাক্ ভক্থায়দুন চঙ্শিন্বগুম ঐখোয় নখোয়সু ভক্শিন্মিন্নদুন লাল্ থেংনসি হায়ন মথৌ শঙ্দুন হায়রবদ ঈনাও ঈবুংঙো শ্রীনরসিংহ যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পামহৈব সোরারেন্গি মচা লীশূ তেন্শূ হৈবগুম্ লান্দ হৈবন মহাক্কি খূনেংশা শগোল্ কোনা নিঙ্থিব, মশোংন লওরী শুংদাই মান্ব, খুজিল্ যুনে তাব, শূমাঙ্ উফুল্ মথক্তা লোংন ওন্ন শা,

[৭] নোংলৈ নুংশিং অকন্বগুম্ লাক্লব য়াদব, য়াখে হওব চহী মরি শূরব, মপাঙ্গল্ ইন্থংলক্প ঈনাও ঈবুংঙোন খোয়দাজব শগোল্ অদ্ শবোং শেম্দুন ময়াদ, য়াচল্ চন্দুন শয়াঙ্থক্ত তোংখংলে। অদুদগি খূৰ্জী অদ্ শগোল্ মশোংদ নম্দুন

[৮] খূনেং কাংতক্ তৌরগ নাক্ য়েংত শাজয় কারল্ য়ুরগ শাজয় নম্থা থাদুন লাল্গি মৈথূন মমিং কোরিমুক্ ভাগুন নীপা ওইবগি পুক্চেল্ লোম্লগ মখা ক্রক্ ক্রক্ চীক্তুন ঔবা তেঙ্গোল্ মরক্ত শগোল্ থওজিনখ্রে। ঔবা নিংথৌগি মচা নীপা পাতিঙ্

ইল্লেল্ অহুম্ খান্‌ব চোয়নৌ সনা লীফক্ লম্‌ঙানব চয়রে ফিথা থক্কি মালেম্ লৈফাওতুন থিম্বুরে।

(৯) ঔবা লান্‌গ মাঙ্‌লে, খাম্রল্ তেঙ্গোল্ কায়রে, ঔবা লাল্‌য়াম্ শিরে। খাম্রল্ হুয়েল্ য়াইশিঙ্ মুৎন ঔবা লান্‌থোঙ্ কায়রবগি খাম্রল্ নমু মীপুম্ অমতবু ঔবা মীকোক্ অমতবু হিংখিদে। অসীসুঙ্ লিক্লাই ইশানৌগি থয়াঙ্ মথৌমল্, পাম্বোম অবামল্‌গি পোইরে অপক্‌মা পুম্নমক্ লোক্‌লৌ শান কোন্‌ন লাংগোল্‌লক্‌পনে।

(১) বায়ম্ মতৌ অমসুঙ্ লাইরেল্ ঐন নিংথৌ সনা পল্‌লু ওই, লিক্লাই ঈশানৌন পোইরে সেনাপতি হুয়েল্ লান্‌জিংলেন্‌বু ওইন থোংনাং লৈবাক্ ঙাক্‌লিঙৈদসুঙ বায়র শাথোঙ্ অয়ুম্ব, হুয়েল্ লান্‌থোঙ্ অচৌব থোংনাং শেন্‌থিন, ময়াং পাইথিন ঈচি চিয়েক্ল ঈনাও নাওয়েক্লবগি বায়ম্ ঈরে চন্‌ন তুনুং লংলো পুন্‌গুম্‌লবদ তুবি ঈপা চা, লাইরেল্ ঈয়েল্‌লুশিং কনাগুম্বব অমতন পাঙ্গল্ তেঞাং লৈতরবদসু লিক্লাই ঈশানৌন লাইরেল্ মশাবি ঐবু নুংশি খুৎপায় থাদোক্‌ত, চান্‌ন লীয়েৎ কায়দন মতম্ পাঙ্গল লাংবু ওইনয়ে।

---

মেঙ্‌দা হায়ব পে অহুম খান্‌দুন কজরব সনা লীকক্‌ত ফিদা থাদুন কম্‌লিব অদুবু লৈপাক্ কাওন থিন্‌থুদুন হাৎখি।

[৯] ঔবা তেঙ্গোল্ লাল্ ঙম্‌দদুন তেঙ্গোল্ কায়দুন চেম্বরে। ঔব লাম্বী য়াম্‌ন শিব্রে। লাল্‌ফম অদুদ তেঙ্গোল্ তুম্‌ন শিরবদ ঔবা তেঙ্গোল্ অদুগি মী অমত হিংখিদ্রে। মাসীসু ঈনাও ঈবুংঙো মহাক্‌কি মথৌনাগি মপান্‌ন মহাক্‌কি মপাঙ্গল-মপান্‌ন মৈতৈ অথিক্ অচোই পুম্নমক্‌পু মথাদ কোন্‌দুন য়োক্‌পগুম্ কন্নক্‌পনি।

[১] অতোপ্প অসীগুম্বব বাফম্ অমন ময়াম্ব ঐহাক্‌ন লৈবাককি মকোক্ নিংথৌ ওইরগ ঈনাও ঈবুংঙোন মৈতৈ লৈবাক্‌কি লাল্‌জিংলেল্ সেনাপতি ওইদুন ময়াং লৈবাক্ ঙাক্‌মিন্নরিঙৈদসু অচৌব শাফম্ কয়াদ অকব লাল্‌ফম্ কয়াদ ময়াংশিংনে মশেল্ মবাই য়েংথিনবদ মচিন্মনাও অমগ অমগ য়েক্নরক্‌প লংলো লংজিল পুম্বগুম্ ভাইশিন্নব য়ায়রক্‌ত্রবদ নিংথৌ ঐগি ঈপা ঈতোল্‌ন পোক্‌প ঈচিল্ ঈনাও কনা অমতন ঈতেং পাংবিনব লৈত্রব মতম্‌দ ঈনাও ঈবুংঙোন ঐহাক্‌পু ময়াম্ব ওইবগি নুংশিন নিঙ্‌ব অদু থাদোক্‌তন, চান্‌নব অদু কাউদবন অবাব মতম্‌গি পাঙ্গল্ ওইনখি।




(২) নিংথৌ চাক্‌চা [illegible] [illegible] মণি[illegible] ওইন নুংঙাই মরাং কায়ন পান্‌ববু তাল্[illegible]। অসীসুংঙ লিক্লাই ঈশা[illegible]গি থয়াঙ মথৌমল্ পাম্‌বোম্ মরুম্ পান্‌গিনে।

(৩) পোইরৈ সনা লৈকোয়পুঙ ঈরৈবাক্ মালেম থেন্‌মায়লাং, চোয়নৌ সনা চংলৈরেম্বা লুপা থেন্‌মায় লাংনে পান্‌ব পুঙ ঈমু তুবি য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেল্ পাখংব হ্যকোক্‌পুঙ মেন্‌খোম্ব লৈয়োল্ লাংগি লাংকোই শারোক্ পুঙবু ময়ীম্ খাম্রল্ মনিল্ নাইব ঔবা তানদবন মোংব য়ীম্‌মি ওন্, কংলা শঙলেপ্‌তম্‌ন।

(৪) তাম্বোঙ মফে চেম্ন লৈকাই খুনখোঙ মরিমবু পরিং লেপলৌ তিং উকাক্ মফং য়াল্, কোঙয়াঙ উরোং খিন্‌ন ফুরা লাইয়ুম্ শা, কিয়োঙ শঙতিং শেম্ন ঔবা লৈবাক্ চাব,পোইরৈ লম্‌লোক্‌পশিংন য়ীম্‌লক্ নাইফারে, পানম্ শল্ তাল্‌লে।

(৫) মোম্‌নু পাঙ্গল শোন্‌বীশিংবু পাঙ্গল্ খুংঙম্‌থি, পূক্লিঙ মবাচাবু ওইন পোইরৈ তাংশকুত বাংঙম্ মীথাদন ঔবা মনিঙ তমলে হায়ববু নাতারবদ লাইরেল্ ঈচি ঈনাওন য়াইবী মনূং হত্ত, তিল্‌লাং ঈখোয় শাউনদি শয়েঙ

---

[২] নিংথৌ ওইবগি ফংব হৌনব ফংদুন নুংঙাইব, ময়াং লৈবাক্‌কি নিংথৌ ওইদুন নুংঙাইন মরাং কায়ন পান্‌ববু ফংহল্লি। নিংথৌ ওইদুন নুংঙাইব ফংব অদুসু ঈনাও ঈবুংঙো মহাক্‌কি মথৌনা অমসুঙ মপাঙ্গল্‌গি মরুম থুম্নন ফংজবনি।

[৩] শন্নাই পূম্নমক্‌কি লৈবাক্‌ন কোয়ন লৈব মণিপূর সনা ঈরৈবাক্ পৃথিবীগি লৈবাক্ পূম্নমক্কি মরক্ত মমিং চৎলিব সনাতন লেম্‌নব, লুপান ঈমায় পাক্‌ন পান্নিব লৈবাক্, ঈবুধৌ নোংতা লাইরেল্ পাখঙ্বন পোক্লফম্, মণিপূরগি মেন্ পুন্নমক্ হায়বদি নিংথৌ পূম্নমক্ খুদুম্ চন্‌ব নিংথৌ পাখংবগি শা লাল্ ফংফম্‌বু ঔবা লমহেন্‌ব মনিল্ চাউব কাঙবুন য়ুম্ মশক্ মওঙ ওন্নগ কংলাগি মনুংদ শঙ শাদূন

[৪] মমুং মফে মতুংইন্‌ন খুরায়, বাংখৈ, খাই, য়াইস্কুল লৈকাই মরিমক্‌পু পরিং তিংলগ উকাক্ য়ান্‌দুন বা য়ুংদুন উরোং খিন্নগ ফুরা লাইশঙ শারে, লৈফম্ ময়ুম্ শারগ মণিপুরদ লৈবাক্ ভাক্লিব, লৈবাক্ লওব ঔবাশিংনে খুল্‌লক্ চঙদুন মীনাই ফারে। লম্‌লক্ত শল্ তান্নদুন ফারে।

[৫] মপাঙ্গল্ শোল্‌লবী নুপীদ মপাঙ্গল্ থেক্‌ন মখোয়ন তৌনিঙ্ব মনিঙ তৌদুন মীতেবু উশিং থৌওইদন তৌবগি বা তায়বদ ঈচিন্ ঈনাও ঐখোয় অনী থবায় শোক্ল,

পান্‌গ তিংনে রাশকৃনখিয়ে।

(৬) মশাবি ঐন শুমদিল্ কোয়রেল্ ফম্ম পোইরে খুনিংথৌ ওইববু তান্‌ফং-জরবদি লিক্লাই ঈশানৌ মহাক্‌ন পোইরে যুবরাজ নিংথৌ অখুববু ওইন পোইরে চৎব্রা হায় বাংঙম্ নুবা তেম্‌মন্‌নসে হায়ন কোরও লোংবু শোন্, মালেম্ লৈবু শোম্নন রাশক্লরবগ পোইরে অথৌ লিচা হেয়্ন, বাংঙম্ থয়াঙ্ কোন্দাইরোনব পাম্ব কৈশক্‌প, কৈরেল্ তেংথাব, কাইরে অকন্‌কাও মচেঙ্ কোইদু চাইদব য়েনগুম্বব মীশিংবু লেংন তিন্‌ন ঈতাইরেম্ সিফাই লোংমৈ শূববু মীকোক্ লিশিঙ্ মঙা ঙাইরোয়নন

(৭) থোংনাং মরৈবাক্ যাত্রপুর কৌব সনা লৈময়োল্ য়োয়কোন্‌নুংদগি অভিষেক যাত্র তৌন হুয়েল্ লাল্‌চাক্ চান লম্‌গ হওন পোইরে সনা পূঙ্‌বু ইন্তাল্‌লক্‌লে।

(৮) লোইবী চিঙ্‌জাউ মণ্ডল্ তরং বাংব চিঙ্‌লেল্ য়ৌঙম্ কা, নুঙ্‌বী য়াশৌ নেথন থায়, ঈরং কান্‌ন চোং, চিঙ্‌শা নাপোম্ ফৈতুপ্ শম্, চিঙ্‌গি মরোল্ য়াম্, তম্‌গি মরোল্ হক্‌পবু নম্‌দ হুন্‌ন পোইরে সনা পূঙ্‌ময়োন্‌দ বাইথুংলবগ ঔরা

---

খোয়দও শাউন নীপা ওইবগি মতিক্ চাব রাশক্‌নখি।

[৬]ময়াম্ব ঐহাক্‌ন কংলো কম্বাল্ তোংদুন মীতে নিংথৌ ওইববু ফংজরবদি ঈনাও ঈখুংঙো মহাক্‌ন লৈবাক্ অসীগি যুবরাজ নিংথৌ অখুব ওইন লৈবাক্‌কি চৎনবী য়েংনে মীতে লৈবাক্‌ত বায়েন্‌দুন পান্‌মিন্‌নসি হায়ন লৈখিদ্রব ঈপা ঈপু পন্‌নদুন অমসুঙ্ মণিপুর লৈবাক্‌কিদমক্ সরি নামুং শোম্নরগ মৈতৈ অথৌব মমান্‌নব থেংনবদ মমায় ওন্নব, মমান্নব অথৌব অকন্নবু কন্‌ব ঙম্নব মপাঙ্গল মথৌনদ কৈগুম্‌ন কিনব, মথৌনাদ শিঙ্‌থানরব, মপা পাদুন কাওনবদ কন্নব, মতু চোইন তাদব য়েন্‌গুম্বব মীতন তিন্নব, লোংমৈ পায়ব লাম্মী ৫০০০ গ লোয়নন

[৭] ময়াং লৈবাক্‌কি কোনুং, লম্ ময়োল্ ওইব যাত্রাপুর কোনুংদগি লাল্পুগি অভিষেক্ তৌরগ যাত্রা তৌদুন লাল্ চাক্ চায়গ মণিপুর লৈবাক্‌কিদমক্ খোঙ্‌শান্নক্লে।

[৮] চাউর চাউরব চিঙ্‌জাউ, লোংলোল্ য়ৌন বাংব চিঙ্ কয়া কাদুন, নুঙজেঙ্ নুঙ্‌গায়নচিঙ্‌ব কয়া নেংতুন থায়, ঈরংনেচিংবে ভুরেল্ কয়া লাল্, চিঙ্‌শা নাপোম্ কয়া কয়া তুপৎ শম্‌ন লাক্‌পন চিঙ্‌লোন্ কয়া লাম্হোক্লগ তম্পাক্ কয়া হেন্‌দোক্‌লম্‌লগ মণিপুর তম্‌দ তারে। মফম্ অসিদ মপুঙ্ ফান লৈয়ম্বব ঔরা তেঙ্গোল্‌বু খোইরেল্ মহুম

তেঙ্গোল মপুঙ্ কাবশিংবু খোইফু মহুম্ চাইবগুম্ন থুগাইর্রে।

(৯) মাউবী পোঙশঙ্ য়াল্ য়েন্দেম্ থারাম্ ছোইগুম্ন য়াম্থরে। খান্নল্ মনিল্ নাইব, পাইখু মরাঙ্ হওরঘদি থবায় মিরেল্ পাইন হুয়েল্ লানচেন্নখিরে হায়দবরা?

(১০) লাইরেল্ মশাবি ঐন লম্লেল্ মতাইম বাংখে লিক্লাং কোন্থারম্গি বাংখৈ লম্শাং ইল্, কোংব ঙাচে থেল্ লিন্দু লওখোং পাংপু কান্ন চোং, নোংবাল্লোল্ খোংহৈ লাউহৈদবী পুঙ্লেল্ নোংচুয়ায়বু নাতৈনন নোংবাল্ অচোঙ্

(১১) য়ুম্লেন্বম্ চনু লৈম লোইজারেম্বীন শাবল্ নাউদু লৈহেক্ বাই, মশাবি নিংথৌ পোংনাউতাবন হুয়েল্ লানতাম্নম্ মরৌ থংব লীচঙ্ বাই, মরোয় কাকফে নোংমল্ বাই খরাউরোং চেপ্থেৎ লত্তবু ঙম্লোম্নন ঔবা মাঙদ থা খান্নল্ তুংইম হিকু হীপাল্ লাল্ ঈরিন্ ফৈন তুপ্ নিংথৌ খাইরাক্প লাংগোই খুনান্ চিঙবু নাতৈনন শেম্লোয় চিঙ্শা নাপোম ফৈতুপ্ শম হেম্চেং ময়ীম্নাক চক্প মশাইকোল্ অম্রো মপুঙ্ য়ায়দ ঔবা তেঙ্গোল্ লিংন খান্নল্ চেন্থাঙনরম্বদ তানফংলুরে।

---

থুগাইবগুম্ থুগাইরে।

[৯] ঈচিন, ঈনাওন ঔবা তেঙ্গোল অদুবু মাউবী পোঙ্শঙ্ ময়াম্ য়াম্বগুম্ মখোয়ন লৈব লানশঙ্গ লোয়নন য়াম্থুরে। অদুগ য়েন্দেম্ থরাম্ ছোইবগুম্ থাঙন কক্তুন হাংলে। মগুণ চাউব ঔবা তেঙ্গোলন মনিঙ তৌন মখে লাংলম্ব পুম্নমক্ অকিবগ লোয়নন চেন্নখ্রে।

[১০] ময়াম নিংথৌ ঐহাক্ন লমগি মকোক্ লিক্ পরেং তাবগুম্ পরেং তারিব বাংখৈ সোড়োক্কি লমশাং ইন্ন চৎপন কোংব তুরেল লিন্দু লওখোং লাল্লগ অচোম চনু খোংহৈ লাউহৈদবীগি পুঙ ময়া চৎতুন অঙোম্গি অচোঙ য়ুমলেন্বম্ চনু

[১১] লৈম লোইজারেম্বীন লমদোঙ্দ শাংপ নাউদু লৈ হেক্প মফম্, মবুং নিংথৌ পোংনাউ তাবন লাল্ তান্ব লম্ থংনবদ মরৌতৌন চঙ্ব লম্, মশাগ থানদন চৎপ মনাইন শিখিব মফম, লওখাফাক্ লওচীল্তুম্ ওইব লওগি ময়াদ চৎতুন মাঙ্ থাদুন চেম্ব ঔবাগি মতুংইন্ন তান্বন হিকুখোং লান্দুন চৎপদ ঈরিল্ তুরেল্ তুবং লাহোক্লে। অদুদগি নিংথৌ খাইরাক্পগি শগোল্ন নানথুব চিঙ্ (উরানচিঙ্) য় চৎতুন নোংমাইজিঙ্ চিঙশা নাপোম্ লাহোক্লগ চক্প খুঙঙ্ অম্রো খুনজাউদ তেঙ্গোল্ শাদুন চেন্বদগি খাঙলম্বা ঔবাবু থেংনরে।

(১২) লিক্লাই ঈশানৌ চিংথংলেল্ পাম্হৈবন লম্লেল্ মতাইম লাম্লোই চিঙতারেং খমলাং লওখোং শোয় কেগে মোইরাং খেন্চঙ্ চাইব,খেন্চঙ্ নেম্ব, কাশ্ নেম্ব, কাশ্ চাইব মোইরাং সনা হোঙ্ব, কেগে সনা তাঙ্বল্ তোরা খোম্জিন্পুঙ্ লাম্লোই মোইরাংখোম্ পুঙ্ মতু মোংব হনুব উয়োক্কোল,হয়িংখোঙ্বাল্ হৈচনাম্ মাঙ্ ফৈদেন্বী লম্কারমগি লাম্লোই লম্শাং ইল্,

(১৩) চিন্ফুরোল্ বাইনোংতাউবী খোইমোম্ লাইওই চিঙ্বু নাতেনন বাংঙম্লোন্ মতু চনু কোইরেম্বীন মালং মচীন্ থয়, খম্গোল্ মনা নপ্ন নেম্বী হুম্দং খল্ ইংখোল ফৈরোয় খাগে হায়বগি শিঙ্নাং নেম্বী চোম্বুল্ শান পৈরম্বাই,

(১৪) লাম্লোই শিঙ্জমৈবু কানুন চোংন মথীঙ্ খাংখৎপ তুশাং হিনাম্বন ময়ু লাইরেল্ অতোম্ য়োয়রেন্ববু হুয়েল্ লাল্কৌরম্, খয়োয়রোন্ লিকলাং খোমহান্বীন বাংলৈ অয়াক্প হাওতৈ অথুম্ববু লিক্লাং খোমগ হান্ন তাঙ্জ মরৈতোন্ন লাইশেংলম্ব নাতৈনন

(১৫) লম্লেল্ লিলোঙ্ শাহৌ পাৎপু কানুন চোং, য়োয়হৈ খয়োয়রোন্

---

[১২] অদুগ ঈনাও ঈবুংঙো নরসিংহ চিঙথংলেল্ পাম্হৈবন লম্লেল্ য়াইস্কুল্ লম্শাং ইন্ন চিঙতারেং খম্লাং লওখোং শোয় হায়বদি হীজম্ পাৎলোম্দ মোইরাংগি খেন্চঙ্ নেম্ব খেন্চঙ্ চাইব, কাশ্ নেম্ব কাশ্ চাইব, মোইরাং নিংথৌ সনাহোঙ্ব, মোইরাংগি সনা ফম্বাল্নচিংব খোমজিনদুন ফুম্থিব মোইরাংখোম্ পুঙ মোংব হনুব উয়োক্কোল হায়বদি মহাবলী উমং, হয়িং খোংবাল, মাইন্নাম লাইরেম্মগি মাইকৈ ফৈদেন্বী লমকারমগি লম্শাং ইন্ন চৎলগ

[১৩] চিন্কুরেল্ বাইনোংতাউবী কৌব লাইন ওইথিব চিঙঙা চিঙগি নাকৎদ চৎলগ নিংথৌজা নিংঙোল কোইরেম্বীন নুংশিথকি মাইকৈ থৎনব অমসুঙ নুংশিং মবুম থুম্নব শিঙনাং মপুন্ পৈদুন ইংখোল শম্বল খাগে হায়বগি শিঙনাং মপুন্ পৈরম্ব লম্

[১৪] শিঙ্জমৈবু হেন্দোক্থিদুন মথীঙ খাংখৎপ কৌব তুরেল হিরানবন মবুথৌ অতোম য়োয়রেনববু লান্শিঙব মফম্, খুমন্ নিংঙোল্ লিক্লাং খোমহানবীন য়ু অয়াক্প, অথুম্ববু য়ুখোমদ হান্নগ মরৈন লেকতুন মহাও তংব লমগি মনাক্তা চৎতুন

[১৫] অথোইব লম্ লিল্লোঙ্ শাহৌপাৎ লান্নগ ঈরেম্ম খুমন্ নিংঙোল্ চকপ হেম্চেং ঙম্বীন কাই (শগাই) থাফম্ লৈতেম্ মান্নব মফম্ হাওবতাক্ন লাল্ য়েংথিব

হেমচেং চক্‌প ঙম্‌বী পানম্ কাইথাখেল্, হাওবতাক্ লাল্‌য়েং কাই, মুৎলও ঙাংলও লাল্, ঈমিঙ্ চাম্‌লৌ লাঙাক্‌পন পোম্‌বী উরাপোৎ মতুবু খোইয়া লীথুবরম্ বাইখৌ খম্‌পুৎ শম্ন, হাওখা ঈকুঙ্‌পান্‌বু নাতৈনন কোক্‌চারেন্‌ন কোইব মরমখে, লাংয়েম্ লাংন ঙাক্‌প মবাইতা,

(১৬) অহৌ তোঙ্‌খল্ শা মখুরোল্, লৈম্ পিতোল্ লাংবী মতুয়া, খোইমোম, লাইরেম্ম ফুনিল্ নিল্, ঈশৌবী মরমখে নোংয়ায় লিক্লাং সুমেবু খোইম লংশুং য়াইবী ময়েঙগি নোংয়ায় হান্‌ন পোক্‌প খুমল্ হান্‌ন শাংপ ময়ু লুংব অহন্‌ব কোম্নোয় মশঙ্‌কম্, মপারি খৌবাল্ নিংখৌ য়োয়রাংপোক্ পুনশিব মকাইকম্ খৌবাল্ লম্‌মহন্‌বু কান্‌ন চোং তুবী কোক্রী লোঙ্‌ব লাইরেল, মৈম তোন্‌বন তুবী হীথোক্ লম্, লাইরেল্ চাক্‌তাবাই অরোং খোংলেল্ লাম্ন, চখা শম্লুংখেল্ কাঙ্গোল্ নোংদম্ ঈ, খোইম তেন্‌জয় পোক্‌পু নাতৈনন

(১৭) লোইবী কাব্রঙ্ মপুঙ্‌য়ায়দ লিক্লাই ঈশানৌন ঔবা মাঙ্‌দ থৎন খাম্রল্ মায়োক্‌য়া, লাইরেল্ মশাবি ঐন হেমচেং ময়ুম্‌নাক কামু মশাইকোন্দগি খাম্রল্ নিঙদ থওনদি লাংবল্ ঈকা ঙাগুম্ লেম্‌লৈ পাক্ল হাখৎলক্‌প অদুগুমববু ঙায়াম্

---

শগাই থাফম্ ঙাংলও উচেক্‌কি মতুবু খোইয়াব থওরীদ পুন্‌দুন থম্‌ব লম্ বাইখৌ খম্‌পুৎ শোয় শম্‌দুন হাওখ সোরাম্রেল্‌লোমদ চৎলগ কোক্‌চারেন্‌ন কৌইব লম্, লাংয়েম্ লাংন পান্‌ব লম্

[১৬] য়ু হৌবগি তোংগল্ শাব হৌব লম্, লৈম পিতোল্ লাংবীগি মরম লাইরেম্মগি চফু মনিন্‌ন পুমনিন্ নিন্‌ব ঈশৌবীগি মরম্, খুমল্‌গি মকোক শম্লাই মবু ওইব লংশুংগুম্‌ন শম্লাই পুম্নমক্ত লৈব অহান্‌ব পোক্‌খিব খুমন্‌গি মবুখৌ লুংব অহন্‌বগি ময়ুম্, মচা ঈবুংঙো খৌবাল্ নিংখৌগি লৈফম্ খৌবাল্‌গি লম্ অহল্ হায়বদি কোনুং লাল্‌লে। অদুগ মকোক্ অনী লোঙ্‌লগ মমৈ অমত পান্‌ব লাইরেল্‌ন চৎথোক্‌তুন চাক্‌তাব লম্ খৌবাল্ অথোক্‌পম্‌দ চেম্ব অরোঙ্ তুরেল্ লাম্লোক্লগ চখা শম্লুংখেল্‌গি (শম্লুংকম্) কাঙ্গোল্ নোংদম্ ঈ তুরেল্‌গি তেন্‌জয় পোক্‌পিরোম্‌দা চত্নুন

[১৭] ঈনাও ঈবুংঙোন কব্রঙ্ হাওখুন্দ লৈদুন ঔবা লাল্ চেল্‌লক্‌পগি মমাঙ্দ থৎলে। ময়াম্ব ঐহাক্‌ন চক্‌প খুন্‌য়া কামু খুন্‌দগি ঔবা লাল্‌চেন্‌বশিংগি মতুংদ তাল্‌শিন্নগ লাংবল্ থাদ ঈকাগ লোয়নন লাক্‌প ঙাগুম্ তক্‌শিল্‌বগি হাগৎলক্‌প ঔবাবু ইন্‌ন উপ্পুন

উল্লগুম্‌ন ফারওয়ে হায়দবরা?

(১৮) অসিসুঙ্‌ লিক্লাই ঈশানৌগি থয়াঙ্‌ মথৌমল্‌ চুঙ্‌শেল্‌ মরাল্‌ হও পাম্‌বোম্‌ অবামন্‌গিনে। অসিসুঙ্‌ মতোম্‌দে।

(১) লমলেল্‌ মতাইম শেন্‌বী তম্‌লওরেল্‌ কাবুক্‌পা মান্‌থারও, কানম্‌ব পোংওন্‌থাবু নাতৈনন নোংবাল্‌ অকোঙ্‌ শাওইবন শেন্‌বী উদোয়্‌ মপুঙ্‌য়ায়দ পামেল্‌ হোয়য়াল্‌ঙেদ লোয়দাম্‌ থাবু শি,লাংহে কুম্‌বু ওল্লবগি শেন্‌বী চানুরা কবো শবা তোংবীন ঙম্‌পললে।

(২) মপারি অম শাৎপদি শেন্‌বী উকাক্‌ লুক্‌পু উকাক্‌ কোক্‌থোং তুপয়ে। মমোম্‌ অম ফুয়রবদি মনুং মান্‌শু শেৎলে। শেন্‌বী কবো লোন্‌সু লোন্‌ মরক্‌পু লোল্‌লে।

(৩) মাই লৌকব মরম্‌খে শেন্‌বী উপায় কোল্‌ পাইকোল্‌ লম্‌নুংসি শোংচুপ লৈময়ায় তুইঙ্‌ব লম্‌থম্‌ সনা ঈ, মাক্‌লং তাউজিঙ্‌ হয়্‌তাউ ঈ, থৌখেপ্‌ মরওপান্‌বু নাতৈনন তুম্মু তাপ্‌ পল্‌চাউ লিংন ঔবা লাল্‌ লোয় মবু মপুঙ্‌ফা

---

ঙায়াম্‌ ফাবগুম্‌ য়ামন ফাহৌঈ।

[১৮] অসীসুঙ্‌ ঈনাও ঈবুংঙো নরসিংহগি মথৌনাগি মপাল্‌, মহাক্কি চুঙ্‌ ঊাগি লান্‌দগি থোক্‌প মপাম্‌বোম্‌গি অবামন্‌দগি থোক্‌পনি। মহাক্‌ন তৌবদি অসিনসু লোইব নত্তে।

[১] কবোগি অফব লম্‌ তম্পাক্‌লাও, লওখা ফাক্‌প লওচিন্‌তুম্‌ (মেনিঙ্‌ শূন্ন) কানম্‌ব পোংওন্‌থারোমদ চক্তুন অঙোম অকোঙ্‌ শাওইবন কবোগি উদোয় কৌব খুন্‌দ ঊ য়াম্মুন হোন্‌দোক্‌ হোন্‌জিল্‌ তৌবদ থান মথং মথং হওখিদুন চহী ওল্লবদ কবো লৈশাবী শগাই তোংন লওঙাক্‌পীন ফাদুন পম্বরে।

[২] মখোয়গি মচানীপা অম পোক্‌পন উকাক্‌ন শাব থুম্মক্ক মানব উকাক্‌কি য়েম্পাক্‌ তুপ্‌ই। মচা নুপী অম পোক্‌লগ ফনেক ফিরোল্‌ অনী লোনন শেৎলী। কবো লোন্‌সু লোন্‌দন লোল্‌ মরক্‌ ওইন লোল্‌লী।

[৩] নিংথাই চাউব মীগি মরম্‌ ওইব, কবোগি উয়োক্‌ ওইব লম্‌ পায়কোল্‌ কৌব য়েংবদ নুংশিব শোংচুপ্‌ লম্‌গি ঈশিং ইঙব তুরেল্‌ (তু) লম্‌থম্‌ সনা ঈগি মপাল্‌ হয় পান্‌ব মাগি ঈশিংদে হয় তাউব মাক্‌লং তুরেল্‌গি মপাল্‌দ লৈব থৌকেপ্‌ লওকোল্‌গি মনাক্তা

তড়া চেঙকয় খিল্, তুম্মু কয়রেল্ লিংন তেঙ্গোল্ চাউগোয় শেম্, পামেল্ লেপ্তম্ য়ুং, নোংমৈ পল্লেপ্ খুৎফাংশা, কক্চেং লুচাউবী চান মালেম্ থোৌরে লৈচেল্ লোয়গুম্ লৈরম্লে।

(৪) লাইরেল্ ঈচি ঈনাওন কাওরেল্ শল্খাঙ্ তরা লাল্, কুরাও পন্দাই শঙ, চুঙ্লেপ্ ৬০ চোংন পন্নম্খোম্ য়েখায়রে। কয়থেল্ চুবায় লাংগুম্ন থুগায়রে। খাম্রল্ থুমবী মৈমাঙ্চল্ শায়বু মৈতাল্ পক্ন খাম্বী পন্থেন্লে। অদ্সুঙ্ মতোম্দে।

(১) শেন্বী অঙ্গোচিঙ্বু কান্ন চোং, ইংথি লাইজ ঈয়াপাক্ মোন্ফু নেৎচং য়াল, চান্দা হিদেল্ য়ৌ ইংথি লাইজ ঈচিন্নোঙ্বু ফৈন তূপ্ন লহাল্নোং ঈয়ু লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ শেন্বী কিয়াম্বগ পোং নিংথৌ খেখোমবগ নিংথৌ অনীমন তাউজিঙ্ হয়নৌ খোঙ্নেম্বীগি হয়রাঙ্ হয়খোঙ্ খাদ সনা লীফক্ থান ফম্ফম্নবগ

(২) মৈতে নিংথৌ কিয়াম্বগি মতাইরেম মহৌ বাংবী শূম্বগ পোং নিংথৌ খেখোম্বগি মতাইরেম চাবাক্ তে তে কৌবগ অনীমন সনা লমজয় শূন পোইরে ঈরম খৈনে হায়ন লম্য়েন্নব মরমখৈবু নাতৈনন অসুম্ পন্থেংলবগ লাইরেল্ ঈচি

---

চৎলগ তুম্মূদ তেঙ্গোল্ চাউন পূক্কয় খিল্, কয়থেল্ লিংদূন লৈরে। তেঙ্গোল্ অকোয়ব কোয়ন খারগ উ পরেং য়ুংঈ, উ কারোঙ্ খুৎফাং মান্বন নোংমৈ কাপ্নব শেম্দূন কক্চেংন লৈপাক্ মনুংদ মথল্ শেম্দূন লৈবগুম্ লৈরম্লে।

[৪] মাদু উবদ ঈচিন্ ঈনাওন লম্ লাপ্ন চোংদূন কুরাউন খারিব পল্ অদূ থুগাইদূন চুঙ্লেপ ৬০ চোংদূন পল্ মখোঙ্ অদূ থুগাইরে। ঔবা তেঙ্গোল্ কয়থেল্ কায়বগুম্ কায়নরে। ঔবা মখোয়গি লান্শঙ্ অদূ মৈ থাদূন পাইখৎপ মৈরীন শায়বু পক্ন চাক্প মখৈ মৈ থাদূন লাল্ তৌরে। মাদূনসু লোইব নত্তে।

[১] অদূগি মতুংদ অঙ্গো চিঙ্ লাম্থোক্লগ ঈশিং পাক্ন চেম্ব নিংথি খোঙবাল্ য়ৌরে। মোন্ফূদ য়াম য়াম্ন চৎপন চান্দা হিদেল্ য়ৌবদ নিংথি তুরেন্ন ঈরোঙ্ অনী লোঙব মফম্দ তুবৎ লান্নগ ঈবুধৌ ঈবুংঙো মৈতেঙঙ্ কিয়াম্বগ পোং নিংথৌ খেখোম্বগ নিংথৌ অনীন মমাঙঙদ হয়নৌ খোঙনেম্বীগি হয়খোঙ্দ সনা লীফক্ থাদূন ফম্নিমরগ

[২] মৈতে নিংথৌ কিয়াম্বগি মনাই মহৌবাংবী শূম্বগ পোংনিংথৌগি মনাই চাবাক্ তে তে হায়ব অদূগ অনীন সনা লম্জয় পায়দূন মৈতে ঐখোয়গি লম্ন অসি মখৈনি হায়ন লম্ য়েন্নখিব মফম্ অদূগি মনাক্ য়ৌন লাল্ তৌরবদ নিংথৌ

ঈনাওগি নোংশা মনিন্ খোন্‌ন ঔৱা লাল্ চেন্‌নখিবদি

(৩) লহান্‌নোং ঈয়ু লাইরেল্ মৈতেঙ্‌ঙু শ্রীযুক্ত গরিব নিবাজ নোংপোক্ ৱাইরং পাম্‌হেব রেখে তেল্‌হেব হুয়েল্ কালামুং ফাব, তুবি শমু খোঙ্‌বু থিল্লবগ মালেম্ লৈবু নিক্‌প, লিক্রাই মশান লাম্‌লবগ কোরও নোংবু ফংব,খাব উল্লেল্ চিঙ্‌গুম্‌বন কোই মপাল্ যুক্, চেঙ্‌গঙ্‌ মরু তুপ্প পন্‌থেংনোংদ

(৪) কোঙ্‌মদু ফুরা লাইফম্‌লেন্‌দ থাঙ্‌লেল্ খুৎন ফংন পন্‌থেংবাই, শাংখু শাংলাথৌ থৌদ্ লুপাচিঙ্‌দ চয়রৈ ফিরাল্ থেৎন কোয়রেং লম্‌য়েং হৌব মরম্‌খেবু নাতেনন ঔৱা লাল্ চেন্‌খিরে হায়দবরা?

(৫) লাইরেল্ ঈচি ইনাওসুঙ্‌ পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্প সিফাই লাম্মী অয়াম্‌বগ নোংমৈ লেংদ থোংন পোইরৈ সনা পুঙ্‌লোমদ হল্‌বাইরক্রে। লম্‌লেল্ মতাইম থৌবাল্ কৈমায়চিঙ্‌, ককচিঙ্‌ নুপীন শরু খুত্ত শূন লাল্‌কৌ বাই, চোংজিঙ্‌ নুপীন লুক্‌লেল্ পাম্‌ন হান লালয়া পুঙ্‌বু নাতেন ৱায়রং তোংজিঙ্‌ পাল্, নোংয়ায় কোক্‌চা হীরুব খুমল্ লাংয়োম্ শিনাইবন ঙাক্‌পরম্,

---

ঈচিন্ ঈনাওগ্গি ঈরাং তাবদ ঔৱা তেঙ্গোল্‌ন চেন্নখিবদি

[৩] মমাঙঙুদ ঈবুথৌ ঈবুংঙো গরিবনিবাজ নোংপোক ৱায়রং পাম্‌হেব লীশ্ তেন্‌শ্ হেব, লান্‌ফম্‌দ কালামুং ফাব, মতিক্ চাউব নিংথৌন মখোঙ্ থিবদ লৈপাক্ অসী নীক্‌পগুম্ তৌব, মখুৎন লাম্‌বদ অতিয়া ফংবোই নিঙ্‌ব, উন্‌তন শাব হিমালয়গুম্‌ব নিংথৌন কোই তুম্‌ন হাৎলগ চেঙ্‌গঙ্‌ মরু ফংন মাঙ্‌নব লাল্ তৌব মতম্‌দ

[৪] ঔৱাগি কোঙ্‌মদু কৌব লাইগি লাইশঙ্‌দ সনা খুৎ মক্‌ন থাঙ্গন য়ান্‌খিব মফম্ শাংখু শাংলো কৌব লুপা থোক্‌প চিঙ্‌দ যিবাল থেৎতুন কোয়ন লম্ য়েংব হৌখিব মফম্ অদোমদ চৎতুন ঔৱা লাল্‌চেন্‌খি হায়দ্রা?

[৫] অদুগ নিংথৌ ঈচিন্ ঈনাওন মীতে অথৌব লাম্মীশিংগ লোয়নন নোংমৈ লেংদ থোংদুন মণিপুর সনা লৈবাক্‌লোমদ হল্‌লক্‌লে। লম্‌গি মরক্ত অথোইব থৌবালদ লৈব কৈমায়চিঙ ককচিঙ্‌ নুপীন মখুৎত শরু পায়রগ লাল্ শিঙ্‌নব লম, চোংজিঙ্‌ নুপীন (তেক্‌চম্-বাইরী নুপী) চাক্‌লুক্ কত্তুন লাল্ তৌসি হায়ন য়াখিব মফম্‌লোমদ চৎলগ থৌবাল্ নোংপোক্‌চিঙ্‌ খুমলগি কোক্‌চা হীরুব লাংয়েম্ শিনাইবন ঙাক্‌লিব লম্

(৬) য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম ফুনিল্ নিল্ ঈশৌবীন ফুরেল্ অচৌবদি খাগ থান য়ুকোক্ থক্ত হাপ্ন লৈশৌ কোইজা নাতেমেল্, উতোং পাবোং য়ায়দ লাং কথী ঙৈখোমূনন বাংলৈ য়ুয়া পুল্লবু চেপ্চেপ্ লয়ন য়া, উ খুদেং মায়কূৎপদ লাইজ ঈশিং থনূন হাপ্, কূরেক্ ঈচাই তোয়, মৈবুঙ্ মুথলি থওখথলে।

(৭) শিঙ্বী মকা লাম্ লাইজ ঈশৌ লাংনে তড়া চনিল্ শূগংৎলকূপন ঈনুং লিরি তপ্ তপ্ পীরু তারকূপ য়ুবু বাংলৈ য়ু শুংলমুয়ে হায়দবরা? অদু নোংগিবু থৌবাল্ লৈয়্ শুংব-ও তৌন কৌয়ে।

(৮) লাইরেল্ ঈপা মৈতেঙঙু লোইনাই কৌব চিঙ্থংখোমূবন অময়ক্ মিং হোংলমুবদি থৌবাল্ লক্ষ্মী নগর হায়ন মিংহোংখিয়ে।

(৯) লক্ষ্মী নগর খুনূফমূলেল্ খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ য়োয়রাংপোক্ পুনূশিব মকাইফমূদ পোইরে তেঙ্গোল্ লিং, পল্লেল্ চাউগোয় শেম্ন কোয়োয় শঙ্গাই পানম্ য়াথোক্ শঙ্বু তৈন শেম্ন অমুক্ য়াংগোয়রে হায়দরা?

---

[৬] লাই ওইবী লাইরেম্ম ফুনিল্ নিল্ ঈশৌবীন অচৌব চফুন মথা থংলগ *য়ুকোকূন মথক্তা খুমূলগ লৈশৌ লৈপাকন অকোয়ব নাতে অহোব অদু মেয়ে। উতোং অনীন ময়ায়দ হাপ্নগ ফদীন অকোয়ব রেংথলে। অদুগ তারকূপ য়ু অদু য়ানূনব চফুন চেপ্নগ্ন য়ারগ, অকূৎপ উ খুদেংদ ঈশিং থনূন হাপ্লে। ঈশিং অদু কোরেকূন (ঈশিং কনূনব তুমবা) তোয়ন চাইরগ মৈফম অদু মুথলি মুথলি থাগথলে।

[৭] শিঙ্ মকা লামন থাবগি নিঙখিন মৈ চাকূখংলবদ ঈশিং শৌদুন চেঙ্গি মনিল্ কারকূতুন ঈশিংনে তপ্ন তপ্ন মরী পীরু তপ্ তপ্ তারকূপ য়ুবু শুংলমই। মাদুদগি থৌবাল্ লৈয়্ শুংব কৌরমুঈ।

[৮] অদুগি মতুংদ ঈপা ঈবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ চিঙ্থংখোমূবন অমুক হনূন থোল্লমর মমিংনে থৌবাল্ লক্ষী নগর হায়ন কৌরমুঈ।

[৯] খুল্লগি অথোইব খুল্ ওইব লক্ষী নগর, লাইনিংথৌ য়োয়রাংপোক্ পুনূশিবগি লাইকোনদ মীতে তেঙ্গোল্ লিংলগ অকোয়বদ শমূবল্ চাউন কোয়দুন লৈমনব য়ুম, য়াথোক্শঙ্ তোপ্ন শেম্নগ লৈখি।

---

* য়ুকোক্ — য়ু শুংবদ মনিল্ য়াব, য়ু লক্তনব উতোং হূকূপ চফুনি।

(১০) থৌবাল্ লম্মহল্দ পোইরে অশুম্ন খুন্শেম্ হৌবদি ব্রারম্ করি লৈবগিনো হায়রবদি পোইরে পুঙ্ অসীবু তড়া চাথাঙ্ লাম্বন থাঙ্গ্রি পুজবুক্ লোইমোম্ ফৌথী শঙ্বায় অমদ মমল্ লখা তরামগ্রা পীরম্লবগি নমু মীয়াম্ শিবন লৈকাই খুন্থোঙ্ মরিম, কয়রোয় শাগে তরাম্বু পোইরে খুন্লেপ ঙম্দরে।

(১১) লৈরক্ কোন্শাং খুদিঙ্বু নমু মীয়াম্ শিবগি নমু মীবুকং অকংবন চয়রে ফিঙৌ ফৌগুম্লে। ঈয়ু তুবি নোয়নোংতা নোংতা লাইরেল্ পাখংবগি সনা য়োয় কোন্নুং য়াওরে লৈয়াথি, খুন্কাম্ লৈনামুং য়োয়ময়ায় তাউত্নবন লুথোকফম্, ঈরেম্ নাউশংখুন তাইতং শাগন বাই শেক্মোম্ নাউশং কাইন মোইতং ফুয়নপুঙ্ অসিদ নয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ খোংফাং অতোন্বগ মতৈম লৈম লৈম লৈনাওতাবী চয়রে লকা পাল্বু খোংথৈনবীগ অনীমন পুঙ্ন পুঙ্খঙ্ বাই,

(১২) চিঙঙ্ লাথম্পোক্ মান্থক্ থয়ায় রোক, তকুপ্ খানিং লোন্বচিঙ্, পুরুম্চিঙ্ চিঙ্খোঙ্নেম্, খুরায় চিঙ্লুখুম্, অহিং ঙান্ব চিঙ্, নুংথিল্ মম্ব চিঙ্, মঙল্ তরাং বাবে চিঙ্, লোইরেল্ খুন্বী রোক্ খুংখুং নানৌরোক্, খুন্বী ময়েঙ্ চিঙ্, মালং

---

[১০] থৌবাল্গি লম্ অহল্দ অসুম্ তৌন মীতে লৈবাক্ শেম্ব হৌবগি মরম্ করিগিনো হায়রবদি মীতে লৈবাক্ অসী চাক্ তাঙ্বন কৌ পুনব থুম্মোক্ অম থনব ফৌথী শঙ্বায় অমদ শেল্ লখা তরামগ্রা (লুপা ৩০) পীবদগি চাদবন মী শিখিবদগি লৈকাই মরি, কৈরোয় শাগে তরামক্ খুল্ ওইন লিংবে ঙম্খিদে।

[১১] লৈরক্ খুল্লক্ লম্বী লম্জাও খুদিঙ্দ মী ময়াম্ শিখিবগি মী মবু অকংবন ফিঙৌ কৌবগুম্ পুম্ঙৌ ঙৌন তাগ্রে। ঈবুধৌ ঈবুংঙো নোংতা লাইরেল্ পাখংবন পাল্লম্ব কোনুং মফম্ য়াওরেবীন লৈপাক্ য়াফম্, খুল্ অয়াম্বন চঙ্ফম্ব লম্, অতিয়াগি ময়ায়দ তাউদুন লৈব নুমিৎন লবাইদ থোকফম্, ঈরেম্ নাউশংখুন মচান্পী তাইতং পোক্খিফম্, শেক্মোম্ নাউশংকাইন মচা নীপা মোইতং পোক্লফম্ অসিদ নবুধৌ লাইওইব চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্ ফাইবোক্ অতোম্বন মতৈম লৈম লৈম লৈনাউতাবী ফিজেৎ নিঙ্থিব্বু লৈত্রবী-গ অনীন লম্ মশক্ খঙ্খিব লম্,

[১২] লাইয়াম্ পুম্নমক্কি পোক্লফম্, অতোঙ্ব লৈবাক্ ময়ায়দ লৈব লোক্, অবু অহেম্ব পোংতন তিন্ব পুঙ্, মীন খুবুম্নব, চিঙ্মী পুম্নমক্ন মখোঙ্দ লোন্ন, নেম্ন লৈব চিঙ্, খুরায়ন কোক্ ওইব লম্, অহিংদ নুংথিল্গুম ঙান্ন লৈব, নুংথিল্দ থৌন খম্ব

নোংহুম্‌শঙ্‌ খাখোং লাইখোং মরোঙ্‌ খোংলেল্‌ অহুম্ব চিঙ্‌ঙু লাইকম্‌ অয়াম্‌ব অসী খৈবিক্‌পু খৌবোম্‌ খেক্‌লোয় হওঙ, য়াংগেল্‌ নাফা নীক্‌, পুরেল্‌ মপাল্‌ ফা, লাংলেল্‌ মকা চাউ

(১৩) পাম্ব হাখন কৈরেল্‌ নাউশোংনে, ওক্‌লেল্‌ নাহুম্‌ থিন, লাইরেল্‌ নাহুম্‌ য়ান, শোয়পাই হারেপ্‌ন য়াওবা, ফল্‌মল্‌লিং, তিংগোই লাইশম্‌ শোঙ্‌

(১৪) য়াওরও শবি য়াম্মতোন্‌বন মথক্‌ পুঙ্গ থোল্‌ মখা খোংগ তও, লৈরক্‌ খোংলেল্‌ মন্নিল্‌ মাঙ্‌, হুপ্‌লা খোংশিলোল্‌, তওশেং শেংথন তওরা লাম্‌থন, পোম্‌বী য়োয়তম্‌ পৈ, কাক্‌ পুয়তু খোং, পোইরে চীক্‌নেম্‌ নেম্‌, বাংঙম্‌ চীক্‌থম্‌ থম্‌ন ফুরেল্‌ ঙায়োক্‌যুবু লেম্‌লৈ চেপন হয়ব অদুগি লৈরাং মতম্‌ মান্‌গুম্‌ন পোইরে মচেং নাই, বাংঙম্‌ পাংশোয় নীক্‌ন পাল্‌লবদ

(১৫) লিক্‌লাই ঈচি ঈনাওন ঈয়ু লাইরেল্‌ নাউফঙ্‌ব লম্‌থক্‌ শারোল্‌ পুঙ্‌ তিঙ্‌য়ি বাফোঙ্‌লাক্‌, লাব নোংলৈফম্‌ কংলা থোন্‌ তরেং থোল্‌ লাংমৈবু থাঙ্‌লেল্‌

---

বাখল্‌ন বুদ্ধি মাঙ্‌ব পুঙ্‌ মশাগি মগুণন অচৌবনি হায়ন খঙ্‌নব মফম্‌, লোয়রেল্‌ খুন্‌বী য়োক্‌ (পাথংবন লৈব লম) অকে অমৌন তিন্‌ব লম্‌, মী পুম্নমক্ক য়েংনফম্‌ ওইব খুল শেম্‌ব ঙম্‌ব মফম্‌, নোংহুম্‌শঙ্‌, খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং খোংলম্‌ অহুম্‌ন লৈব অসিনচিংব লাইফম্‌ পুম্নমক্‌ থৌবোম্‌ খিক্‌লোয় হওখ্রে। য়াংগেল্‌ মনা পুঙ্‌ন পুরেল্‌ মপাল্‌ ফাখ্রে। লাংলো মকা চাউন হওবন,

[১৩] কৈন মফম অদুদ মচা পোক্‌খ্রে। ওক্‌ন লৈফম ওইখ্রে, লাইরেল্‌ মকোল্‌ শাখ্রে। নাপী শিঙবী হারেপ্‌ ফাদুন মখোল্‌ থোক্ক লেঙ্‌লে লাইশম্‌ মান্‌ব তিংথৌন শোঙ্‌খ্রে।

[১৪] শা পুম্নমক্‌কি ময়াম্ব শাবিন মখাদ খোং ওইন তওরগ লৈচাক্‌ন নথক্ত লৈপুঙ্‌ ওইন লৈবন লৈরক্‌ লমজাও মফম খঙ্‌খ্রে। হুপলা হারান নাহুই লোখ্রে। মদুদ তওবুঙ্‌ন মফম্‌ মফম্‌দ হওবন তওরা চংথোক্লক্‌পন লম্বী ফুখ্রে। উচেক্‌ন মপৈ মপৈ লৈরগ কাক্‌ন লাক্ক লাক্ক খোংখ্রে। কনাগুমব মীগি মখোল্‌ তাখিদবন লৈবাক পুম্নমক্‌ পুমচীক্‌ চীক্‌খ্রে। কনাগুম্‌ব মী লৈতবন কোনুংগি অরাঙ্‌ব লৈখিখ্রে। মরম্‌ অদুন লৈবাক্‌ অসী, ঙায়োক্‌যু চেপ্‌ন হয়থবদ ঙান মফম্‌ খঙ্‌দন চাইবগুম্‌ মচেং মচেং তাদুন অমগ অমগ মফম্‌ খঙ্‌নদন পাল্‌লবদ

[১৫] নিংথৌ ঈচিল্‌ ঈনাওন ঈবুধৌ মৈতেঙ্‌ঙু নাউফোংবন অহান্‌ব ফম্বাল্‌ তোংদুন

নাগ হাই, মালেম্ থোরে লৈমায় কান্ন শঙ্লেল্ কাবুম্ অহুম্বু লৈন খল্, পোইরে চেম তান্ন খুল্লিং হৌরে হায়দবরা?

(১৬) তুবি খমলাং পাপল্ লাই, লাইরেল্ ঈরেং পুপাল্ লাই, পোইরে মালেম্ লৈবাক্ ঙাক্লিব লাই খৈবিক্তসুঙ্ হয়রাঙ্ পুঙবু লেম্ তাউজিঙ্ খেন্মায় লাংন য়োয়ন প্লুম্লে।

(১৭) পোইরে অসুম্ন খুল্লিংলবদ লাইরেল্ মশাবি ঐদি খোংনাং মরৈবাক্ত লৈরৌব হন্নু-হন্নব, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব য়োয়বু য়োয়হে পূন্নমদ লাল্ফম্ য়াইফরক্লে, পোইরে খুল্লিংলম্লে হায়ন পাউতম্লুখিগে, লিক্লাই ঈশানৌ নঙ্ন পোইরে খুন্নিংথৌবু ওইন পাল্হৌরো হায়ন বাহম্ববু হোয়য়াদন পাউখুম্মে।

(১৮) লাইরেল্ ঈশাবি-ও, করি বাবু হায়বনো? লিক্লাই নশানৌ ঐদি পোইরে লৈবাক্ ঙাক্লম্গে। লাইরেল্ ঈশাবি নঙ্ন খোংনাং মরৈবাক্ত বাইখুংলুরবগ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব য়োয়বু য়োয়হে পোইরে অপক্মা পূন্নমবু ঙাইরোয়নন পোইরে সনা নরৈপূঙ্দ হল্বাইরক্লবগ পোইরে খুন্নিংথৌবু ওইন মালেম্

---

খঙ্হন্খিব কংলা মখম্, মথৌনা মপাঙ্গল্ লৈব মীন মতম্ অমদ লৈফম্ ওইব, শন্নাই তরেথকি কংলান তিন্দুন মথোল্ তরেথন পুম কংলাবু থাঙ্ পায়দুন নাপী হাঙ্গদোক্লগ, য়োৎ পায়দুন লৈপাক্ অনেম অবাং তেম্লগ কা অহুম্গি য়ুম অম তম (থুন) শারগ লৈবাক্ অসী তাম তাম খুল্ শেম্লক্পনি।

[১৬] নিংথৌশিংগি ঈপা হাক্থক্ত লাংপ লাই, ঈবুথৌশিংন লাংলম্ব লাই পুম্নমক্ লৈবাক্ অসীবু ঙাক্পিরিব লাই খিবিক্সু হয়কল্ লাকল্ন পুঙগুম্ পৈন খুরুম্জরে।

[১৭] মতৌ অসুম তৌন মণিপুর লৈবাক অসি অমুক খুন্তাব হৌরকম ময়াম ঐহাক্ন ময়াং লৈবাকৃত লৈহৌব অহল্ লম্মল্ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কোনুংগি ঈবেম্মশিংনচিংব পূন্নমক্ত লাল্ ঙম্বগি অমসুঙ্ মুৎলুরব লৈবাক্ত মী তাহৌবগি পাউ তম্লুগে, ঈনাও ঈবুংঙোবু নিংথৌ ওইন লৈবাক্ ঙাক্হৌরো হায়ববু য়াদন অসুম্ হায়রক্ই।

[১৮] "লাইরেল্ ঈশাবি-ও, তাক্পিরিব সনা য়াথং অদুবু করিনো? ননাই ননাও ঐহাক্ন য়াম্বুন ময়াং লেঙ্খ্রিঙেদ য়াম্বুংগি লৈবাক্ ঙাক্চরম্গে। য়াম্বুং নিংথৌন ময়াং লৈবাক্ত থুংলগ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ঈবেম্মশিংনচিংব মীতে লৈবাক্কি মীয়াম্ অদু পুদুন সনা

লৈবাক্ ঙাক্পিরো।

(১৯) অসুম্ পাউমেন্নরগ লিক্লাই ঈশানৌন পোইরে তেঙ্গোল্লেল্ থৌবাল্ লম্‌মহন্দ পোইরে লৈবাক্ ঙাক্লোরে। লাইরেল্ মশাবি ঐদি থোংনাং মরেবাক্ত য়োৌরবগ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পোইরে অপক্‌মা পুন্নমবু ঙাইরোয়নন পোইরে সনা পুঙ্দ হল্লবাইরক্লে।

(২০) লম্লেল্ মতাইম খুরোয় হাওরা লম্লাংতোং থবি শেন্‌গোয়রেং শামুপ্ফম্ লোইজিঙ্ চিঙ্‌তোম্‌পোক্‌কি বিষ্ণুপুর য়োয়কোম্নুংদ বাইথুংলরে। খুরোয় হাওর লম্লাং তোংদ লাঙ্‌হে কুমশিঙ্ অহুম্ শুন য়াংগোয়রম্লবগ বিষ্ণুপুর সনা য়োয়কোম্নুংদগি লম্‌গ হওরক্লুন পোইরে খুন্‌হোংলক্লে।

(২১) লম্লেল্ মতাইম হাওশী লাংথবাল্ থোঙলেল্ মিকৌবরম্, খোয়ম্ ঈঙা কুময়েন্‌ব, ঈঙেল্ কুম্থাইবন্ লাংগোই মথুনেৎ অপাইবগ মতাইরেম্ সোম্কাবিক্ অশিংবগ শামুপচিঙ্ কাঞ্চিপুর সনা য়োয়কোম্নুংদ বাইথুংলরে।

(২২) পোইরে মনিল্ নাই, বাংঙম্ মরাঙ্ হওন পান্ফম্রবদ লিক্লাই ঈচি ঈনাওন পোইরে চৎবা হায়, বাংঙম্ নুবা তেম্‌ন কংলা লাইবা পরিংতম্,

---

নরেবাক্ মণিপুরদ হল্লক্লগ লৈবাক্ অসীগি নিংথৌ ওইদুন লৈবাক্ ঙাক্পিয়ু"।

[১৯] অসুম্‌ন ঙাঙনরগ ঈনাও ঈবুংঙোন থৌবাল্দ মীতৈ তেঙ্গোল্ অচৌবগ লোয়নন লৈবাক্ ঙাক্তুন লৈহৌই। ময়াম্ব ঐন ময়াং লৈবাক্ য়োৌরুগ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংব মীতৈ পুন্নমক্ক লোয়নন মণিপুর সনা লৈবাক্ত হল্লক্ই।

[২০] অথোইব লম্ খুরোয় হাওর লম্লোংতোঙ্ তাইবঙ পান্‌গি মঙাল্ পীব মুমিঙন তাথিফম্ মতোমত ঙাইব লোইজিং চিঙ্‌গি মনাক্ত লৈব বিষ্ণুপুর কোনুংদ থুংলরে। লমাংদোঙ্ কোনুংদ চহী অহুম লৈরম্লগ বিষ্ণুপুর কোনুংদগি লাক্তুন ইম্ফাল্লোম্দ হোংলক্লে।

[২১] অতোপ্প লম্ অথোইব, থবায়মি কৌবগি অথোইব মফম্ লাংথবাল্, ঈঙা থাদ নোং চুহন্দুন কুম্ মশক্ তাকপ ঈঙেন্দ চহী অদুগি কুম থায়দুন চহীদ ওইরগদব খঙ্হন্‌ব. লাই সোরারেন্‌ন মহাক্‌কি শাদোং শগোল্ অপাইবগ মনাই সোমকারিক্ অশিংবগ লোয়নন লোথখিব চিঙ্, কাঞ্চিপুর সনা কোনুংদ থুংলরে।

[২২] মণিপুরন মমিং চথন, নুংঙাইন পাল্লবদ নিংথৌ ঈচিন্ ঈনাওন মীতৈগি

শাবল্ লান্থোঙ্ শীম্ন অসুম্ পান্মম্নরে।

(২৩) অসুম্ন খুললেপ্লবদ লহাল্নোং হাওরে খান পাংবরম্ লোইবী খোংজাই মনিন্ নাইব কিলেপ্ তানদবশিংন পোইরে হাথয়ব বাংঙম্ লাল্ চেন্বশিংবু চয়রে ফিম্ললে কাওরেল্ শল্থোম্ময়ে, পোইরে অরাক্ তম্ন বায়র মশা ওই, হুয়েল্ মরাল্ ওইখিরে হায়ব বাগি

(২৪) লাইরেল্ ঐন পুক্লিঙ্ বাকাউদন লোইবী মখৈ ফং, হেম্বা মতোল্ লোম্ন পন্থেংগে হায়বগি ঈরাল্ থৌচং নোং তুবি হৈনা ঈতুং থোক্পদ নিংথৌ ঐগি ঈহুং লৈন শিন্গে হায়ন শংলৌ থৌরাংব য়েল্লাং ঙম্তম্ব থোয়ম নারোন্নুংদ মরান্ হুম্ওইব পলেম্ পিনাইদ পম্লৌ পানাইদব লম্বোইব মশক্ মান্ন মায়া শাল্ওন্ হৈব

(২৫) পাম্ব কৈয়াঙথক্ত তোংন নমু মীপুক্ হুব লাম্মী ঙাইরোইনবদি ঙারেল্ য়ুশুংব খোইঙাল্ খোইরোয় চাক্হোন্বন লাম্মী মঙাইরোয়বু ওইনব পাম্ব কৈরোয়নব লাংবল্ খোইরোয়নব জঙ্গল সাহেব কৌবন ফম্মোইমিংপু ফম্গে ফাল্লাংমৈবু তোংগে হায়বগি ঈনুং শোয়য়ায়মদ সনা য়োয়কোম্নুংদ য়াচঙ্লক্লবদ

---

চংনবী, নীপান তৌগদব, নুপীন তৌগদব চংনবী লৈবাক্ বায়েল্ কায়দন থোক্লকদব লাম্লোঙনচিংব শিন্দোক্তুন পান্মিন্নরে।

[২৩] মতৌ অসুম্ন খুল্ শেমদুন পাল্লক্লবদ মমাঙঙৈদ মমিং চংলমব মখা মায়কৈদ লৈব কিলেপ্ খোংজাইন মৈতৈ লাল্ চেন্দুন লৈজব কাওবুগি মফি মুল্, মশল্ খোমদুন মীতৈবু উশিং থৌওইদন তৌদুন য়েক্লবগুম হাংন শুনরে হায়বদগি

[২৪] নিংথৌ ঐন পুক্লিঙ্দ কাউদন মখোয়ন তৌখিব অদুগি মতিক্ চাব মখৈ ফংন তৌগে হায়ন লাল্ চংখ্রিঙৈদ ঐগি ঈতুংদ নিংথৌ ঈহুং শিন্দুন ফমবাল মুন্নব থৌরাঙ্ তৌদুন লাক্প নারক্ত ময়ুম ওইন লৈব মমা মপা মশক্ খঙদব লমবোইব শান্নিনব মশক্ ওন্থোক্ ওন্শিল হৈব

[২৫] কৈ তোংদুন মী মপুক্ শুমহংপ ঙমব, মান লোয়নরক্প লাম্মীন ঙারেল খোইগুম্ মথৌন লৈব য়ু শুংব জাং খোই চিঙ্গাক্ থিব খোইঙান্গুম্ পোংপুব কাঙবু মাগি লাম্মী ওইন লোয়নরগ কৈ পুব জঙ্গল সাহেব হায়ব অদুন মীতৈগি ফমবাল মুন্দুন নিংথৌ ওইগে হায়বগি অহিং নোংয়ায়দ ঐখোয়গি কোনুংদ চঙ্লক্লবদ

(২৬) লিক্লাই ঈশানৌ চিঙ্থঙ্লেল্ পামহৈব শারেল্ নোংশো শাবায় থৌগুম্বন মহী হীন মেঙ্ মযাই য়াইন থুম্বগি জঙ্গল মনিংথৌ শমু পাংশোয় নীক্পবু ওয়দ লয় শম্গ খোম্, য়েৎত লয় থাঙ্গ হাইন লুরক্ কাঙ্তে থি, থৌনাউ লেন্খোঙ্ লেম্ল ফাহৌরবগ

(২৭) লাইরেল্ মশাবি ঐন ঈরাল্ থৌচৎলুবগি য়াংলও লম্খাঙ্ম খুরোয় হাওরা লম্লাংতোঙ্ বিষ্ণুপুর কৌবদ য়ায়রেক্লিঙেদ জঙ্গল্ সাহেবকি তাঙ্জ লুরেল-তোন্বু শমু মাঙ্দ থান পাউতম্লয়ে।

(২৮) লাইরেল্ মশাবি ঐন পুনুং ঈফুরিৎ, নান্ব শম্বান্থোং, লুকোয় শলাইফি, নিংথৌ সনা ঈহাক্শাংদ পক্লম্ব পুন্নমক্সুঙ্ হীদাকফু খুদোং নুংজান্ব চোয়নৌ সনা য়োম্ব, রাহু মশক্ তম্ন শান্শেম্ব অমগ নিংথৌ পোৎলোই মশিঙ্ শুন লিক্লাই ঈশানৌগি পাঙ্গল মথৌনানে হায়ন শমু নম্দ কুপ্ন য়োয়চান্নরে হায়দবরা? অসীসুঙ্ মতোম্দে।

(২৯) কাঞ্চিপুর সনা য়োয়কোম্নুংদ বাইথুংলবগ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অয়াম্ব, মালেম্ লৈবাক কোইব পুন্নমসুঙ্ পাওকৌখৎলবগ কাইনও লম্শাং পান্গুম্ন য়াকারবদ

---

[২৬] নিংথৌ ঐগি ঈনাও ঈবুংঙো নরসিংহ, নোংশো শারাক্ থৌগুমব চিঙথংলেল পামহৈবন মতীক্ মগুণ চাউব, মপুক্ তম্ল মরমন জঙ্গলদ চাউব মীওইশুদব সাহেব অদুবু মথুৎ ওয়ন হাইদুন মশম পায়রগ মথুৎ য়েৎন হাইজিন্দুন থাঙন মঙক্ ককতুন ফাহৌরে।

[২৭] নিংথৌ ঐহাক্ন লান্দগি হল্লক্লগ লমখাঙ্দ খুরোয় হাওরা লমমাংদোঙ বিষ্ণুপুরদ লেক্লিঙেদ জঙ্গল সাহেবকি অককপ মকোক্ অদু মাঙ্দ থমলগ মহাক্ন তৌব লালগি পাউ অদু তমলয়ে।

[২৮] ময়াম্ব নিংথৌ ঐহাক্ন ঈশাদ লিংপ ফুরিৎ, অনাম্ব, ঈকোক মথক্ত য়েৎপ শলাইগি ফি, অসিদ নত্তন নিংথৌ ঐগি ঈশাদ পকপ পোৎ পুন্নমক্, ঐন পাম্ন থমজব সনান রাহু শান য়োম্ব হীদাকফু অমগ, নিংথৌ অমন শেৎপ চাব হৌনব পোৎ পুন্নমক মশিঙ শুন ঈনাও ঈবুংঙোগি মথৌনা মপাঙ্গলগিদমক পীদুন ঈচিন্ ঈনাও চাম্নব উথখি। ঈনাওগি থবক্তি অসিনসু লোইব নত্তে।

[২৯] ঐহাক্ন কাঞ্চিপুর সনা কোনুং য়ৌরবদ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংব অয়াম্ব মী অদুগ মণিপুর লৈবাক পুদুন লৈরিব অঙম অথৌ পুন্নমক কৌখৎলগ ময়াম অদুন শাবল য়াঙ্বীদ

খম্‌লাং পাবারী মাঙ্গদব, ঈরেং পূবারীবু বাকাউদব লোইজিঙ্‌ চিঙ্‌মায় থাঙবল্ লোইগ, হাওরে খান পাংবরম্‌গি দুলাই লেংতম লোই, ময়ায় খুন্‌বী চারম্ লোই, খারম্ খুঙ্গঙ্ তরামাথোইশূব পোইরে পানা পাখোম্ মরিমগি দুলাই লেংতম্ লোইবু লিক্‌লাই ঈশানৌদ খারম্ লোইচেৎ খাই, লোইজিঙ্ চিঙ্‌মায় থাঙ্‌বল্ লোইবু পীন লৈবাক্ মীয়াম্ মমাঙ্গদ য়োয়চান্নরে হায়দবরা?

(১) বারম্ অসুম্ তৌন মতম্ লৈবখিবিক্‌ত লাইরেল্ মশাবি ঐগি মতম্ পাঙ্গল্ লাংবু ওইন ঙাক্‌চরক্‌পবু কনাদ শিঙ্‌থারুসিবনো?

(২) লহাল্লোং থোংনাং মরেবাক্ত লৈরিঙেদসূঙ্‌ বায়র শাথোঙ্‌ অবুঘ, হুয়েল্ লান্‌থোঙ্‌ অচৌব খৈবিকতসূঙ্‌ লিক্‌লাই ঈশানৌন য়াংলও মাঙ্গদ থান য়েরু তিংখং মচীন্ থেরু লাইরেল্ ঐবু নাউয়োক্‌চরক্‌য়ে। লাইরেল্ মশাবি ঐদি অবা মৈশা লাংদন নুংঙাই মরাং কায়ন শমু তুংদ চৎচেম্‌য়ে।

(৩) পোইরে সনাপূঙ্‌ অসিদসূঙ্‌ লোইবী চিঙ্‌বুরোইব হেন্না তম্‌বু থন্‌ববু ঈয়ু নিংথৌরোল্ খূদিঙদ হেন্না মথে ফংলম্‌দব,লোইবী মতোল্ লোম্‌লম্‌দব খৈবিক্‌পু লোইবী মথেফং হেন্ন মতোল্ লোম্‌ন লোইচল্লে।

---

নাপী মপাল শাংপগুম থন্নূ ফম্লবদ ঈপা হাকথক্তসু চৎনব ঈবুধৌশিংগি হাকথক্তসু কাউনরক্তন চৎনরম্রিব লোইজিঙ চিঙমায় থাঙবল লোইগ মথা মায়কৈগি দোলাই লেংতম্ লোইগ ময়ায় লমগি অচারম ওইনব থমব লোই, খারম খুল তরামাথোইশূব লৈবাক অসীগি পানা মরিগি দোলাইরেং খারম মচেৎ অমগ পীদুন লৈবাক মীয়াম মমাঙদ ঈনাওগ ঐহাক্‌ক চান্নব উৎথিবনি।

[১] মতৌ অসুম্ তৌন ঈনাওন মতম্ লৈব খিবিক্‌ত ময়াম্ব ঐগি মতম্ মতম্‌দ থোক্‌লক্‌প থবক্‌কি লাংগি মশক্ ওইব পাঙ্গল্ ওইদুন লৈবাক্ ঙাক্রুক্‌পগি বাবু কনাদ করি হায়ন মশিঙ থারুসিগে।

[২] অদুগ ময়াং লৈবাক্ত লৈরিঙেদসু শাফম্ অকব, লাল্‌ফম অচৌব খিবিক্ত ঈনাও ঈবুংঙোন মাঙ্‌ থান চন্থূন য়েরুব, কল্লকপ মী পুম্নমক মায়য়োক্‌নদুন মথোয়গি মথৌনা মপাঙ্গল্ থুদেক্‌তুন ময়াম্ব ঐবু কল্‌লক্‌পনি। ময়াম্ব ঐন অবাব বাখল লৈতন ইনুং নুংঙাইন ঈনাওগি মতুং ইন্দুন চৎপনি।

[৩] অদুগ মণিপুর সনা লৈবাক্ অসিদসু ঈবুধৌশিংগি সনা হাক্‌থক্ত লোই চন্‌ব ঙম্‌লম্‌দব চিঙ্‌গি খুল্ চিঙ্‌দ তাব, তম্পাক্ত তাব পুম্নমক্ বাংতন লোই চল্‌লি।

(৪) লাল্‌ফম্ লাইজ ঈরেন্‌পুঙ্‌গুম্‌ব খৈবিক্‌তসুঙ্ লিক্লাই ঈশানৌন বাক্‌য়ে হিবু ওই, লাইরেল্ মশাবি ঐন খুমু নওখোম্ লাক্ল বাক্‌য়ে ঈফাই চন্‌দ তোংজেং হিউপ্ লৈতন য়াইফ মথোই তোংববু তান্‌ফংজয়ে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নম নখোয়্‌ন খগুলিব অদুনে।

(৫) বারম্ মতৌ অমসুঙ্ হাওরে নোংচুপলা পাংবরম্‌গি সমুদ্র লাইজ ঈরেন্‌পুঙ্‌ন কোয়রিব খৈবিক্ মখেবু শ্রীগম্ভীরসিংহ তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংব্রেন্ খোম্‌ব হায়ন কোলোয় ঈমিংলেল্‌বু চৎনরিব অসীবু লিক্লাই ঈশানৌগি পাঙ্গল্ মরুম্‌পান্‌গিনে।

(৬) হে ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লেংন তিন্নিবশিং ও, লিক্লাই ঈশানৌগ উন্‌বী পুক্‌মান্নন মচেঙ্ খোল্‌লোয়নন পোইরে সনা লৈবাক ঙাক্‌মন্‌নৌও। লাইরেল্ ঐবু কোলোয় অচেৎপল্ হন্‌ন হন্‌ন থৌখাম্‌ব অসীবু তৌরগুনো।

(৭) লিক্‌লাই ঐগি পায়ম উন্‌গোইনুংদ শ্রীবৃন্দাবন লৈময়োন্‌গি যুগলব্রহ্ম মপুরেন্‌বু খাচঙ্ দর্শন তৌববু তানফংজগে হায়ন নিজরিব অসীবু উন্‌বী পুক্লিঙ্ থুংন তান্‌ফং মহয় চাববু থৌজাল্ লল্‌কুবিরো।

---

[৪] ঈশিং ঈরেন্‌পুঙ্মন লাক্‌গুম্ ফাগুম্‌দব লান্‌ফম্ অকম্ব কয়াদ ঈনাও ঈবুংঙোন হি ওইন তেঙ্গোল্ পুরগ ময়াম্ব ঐন হিনাও শাবুগুম্ লম্‌জিংলগ হিহোন্‌ব হৈতব মীন হোন্‌ব হিন লাক্লবদ অতোংব মীন নববেগুম্ লান্‌ফম্‌দ অবাব নংহন্‌দন নুংঙাই য়াইফন পান্‌ববু ফংজে। মাসীদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নখোয় পুন্নমক্‌ন খঙ্‌লিব অদু মঙায়।

[৫] অদুগ বারম্ অমন নোংচুপ মায়কৈদ সমুদ্র, ঈশিং ঈরেলপুঙ্‌ন কোয়রিব লম্ অসীগি মনুংদ শ্রীগম্ভীরসিংহ তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংব্রেন খোম্‌ব হায়ন ফাওরিব ঐগি ঈমিং অসীসু ঈনাও ঈবুংঙো মহাকৃকি মপাল্‌গি মরুম্ থুপ্‌ন পান্‌জবগি মপাল্‌নি।

[৬] হে ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংব তিন্‌বিরিব পুন্নমক্, ঐগি ঈনাও ঈবুংঙোগ পুক্‌চেল্ খোয়জেল্ তিন্নন মণিপুর লৈবাক্ অসী ঙাক্‌মিন্নৌ, নিংথৌ ঐঙোন্দ অচেং অচেৎপ বা হায়দুন হন্‌ন হন্‌ন খাম্‌ব অসী তৌবিরগনু।

[৭] নিংথৌ ঐন শ্রীবৃন্দাবন্ সনা লৈবাক্ত লৈরিব ব্রহ্ম অমতন অনীথোক্‌ন লৈরিব তাইবঙ পান্‌বগি মপু শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীবু মথোঙ খাদ চঙদুন খুরুমজবুগে হায়ন পুক্লিঙ্‌দ নিঙ্‌জরিব অসী থুংদুন মহয় ফংজববু পীনবিরো।

(৮) সনা ঈরৈবাক্ অসীসুহু য়াইফ মহয় পান্‌ববু লেপ্ন ওইসুনো হায়ন হরি কোন্নোয় মিংথোং য়াই নাম্ প্রকাশ ফাওন য়াই, হরি মিংলেল্ নিঙ্থিববু "হরি হরি ভগবান্ কোরও ঈনোংথৌও,কোরও কদৌনোংদ লোইদাম্ থাবুম্ করম্‌বদ য়োয়না তান্‌ফংসিবনো" হায়ন কোরও থোইন য়েং বাংবল্ পাংন য়েংন প্রেম ধারা ঈচেম্নন মীকপ্‌থিয়ে।

---

[৮] অদুগ ঐখোয়গি ঈরৈবাক্ অসীসু নুংঙাই য়াইফন পান্‌ব ওইস্‌নু। বাহয় অসী হায়রম্‌লগ মিং পূন্নমক্তগি অখোইব হরিগি মমিং অথুপ্ন মরম ফোংদোক্লব মিং নিংথিব "হরি হরি ভগবান, ঐগি ঈবুংঙো ওইব লাইগি নিংথৌ অখোইব-ও, করমব নুমিৎ থাদ ঈবুংঙো ঈবেম্মগি থৌগল্ তৌজব ফংলসিবনো" হায়ন মরাই হাইগৎতুন নোংদোল্ লোম্‌দ য়েংদুন মমিত্ত মপি তান কয়কলে।

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

**অনীশুব পনদুপ্**

(১) লাইরেল্ মপারি ময়ায় কোয়রেল্ শুমদিল্ লাইকোয় ফম্বন নিংথৌ চাক্চা নম্দ হুনন শ্রীবৃন্দাবন লৈময়ায়বু ইন্ডাল্লগে হায়ব কোম্নোয় মপাউ তারবদ লাইরেল্ মপা ঈবুংঙো লোইনাই চিঙ্থং খোম্বগি তাম্নোয়শিংদ চম্নিবী, হনু মাল্লৈ ওম্নবীশিং, খোঙ্কাপ্ নাওরৈ অথাং খুদিঙ্দ লৈতোঙ্ খুথি চেনন মিথয়েং উয়োন্ থীরবীশিংন হেক্তাই মপাউ চাউন নুংশি ঈথক্ মরাঙ্ হওন পাওমেল্লক্য়ে।

(২) লাইরেল্ ঈপারি, তাইবঙ্ সোরারেল্ নমু পোংহনব সনা চোঙ্তোল্লেন্গুম্ব ঈবুংঙো তাও-ও, নপল্ পলেম্ নমা হনু ময়াই কারবী ঈথং লাওই তাম্বন নুংশি পাংশোয় নীক্রবী,য়েংনিঙ্ ৱাইথুংফম্বু খঙ্দ্রবী লাইরেল্ নপা ঈবুংঙোবু নুংশি খুৎপায় থাদোক্তন নিঙ্জরিবী ঈথোয়বু মতৌ করম্ ওইয়ো হায়বনো।

---

[১] মচা ঈবুংঙো নিংথৌরেল্ সনা ফমবাল্ ফম্বন নিংথৌ ওইবগি নুংঙাইব চাক্চা থাদোক্নুন তাইবঙ পানবদ লৈব লৈবাক্কি ময়োল্ ওইব শ্রীবৃন্দাবনদ লেঙ্লগে হায়ব মখা অদু তারবদ অহল্ মতম্ ওইরক্পগি খোঙ্কাপ অথাং খুদিঙ্দ লৈতোং খুতি থীরবী মমিৎ মনা ফংলক্নবী মপা ঈবুংঙা চিঙথংখোম্ব মহারাজগি মনাও ঈবেম্মশিংন নুংশিবন হেন্দুন সোর ফুনন অবা নুংশি য়ান্নব ৱাহয়ন হায়রক্ঈ।

[২] হে ঈবুংঙো মীওইবগি মরক্তগি অথোইব, মীগি সোরারেল্ ওইরিব সনা লুপ্প চোঙ্গি (পেগি) অথোইব মতোল্গুম্ব নিংথৌরেল্ তাও-ও, নপাবুংগি সেবা ফংজহৌবী নমা অহল্ মতম্ ওইরবী, লাইগুম্ব ঈপুরোইব লৈত্রবগি, হৌনব নুংশিফম্ মফম লৈত্রবী, য়েংলুবগি নুংঙাইফম লৈত্রবগি হৌনব নুংশিফম্ মফম লৈত্রবী, য়েংলুবগি নুংঙাইফম্ লৈত্রবী, নপাবুংবু নিঙ্জব অদু থাদোক্চত্রিবী নমা ঐথোয়বু করম তৌন লৈহৌ হায়বগে?

(৩) য়াবা শিন্থোঙ্ খঙ্দরে, শিন্ফম্ পোৎশক্ নাইদবন চাব অথল্ খঙ্দন হিগ্ন খুয়া ভুশিং নাইদরে। পারি শংলৌ নথৌরাঙ্ য়েল্লাং নঙমৃতম্ অসীবু করিগিনো ওয়োক্রে।

(৪) সনা নরেবাক্ অসীগি নুংঙাই চাক্চা অথোইববু নম্দ হুন্ন লম্লক্ থোইম নারোন্নুং অশোঙ্ব চিঙ্গি মরোল্ য়াম্, তম্গি মরোল্ হক্পদ অহিং লিক্লা খাঙ্, নুংথিল্ মৈশা লাংন

(৫) তুবি সনা নহাক্শাং কোরও নোংশা লাংদবগি লাইজ ঈনৌ মান্গুম্ববু হক্শাং মচু থাউ, নিন্দুং থাগি শক্ওঙ্গুম্ শক্ফম্ মচেৎ নাইন কুমচিং নশক্ ওল্লৈঙনে। পারি শংলৌ নথৌরাঙ্ অসীবু উনবী পূক্নিঙ্ নিঙ্ন তেন হল্বাইবিয়ো হায়ন থৌখাম্জববু হোয়য়াদে, সমদ্রু লাইজ ঈরেন্পুঙ্গুম্ব লাইরেল্ উন্বী মহৈশাবু লেঙ্বিদে।

(৬) মপল্ পলেম্ লাইওইরবীশিংগি চেংলও শংন য়েং মিৎসনা থম্বাল্ মান্বদ তরঙ্ লাইজ ঈরা চেল্, কোল্লোয় য়াথং হীক্হায়নন পাওমেন্জরকয়ে। হে

---

[৩] ঐখোয়দি করি তৌগদবগে হায়ব মফম্ খঙ্দরে, তৌগদব থবক্কি মফম্ খঙ্দবন চাকম্ থক্কম্ খঙ্দ্রে। চানুবগি পূক্থনফম্ খঙ্দবন ঙাইহক্তং পোথাদুন হিগ্নদ নুংঙাইফম্ মফম্ খঙ্দে, নিঙ্ব থুংন হিগ্ন ফংদরে। ঈবুংঙো নহাক্ন তৌরিব থৌরাঙ্, তৌগদৌরিব থবক্ অসীবু করিগি তৌরিবনো, ওহোক্পনি।

[৪] ঈবুংঙো নহাককি নরেবাক্ অসিগি চাব-থক্পদ থোইদোক্ন নুংঙাইব অসী থাদোক্নুন নাপী শোঙ্ব নারক্ত চিঙ্ মরোল্ য়াম্ব, তম্পাক্ মথং মথং কয়া চঙ্লাক্পদ অহিংদ লিক্লা খাঙ্ব, নুংথিন্দ নুমিৎকি মৈশা য়ৈবদ

[৫] ঈচা ঈবুংঙো নিংথৌরেল্ নহাককি নুংশা মৈশা লাংদব নহাক্শাং অদু ঈশিং ঈনৌগি মচুগুম্ তনৌ তনৌব মচু অদু থাউদুন নচু মকুন থাশিরমদাইগি থান মশক্ হয়চেৎ হয়কায় মান্দুন মচু মক্পগুম্ নশক্ ওল্লগনি। ঈমাগি ঈবুংঙো নহাক্ন লাঙ্লিব থৌরাঙ্ অসী পূক্নিঙ্ তগ্ন থাথল্ তৌরগ হন্বিখো হায়ন খাম্জবুবব্ য়াথিদ্রে। সমুদ্রগি ঈশিংগুম্ন থাথল্ চাউব নিংথৌরেল্গি পূক্নিঙ্গি থাথল্ হোংদব মহৈশাগি লমচৎ অদু হোংবিদ্রে।

[৬] লাইওইরবী মমা ঈবেম্নশিংগি মশক্ অদু মুলন য়েংলগ থম্বাল্ মান্ব মমিংত পিগি ঈরা চেন্দুন হীক্ল হীক্ল সনা য়াথং হায়রকই — "হে ঈমা অগোক্পী নখোয়বু নচা

পলেম্ অপোক্পী নখোয়বু নপারি ঐগি শংলৌ ঈথৌরাঙ্ অসীবু চয়্যরথপিরগুনো।

(৭) তাইবঙ্ নোংশা পান্গি হৌন মরম্চৎন অমনি। মপারি তরা শাৎপ, মমোম্ মঙা ফুয়্বদ পলেম্ পত্থৌ অনীগি নুংশি তাইহেল্ নাইদবগুম্ খোইয়ুম্ লাইগি মফম্দ অচৌ অপিক্ লৈখিদে। লায়্র অতোল্ তাব, তড়েৎ শেল্যাম্ লোইবা খায়বিদে।

(৮) তাম্রোয়্ অপাম্বী, পারি নুংঙন্ব, ঈমোম্ নুংজান্বী পূম্নমক্ চেক্লা উফে তোংমিন্নবগুম্ তাইবং নোংশাপাল্ অসিদ উয়াল্ চাক্তিন্নবনি। পাথৌ লম্লোয়্ চান্নববু থাদোক্ঙম্দবগি মরাল্ হুল্লান্ফবগুম্ খোয়ম্ নোংদম্খোন্বু হুল্লাল্ করোইয়ে।

(৯) শ্রীবৃন্দাবন লৈময়োন্বু থীন্দন তান্ফংজরগ যুগলব্রহ্ম মখোঙ্খাবু ফংজবদুম্ য়োয়্চান্বিরো। লাঈরেল্ মপারিগি শংলৌ মথৌরাঙ্বু তোক্পিদ্রবগি পলেম্ মমা ঈবেম্মশিংদী মিৎসনা থম্বাল্ মান্বদ তরঙ্ লাইজ ঈরা চেন্ন হল্বাইখরে।

---

ঐহাক্ন নিঙ্জরিব থবক্ অসী থুগাইবিরগনু।

[৭] তাইবঙ্পান্বদ পোক্লিব ঐখোয়গি শাজৎন অমনি। অদুগ লাইন শিন্নন অতোম্ন অমনি। মচা নীপা তরা পোক্লিব, মচা নুপী মঙা পোক্লিব মপা মমান মচা পূম্নমক্পু অখোই অহেন্ নাইদন চপ্ মান্নন নুংশিবগুম্ লাইগি মফম্দদি অচৌব, অপীক্প, লাইরব, ঈনাক্খুন্ব নাইদে।

[৮] মশান পাম্ন লৈমিন্নরিব নুপী, নুংশিরব ঈচা নীপা, পুক্নিঙ হুন নুংশিবী ঈচা নুপী পূম্নমক্ অসী উচাউ অমদ অহিং য়াইরেক্মিন্নব উচেক্কুম্ অমদি উয়ান্ব চথমিন্নব মীন মতম্ খরগিদমক্ চাক্খুম্ তিন্নন চামিন্নবুবগুম্, লৈমিন্নবনি। নুংশিনব মবুপ্পু থাদোক্লব ঙম্দবগিদমক্ য়ুম্ থাদোক্তুন চৎপ য়াদবগুম্ লাইন তম্বদি হেন্দোক্প য়ারোই।

[৯] ঐন নিঙ্জরিব লম্গি ময়োন্ শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইববু থুন ফংজদুন ব্রহ্ম অমন শক্ফম্ অনী ওইথিব শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগি মখোঙখাদ থৌগল্ ফংজবদুম্ চান্বিদুন য়াথং পীবিরো।" মচা ঈবুংঙো নিংথৌরেল্গি নিঙ্লিব থৌরাঙ্ অদু তোক্উ হায়ব য়াদ্রবদ মমাসিজ ঈবেম্মশিংদী থম্বাল্ মান্ব মমিৎত মপিগি ঈরা চেন্ন হন্থ্রে।

(১০) পলেম্ মমা ঈবেম্মশিংন হল্বাইখরবদ য়োয়বু মশানৌ য়োয়্বুম্লোন্ পুঙলেন্ খোম্বী ঙামে লাম্বাবী, হুয়েল্ খোম্মরেংবে ফাবীদী লাইরেল্ মশাবিগি শংলৌ মথৌরাঙ্ অরেম্বু শংশঙ্ তাঙ্গন খঙ্লবগি য়োয়্বু মঙাইরোয় য়োয়্নহে মহীশাংশিংগ লাইরেল্ সনা মখোঙ্খাদ নুংশিং ঈথক্ মরাঙ্ হও পিরেম্ ঈরাওখোনবু চয়রোয়্নন বাকথচখিয়ে,

(১১) লাইরেল্ কোরও ঈনোংথৌ, লিক্লাই তাইবঙ্ সোরারেল্ নোংপোক্ বায়্রং লৈগুম্ব-ও, নতাইরেম্ ঐখোয়্দী থৌখল্ ঈহৌশাবু লৈতন লৈরাং অতিংঙা হক্শাং অরেম্বীবু ওইন করম্ নোংমল্লো হায়বনো?

(১২) হে ঈবুংঙো, লাইরেল্ নথৌজাল্বু তান্ফংদন অশি লাইথুং তাম্ন শেরা লৈখাই থাপ্খিরবদী হক্শাং ঈকারক্প ঈখোয়বু হাওশি খূদোপ্ মল্লায়্র, হাওমল্ লাংন কেম্ লয়্রঙেনে। লৈহৌ থাংবল্ শমল্ লাগুম্ লৈরাং মায়্ওল্ য়াংন করম্ নোংথোইরম্-ও হায়্বনো? নতাইরেম্ শঙ্গাই কোনুং থন্ন য়াংগোইরিবী

---

[১০] মমা ঈবেম্মশিংনে হন্থ্রব মতুংদ মনাও ঈবেম্ম য়োয়্বুম্লোন্ মাইসনাম্ চম্ পুঙ্লেন্ খোম্বী, ঙামে লাল্ঙম্বী, লালফম্দ খোম্মরেংবে ফাবীদী মপুরোয়বগি থৌরাঙ্ অদু অরেম্বনি হায়্রব তশেংন খঙ্লদুন মনাও ঈবেম্ম ফম্নাইবীশিংগ সনা কোনুংদ লৈবী ঈবেম্মশিং পুন্নমক্ক লোয়নন পুক্নিঙ্ নুংশিবগি ঈথক্ন কন্নন ঈথক্কি ঈরাউখোন্গ লোয়নন মবুংঙোগি সনা খুয়াখাদ হঙ্গথচখি —

[১১] "লাই ওইন নিঙ্জব হে ঈবুংঙো, তাইবঙ্ মীগি সোরারেল্ ওইব নোংপোক্ মায়কৈ ঙান্ব লৈগুম্ব হায়বদী নুমিৎকুম্ ঙাল্লিব ঈবুংঙো, ননাই ঐখোয়বু ঐখোয়গি ঈবুংঙোগি থৌগল্ তৌজব হৌনব সনা থৌগল্ অদু তৌদন চিন্নদব লৈ অরেম্বগুম্ কান্নদব হক্চাং ওইন মতৌ করম্ন মতম্ লেপ্পু হায়বগে?

[১২] মহারাজ ঈবুংঙো নহাক্কি থৌজাল্ ফংদ্রবদ লাইথুং ওইব অশিব হায়্রব অদু থাপ্ন লৈদুন হায়বদী মতম্ কুইন শিদন হিংলগ ঈবুংঙো নঙ্গ কায়নবগি অবাব থাঙ্ব মতম্ কুইরক্লবদী ঈথোক্ কারক্লিবী ঐখোয়গি ঈশা অসী হাওন শিব খূদোপ্ মমল্ লায়বগুম্ অদুগ লওমন্দ হওব লাংনোন অরেম্বদ কেম্দুন মাঙ্বগুম্ লায়ন তৌবিরগনি। অকংব লৈহৌরান মফম্ খঙদন কেম্দুন মাঙ্বগুম্ লায়ন তৌবিরগনি। অকংব লৈহৌরান মফম্ খঙ্দন নুংশিংন পুব মায়কৈদ পাইবগুম্ পুক্নিঙ্ য়াংন করম্ন মতম্

ঈখোয়দী নুংশি পাংশোয় নীরু অবা মখে ফংনে য়েংনিঙ্ ৱাইথুংফম্বু খঙ্দনা লম্লক্ খোইম নারোন্নুংগুম্ করম্ নোংলেন্সিবনো?

(১৩) লাইরেল্ সনা নখোঙ্ লেঙ্বিগুনো। নতাইরেম্ য়োয়হে লেংন তিন্বী ঈখোয়গি শমু ঈখুৎফাং ৱাইরং লৈনুংশিগুম্বীন লাইরেল্ সনা নহাক্শাংদ কাঙ্হে মিতম্ হুম্ হুমাই মায়রেঙ্ হওন য়োয়ন খৌগন্জব হক্শাং নম্শা নম্ শীনৌ কুয়াংনাল্ খুবোম্ তোংয়ায়্ মেথন খুৎতোল্ তাংবুম্ থেক্ খুয়া লৈথোঙ্ নম্ন য়োয়ন খৌগল্ ফংজব অসীবু লাইরেল্ নঙ্বু নত্তন তুবি নশুং হৈ, লাইরেল্ নমান্ হৈ কনাদ তৌফদবন শংলৌ নখৌরাঙ্ য়েল্লাং নঙমতম্ অসীবু তোক্পিরো হায়ন হন্ন হন্ন খৌখাম্জব্বু হোয়য়াবিদরে।

(১৪) য়োয়বু মশানৌ লেংন তিন্বী লৈরাং মতম্ মান্বীশিংগি চেংলও মশক্ শংনে য়েং, য়াথং চিঙ্শাং খোইরেল্ হীগুম্বন পামেল্লক্য়ে। শানৌ লেংন তিন্বী নখোয়ন লাইরেল্ নশাবি ঐবু করিগি খৌখাম্লিবনো? তাইবঙ্ মালংপান্গি ভাম্নোয় তুনুংশি শমু ওয়রম্থাবীবু নুংওন্ব,থংলেল্ য়েংলম্ য়াতাববু পাম্জব

---

লেপ্নো হায়বগে? ঈবুংঙো নহাক্কি সনা শঙ্গাই থন্ন লৈরিবী ননাই ঐখোয়বু নুংশিব মী লৈতবগি নুংশিফম্ মফম্ খঙ্দন অবাব তাদুন য়েংনিঙব মফম্ খঙ্দন নাপী শোঙ্ব নারক্কুম্ করম্ন মতম্ লেন্সিবনো?

[১৩] সনাখ্যা সনায়াথং বৃন্দাবন লেঙ্ব হায়ব অদু লেঙ্বিগনু। ননাই ঐখোইগি লৈহাও মান্ব ঈশুংশা অসীন মহারাজগি সনা হক্চাংদ কাঙহাই হুম্জব, চামর হুম্দুন খৌগল্ তৌজব হক্চাং নোইজব, নান্ব, খুবোম্ মেৎতুন খুংশা খোঙ্শা থেক্তুন খৌগল্ তৌজব খুয়া থম্বাল্ নম্দুন সনা খৌগল্ তৌজব অসী মহারাজ ঈবুংঙো নহাক্ নত্তন অতোপ্প কনাগুম্ব নিংথৌ নমান্নব অমদ তৌব য়াদবন লাঙ্বিরিব খৌরাঙ্, সনা পুক্লিঙ্ন নিঙ্বিরিব ৱাখল অসী তোক্পিরো হায়ন খাম্জবদ হোয় হায়ন য়াবিব্রে।

[১৪] মনাও ঈবেম্মশিং ময়াম্ অদুগি মশক্ মুন্ন য়েংলগ চিঙশাংদ থুব খোইরেল্ খোইহীগুম্ থুম্ব, নুংশিব ৱাহয়ন তাক্পিরক্নৈ। ঈনাও ঈবেম্মন চিংব তিম্নিবী নখোয়ন নখোয়গি নপুরোয়বনি হায়দুন ঐহাক্পু করিগিদমক্ থবক্ত অপন্থ ওইনব খাম্লিবনো? তাইবঙ্ পান্বদ লৈরিব নখোয় ঐখোয়ন ওয়দ ফব্বী নুপীবু ঐগি নুপীনি হায়ন পুক্লিঙ্ চঙ্ন নুংশিব, য়েংলোম্দ হিন্ন মপুরোয়ববু পাম্ন নিঙ্জরিব অসীদি লৈচিল্ নোংফাইন মিং

অসীদি খোইয়ুম্ লাইগি মায়া সিফালাংদ থুদুন খোম্লেল্ মঙলাংচান্গুম্ব শিঙ্গেল্ অরেম্ব লৈরাং অতিংঙানে। নুজা পূরিঙ্ লাঙ্গুনো।

(১৫) মতম্ লাইজ ঈপাক্থক্কি কোংগোন্গুম্ব থবায়নি। তাইবঙ্ শমু মহাক্শাংন পামেল্ লকু মতুপ্নি। লাইজ ঈপাক্থক্ত তাউব কোংগোন্ন মুৎথ্রিঙে অচৌ অপিশ খায়বনি, ঐগি মীগি নাইবনি, নিংথৌ নিংথৌরেন্সু হায়বনি। ঈপাক্ত তাউব কোঙ্গোন্ন মুৎথ্রবদ লাইজথক্ত মমি তাদবগুম্ তাইবঙ্ থবায়ন মুৎতুন মতম্ ঈপাক্ত তিন্থ্রবদ নিংথৌ, নিংথৌরেল্ লৈথ্ররোই, মপু মনাই খঙ্থ্ররোই, অচৌ অপিক নাইথ্ররোই।

(১৬) কোরও নোংজা খুদিঙ্দ খোইয়ুম্ থৌদাখোল্গিদমক্সু অবা মৈশা লাংবদি তাইবঙ্ লান্নথৌগি অপম্ব মহাক্নে।

(১৭) লাইরেল্ মশাবি কোরও মনোংথৌগি উন্বী ফম্হোংবিথ্রবদ য়োয়বু মশানৌ হুয়েল্ কাবুরা ফাবীন মমোম্ তম্মা বাংঙমলোন্ মৈতেঙঙু চনু খুরায় লৈম

---

মম্হন্বগুম লাইন থাক্প লাংদ থুব, মঙদ উব পোৎ তাইবঙ্দ মাঙ্খিবগুম্ মাঙ্খিগদব অরেম্ব কায়দব থবক্নি। নুপী ওইবগি নপুক্নিঙ্ অদু লাঙ্গুনো।

[১৫] মীওইবগি থবাইদি মপাল্ লাইদব সমুদ্র ঈপাক্থক্ত তাউব কোংগোন্গুম্ব মতমগি ঈপাক্ত তাউব কোংগোল্নি। মীওইবগি হক্চাং অসীসু থবায়ন লৈথ্রবদ লকু মতুপ্ কুম্বনি। ঈশিং ঈপাক্থক্ত তাউব কোঙ্গোল্গুম্ব থবায়ন লৈরিঙৈদ মীওইব ঐখোয় অসী অচৌব অপীক্প খায়ন লৈ, ঐগি মীগি হায়দুন অচাল্ অয়াম্ব খায়ন চৎলী। নিংথৌ নিংথৌরেল্ হায়দুন মতিক্ থোক্প ব্যবহার তৌনে। তৌইগুম্বসুঙ্ ঈপাক্ত তাউব কোংগোন্ন মুৎপদ ঈশিংদ মমি তাদবগুম্ মীওইবগি থবায়ন চৎথিদুন মতম্গি ঈপাক্ত তিন্থ্রবদ নিংথৌ নিংথৌরেন্ লৈথ্ররোই, মপু মনাই খঙ্থ্ররোই, অচৌ অপিশক্সু নাইথ্ররোই।

[১৬] নুমিৎ খুদিঙ্গি থোক্লকলিব লাইন তম্ব থবক্ অসিগিদমক্ ঐখোয়ন য়াবুরিবসি তাইবঙ্ পান্বদ পোক্লিব ঐখোয়ন পোক্ল শিন্ন তৌবদগি লাম্নব হোৎনব থবক্ত পন্নব থবক্ অমনি।"

[১৭] মবুংঙো ওইব নিংথৌরেন্ন লেপ্খিব সনা পূরিঙ্ অদুন লেঙ্থ্রবদ মনাও ঈবেম্ম কাবুরা ফাবীন নিংথৌন পোক্পী মচা ঈবেম্ম তম্মা, খুরায় লৈমগিদমক্ মংকৎ

মন্‌কৌরিক্, য়োয়বু লৈম বাইরৌরিক্ থোংনাং অশিথোইগুম্‌বীগ

(১৮) মপারি নাউবা অথুব চেপলে কালে খাঙ্‌তন্‌দ চেঙ্‌গোয় কুকু মীরোল্ থোকত্রিব অনীমবু শমু পান্নোয় শমন চয়রে ঙক্ত য়েৎ লুবাই শমতোং ফোয় মালেম্ লৈফাই তুন বাকথচহৌয়ে।

(১৯) লাইরেল্ কোরও ঈনোংথৌ, তাইবঙ্ চিঙ্‌ঙু ঈরাল্‌বা, বাংবল্ ঈকাশা থবায় পোন্‌চেল্ য়াইগুম্‌ব ঈবুংঙো তাবি-ও তুবি নঙ্ন লৈতন কোনুং অরেম্ব অসিদ নুংগোয়্ শিমা ওন্ হেক্‌ঙায়্ নুংয়েংচেংন করম্ য়াংগোইরৌসিবনো? লাইরেল্ নমৈ বায়ন লোইবী চিংমায়্ কেন্‌ববু কেন্‌মনসে, হেম্ব তমলে ওম্ববু ওন্‌মন্‌সে।

(২০) অহিং লিক্লা খাঙ্ নোংথিল্ মৈশা লাংন শ্রীবৃন্দাবন লৈময়ায়্‌বু ইন্‌তান্‌মনসে হায়ন উন্‌বী পূক্লিঙ্ তপ্ন বাকথচবদ লাইরেল্ মৈতেঙঙ্ তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্‌ব, খোইমোম্ শ্রীগোবিন্দগি সনা মখোঙখাদ পামেল্ খাঙ্‌য়েৎ উরীরেবু ওইরিব, নিংথৌরেন্‌ন য়াথং খোইরেল্ হীগুম্ থুম্‌খোইবন পাওমেল্‌লক্‌য়ে।

---

কৌরিবী, সনা কোনুংগি লৈম পুন্নমক্ন চান্‌জবী উটিখোইগুম্ খ্বাংনৌবী,

[১৮] মচা ঈবুংঙো অপিশক্ লেপ্‌ন কোয়ন চৎপ ঙমদ্রিব মীরোল্ শুন থোক্‌ত্রিবগ অনীমক্‌পু মথুৎ শমদুন পুরক্লগ মঙক্ত মফি য়েৎতুন মকোক্তগি মশম্ ফোয়দুন লৈমায় মথক্ত তুরগ ওন্‌ন থোইন হঙ্গথচৈ।

[১৯] "ননাই ঐগি ঈকম্‌দ সোরারেল্ ওইরিব, তাইবঙপান্‌বদ ঐগি লান্নকম্ ওইজব, ঐহাক্কি অথোইব লাই ওইব পোন্ মনুংদ থুম্ন থমগ্রব য়াইগুম্‌ব থবায় ওইব ঈবুংঙো, তাবিয়ু, ঈবুংঙো নঙ্ন লৈত্রবদি অরেম্ব কোনুং অসিদ পুক্লিঙ্ নুংবেঙ্‌নদুন তৌকম্ খঙ্‌দন পিদোন্‌ব পুক্‌চেল্ ওইন করম লৈহৌসিগে? ঈবুংঙো নহাক্ন চিঙ্ কারে কামিন্নসি ভম্পাক্ চথলে চথমিন্‌নসি।

[২০] অহিংদ লিক্লান চোৎলে চোৎমিন্‌ন, নুংথিন্‌দ নোংশ্না লাংলে লাংমিন্নদুন শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইব য়ৌনব চথমিন্‌নসি" হায়ন পুক্লিঙ্ ইঙ্ন অশাউব য়াওদন হঙ্গথচনুবদ মৈতৈগি নিংথৌ চিঙ্‌লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্‌ব, শ্রীগোবিন্দ মপুরেল্‌গি চরণদ উদ য়েংপ উরীরেগুম নাম্বোক্‌প নাইদন য়েৎচরিব, নিংথৌরেন্‌ন অমেঙ্ব নুংশিব বাহয়ন তাক্‌পিরক্কই।

(২১) য়োয়বু মৈতৈ লৈম, য়োয়হৈ লেঙ্ন তিনবীশিংও তাইবঙ্ নোংশাপান্‌গি তাল্লোয় নুংশি লীয়েংবা নুংওল্ থৌকাউদন য়াংগোইহিরিব অসীবু শিংঙেল্ অরেম্ব লৈরাং অতিংঙানে। তাইবঙ্ য়ুম্নাই থৌগি শংলৌ থৌরাঙ্‌লিব অসীবু তাইবঙ্ মায়া ঈরেন্‌পুঙ্ থবায় লাংওন পম্নথৌ অরেম্বনে, পূরিঙ্ ঈথৌলাংন নিঙ্লুগুনো।

(২২) তাল্লোয় লুম্‌লেল্ অপাম্‌বী ঈনুং খোম্‌লেল্ তুম্‌গন্‌ব কাঙ্খল্ থরাক্‌নুং থৈশীপ্‌লোন্‌জা মনুংদ মোম্লাং ঙৈখাং তিন্‌ন নুংশি য়াতাখিবসূঙ্ খোম্‌লেল্ তুম্‌গল্‌লবগ ঈথংলেন্‌ন শমু য়েৎলম্ থংন য়াতারি হায়বসূঙ্ খঙ্খিদে, তাল্লোয় মঙ্‌ম্‌বীন শমু ওয়রম্ থংন য়াহিপ্‌লি হায়বসূঙ্ উদরে।

(২৩) মপারি নুংজান্‌ববু থাগোন্‌নব তাউজিঙ্ পিশিন্দ্রাই খোঙ্‌নেমম্বী মকি লান য়োম্ব, নুরা কুম্‌জিং ফিন খুম্ব খোম্‌লাং মায়োক্লবসূঙ্ থৌকাউরে, মমোম্ নুংওন্‌বীবু উদরে। ঈনুং খোম্‌লেল্ মঙ্ তিন্‌নদে, মান মান নিঙ্ব তুঙাল্ তুঙাল্ মমঙ্‌য়ে।

(২৪) হয়েং কোরও নোংকাবদসূঙ্ শবা তান্‌খিরবদ অসুম্ লোয়নখিদে হায়ববু

[২১] "মহারাণীনচিংবী হে ঈবেম্মখোয় তাইবঙ্ পান্‌ব অসিদ নুপী নীপা নুংশিনদুন পূক্লিঙ্ অকাউব লৈত্তন লৈমিন্‌নরিব অসী অরেম্ব কান্নদব লৈগুম্বনি। তাইবঙ্‌পান্‌বদ য়ুম্ পান্‌নবগি থবক্ অসিগিদমক্ থৌরাঙ্ তৌদুন হোৎনরিব অসী তাইবঙ্ পান্‌বগি মশক্ ওইব মায়াগি ঈপাক্ অসীদগি মীওইবগি থবায়ন অফব মপোক্ তান্‌খৎপদ পম্নব থবক্‌নি। অরেম্ব থবক্ অসিগিদমক্ থোইদোক্‌ন হেন্‌জিন্‌ন পাম্ব তৌরগনু।

[২২] খ্বাইদগি হেন্‌ন নুংশিগ্রবী নুপী অদুগ অহিং তুম্ব মতম্‌দ কাঙ্খল্ মনুংদ থৈজুপ্ মরোন্ অমতগি মনুংদ মোন্ অমতদ খাঙ্‌মিন্নদুন নুংশি নুংওন্নন হিপমিন্নখিব অদুসু হেক্ তুমথখিবদ ঐগি ঈপুরোয়ন য়েৎলম্‌দ হিপ্‌লিবগি খাসু খঙ্খিদে, অদুগ নীপানসু নুংশিনরব নুপীন ওয়রোম্‌দ হিপলি হায়বসু উখিদে।

[২৩] মচা নীপা নুংশিবগি মথাদ কোন্দুন মতোন তুম্‌বী মথীক্ নেম্বী, কল্লংফিন য়োম্ব নুপীগি কুম্‌জিঙবী ফনেক্‌ন খুমদুন থম্‌লিব হয়গি মশক্ ওইব খোম্ থক্‌লিববুসু কাউখি। নুংশিবী মচানুপীবুসু উখিদে। অহিং তুম্‌বদ মঙ্ব মঙ্ মাম্নব হওনদে, মান মান খোক্‌প তোংঙাল্ তোঙাল্‌ব মঙ্ অমমম্ মঙ্‌নখি।

[২৪] হয়েং শিব মতম্‌দসু অশিবগি লৈবাক্ য়োনন্‌ব চৎনরক্‌পদসু মঙ্ তিন্নদবগুম্

কোরও নোংজ খুদিঙ্গি খঙ্হন্লিয়ে। পলেম্ পীপুক্নুংগি মালেম্ লৈতারক্পা অদু নুমিৎ মখেবু খম্নুং যম নিংথৌন লুবাই শম্খোঙ্ লাক্ল শিঙ্থারিয়ে। বারম্ অসী খঙ্ন গুরু নাইব থিন্ফরোই।

(২৫) ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগি সনা মখোঙ্খান থবায় লান্ন হিগি মচি লল মরু মহাক্নে। কোরও নোংজা খুদিঙ্গি উন্বী খুভম্ হোংদন য়োয়ন থৌগল্জহৌ-ও হায়ন পাওমেন্নরে।

(১) লাইরেল্ মৈতেঙ্গুন পোইরৈ লৈবাক্ পুন্নমদ থৌজাল্ শিন্ব থুংনে পাওমেল্লক্ৰয়ে — "বাংঙম্ লৈবাক্ কোইবশিং-ও, লাইরেল্ সনা ঈহাক্থক্ অসিদ অবা ঈশৌ লাংববু হন্ন লান্নংয়ে, পুক্লিঙ্ শোয়নাই চঙ্বিগনু। খোইমোম্ নোংদম্ খোন্গিনে হায়ন খন্বিঙেনে।

(২) লাইরেল্ ঐগি নিঙ্জ পুক্লিঙ্ থুংনে শমু ঈথৌরাঙ্ পাঙ্জনিঙবগি বাংঙম্ অপক্মা খৈবিক্পু অবা লান্নং তোয়য়াম্লে।

(৩) মোম্নু তাম্রোয় মরুম্বীশিংন তড়া চেঙ্জেল্ হাল্, নোইনু থুম্জেল্ লাঙ্,

---

অমগ অমগ তিন্নন চৎথিরোই, মহৈ মহৈ লম্বী অমমম্দ চৎথিগনি হায়ব অদু নুমিৎ খুদিঙ্গি মঙ্দ তাক্লুন খঙ্হল্লি। মীওইব ঐখোয়ন ঈমাগি পীপুক্নুংদগি তাইবঙ্ ফাউদুন পোক্পা নুমিৎতগি হৌন অশিব লৈবাক্কি নিংথৌ যমন কোক্ত হওব শম্ ফোয়দুন শিগদব নুমিৎ পাদুন লৈরিবনি। মরম্ অসিন গুরুগি মনাক্ চঙ্দুন ফগদব লম্বী থিব থিম্ব য়াদে।

[২৫] ব্রজ নিংথৌ নন্দগি মচা ঈবুংঙো লাই পুন্নমক্তগি অথোইব শ্রীকৃষ্ণগি খুয়াখাদ চঙ্জবতন মীওইবন মায়াগি তাইবঙ্ পান্ব অসী লান্নব হিগি মনুংদ মরু ওইখ লন্নি। মরম্ অসিন নুমিৎ খুদিঙ্গি পুক্লিঙ্ অনী লোঙ্দন ঈবুংঙো মাঙোন্দ চঙ্জহৌ হায়ন তাক্পিরে।

[১] মৈতৈগি মবুংঙো নিংথৌরেলন মীতৈ প্রজা পুন্নমক্ত চপ্ মান্নন চান্বিবগ লোয়নন তাক্পিখি — "মণিপুর লৈবাক্ ঙাক্লিব ফম্নাইব অপুম্ব, নিংথৌ ঐগি ঈহ্যাক্থক্ অসিদ অবাব, পুক্লিঙ লাঙ্ব থবক্ অসী হন্ন হন্ন থেনম্রে। মদুগি দমক্ নখোয়গি নপুক্লিঙ্দ বারৌবুগনু। লাইন শীম্ব খুথশিন্ন তৌবনি হায়ন খন্বিয়ু।

[২] নিংথৌ ঐগি অনিঙ্ব বাখল্ অদু থুংনব, হৌগৎলুব থবক্ অদু পাঙ্থোক্-নিঙ্বদগি ঈপা ঈতোল লৈবাক্ পুন্নমক্ন অবাব তোয়ন ফংখিবনি।

[৩] যুমদ লৈবী নুপীশিংনে লাল্গিদমক্ চেঙ্জেল্ লাঙ্ব থুম্ পুনব লাঙ্শিন্ব লাল্দ

লেম্লে চাচেল্ তম্ববু তোয়মঙ্কবগি য়াওবা শিন্থোঙ্ লাঙ্মদন চয়রে অশেং তাম্ন তড় অচা বাংলবগি পান্মেল্ লেম্ন কংব লিন্থু ময়া পান্দব তুগুম্লঙেনে। বারম্ অসী য়েংন লাইরেল্ ঐবু শাউগুনো।

(৪) লিক্লাই ঈশানৌ পোইরে যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেব অসীবু পুক্লিং পাংশোয় নীকৃতন নিংথৌ সনা ঈহাক্শাংগুম্ন য়োয়ন থৌগল্ তৌন সনা লৈবাক্ ঙাক্মিন্ন-ও।

(৫) পোইত্রে সনা পুঙ্গি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লেংন তিন্ব সাধু লাইবু নিঙ্বশিং-ও, লিক্লাই ঈশানৌ অসীবু লাংওল্ মপোক্ চঙ্খোন্বনে। বিষ্ণু লাংওল্ শংশংবনে।

(৬) তোল্লোই মহয় চাব্বু বৈষ্ণব লেংন তিন্ব নখোয়ন থৌজাল্ লন্ কুবিয়ো। লাইরেল্ ঐবু পাম্মুথোইবগি হন্ন হন্ন থৌখাম্ব অসীবু তৌরগুনো। য়াম্বং নপাউমেল্ অথুম্ব কোম্রোয় অমেঙ্বদুম্ পুদুন চথবিগে হায়ন পাওমেন্নরে।

---

পুনব ঙা য়োম তোয়মঙ্কবগি মান মান শূজ-চণ্ঠগদব থবক্কি থৌরম শীয়া ঙম্দকম শেখন চানব বাংপদগি লৈবাক অসী মমু লুত্তিল লৈত্রব লেপকং কংদুন শিম উঁগ মাম্নরবনি। অসী পুম্নমক খন্দুন নিংথৌ ঐবু শাউগন্।

[৪] নিংথৌ ঐগি ঈনাও ঈবুংঙো, মণিপুরগি নিংথৌ অথুব চিঙ্থংলেল্ পাম্হেব অসী নপুক্ত চিংনব লৈতন নিংথৌ ঐমক্নি হায়ন খন্দুন থৌগল্ তৌরগ লৈবাক্ ঙাক্মিম্নৌ।

[৫] মণিপুর সনা লৈবাক্ অসীগি মকোক্ ওইন লৈরিব ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, লাইনিঙ্ব সাধু অপুম ও, ঐগি ঈনাও অসে মপোক চঙ্খোন্ন পোক্পনি। বিষ্ণুন ভশেংন পোক্লব মপোক্নি।

[৬] ঈনাওন মপুন্নি চুম্ন নিংথৌ ওইদুন পান্ব অদুদুম্ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নখোয় পুম্নমক্ন থৌজান্দুন বয় পীনবিয়্। নিংথৌ ঐবু পাম্মুবগি হন্ন হন্ন থাম্ব অসী তৌবিরগন্। নখোয়গি নপাউ মুথশিব, অমেঙ্ব নত্তা অদু পুদুন চণ্ঠব্রগে হায়ন পাওমেন্নরে।

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

## অহুম্শুব পন্দুপ

(১) মৈতেঙগী কোম্লোয় লূদ থোংনে হাওরে নোংচুপ্ পাংখিব লাইরেল্ মহাকৃকি পাইরৌরেম্ শীম্মৌ নোংথোন্ব কীর্ত্তি লাংমোইথেম্বন শ্রীবৃন্দাবন্দ লৈময়োন্দ ফুরা লাইয়ুম্ শানব লম্দম্ মপা য়েংন শংলৌ থৌরাঙ্ম্রে।

(২) গোপ নিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণ কৌবন কাওরেল্ শন্দুং ইল্ মান্বী মিংথা লাউন শেম্লোয়্ মপাতাউ সুদাম্ সুবল্ ঙাইরোয়নন কৃষ্ণ কাওরেল্ শন্শেন্ফম্ গোর্বদ্ধন চিঙ্য়া নাতে হেপ্ যমুনা তোরেথেক্কি মোংব তোরেকোল্ নুংঙাইব শ্যাম্ কুণ্ড ঙম্লোন্ন রাধা কুণ্ড ঙম্লোন্ন রাধা কুণ্ড নাতেন

(৩) শ্যামবট তম্না উপুন্শি কোরও ঙম্থং বাংব, খোংনাং চাউথোইবন ঙান্থোই বাই,পামেল্ উখোঙ খাদ শ্যামকানহাই কাওরেল্ শল্শেন্ হন্বন নুমিথন

---

[১] নিংথৌ সনা য়াথং মতুং ইন্ন নোংচুপ্ মায়কৈরোম্দ চৎখিব মহারাজগি মবাই ঈবুংঙো লংমোইথেম্ কীর্ত্তি সিংহ নোংথোন্বন শ্রীবৃন্দাবনগি ময়োল্ ওইব লম্দ ফুরান লাইশঙ্ শানব মফম্ চাব লম্ য়েংলগ তৌগদব থৌরাঙ্ তৌম্রে।

[২] গোপ নিংথৌ নন্দন পোক্চব শ্রীকৃষ্ণ কৌব ঈবুংঙোন মহাকৃকি লোয়নব মতাউ সুদাম্, সুবলনচিংবগ শল্ মতুং ইন্দুন শম্বী মমিং কৌদুন শন্ শেন্ব মফম্ গোর্বদ্ধন চিঙ্গি চিঙ্য়া মক্ন যমুনান থেক্খিব তোরেন কোন্ব নুংঙাইব মফম্ শ্যামকুণ্ডগ তাইনন রাধাকুণ্ডগি মনাক্ত

[৩] মতম্ কুইন লৈরকলব, নোংদোল্ পক্ন বাংলব শ্যামবট কৌব অচৌব খোংনাং পাম্বীন হওরিব মফম্ অদুগি উখোঙ্দ শন্শেন্নহাগি নিংথৌ শ্যাম কাহাইন নুমিৎ

চিঙয়া খেলৈ লাংলক্পা নুমিদাংবোইগি মতম্দ মালং নোংশিং লাংবদ

(৪) পামেল্ উখোঙ্ নম্ঙানন বংশী ওয়রম্ শেম্ন চিম্বাল্ তারি খোং খাম্বী মৈখুল্ তবুক্ হুৎপদ খুরক্ সনা ঙাইথোম্ য়য়্, খুৎপী থংগ য়েপ্ খুৎনাউ থাংখৎনন শম্বী শন্নাউ পুম্নমবু সোর থিংকাম্নন কাউরেল্ মিংথা লাউন শন্খোম্ফম্, শ্যামবট তন্না উপুন্শিবু পক্কি চাউকোয়নুংদ চন্ন ঈঙ্গ্রি মালেম্ লৈমায়শিং,পল্লোল্ চাউকোয় শেম্ চ্যেক্পল্ পন্কোয়নুংদ ফুরা লাইয়ীম্ শা, দলাল্ তুথুপ্ লয়ন শান্শেম্লে।

(৫) দলাল্ য়াথোক্শঙ্ অমসু তৈন শেম্ ফুরা লাইয়ীম্নুংদ নুঙ্ঙৌ পাক্ন তাইন, হিংঙোল্ নারিল্ শোল্ চামেল্ চিদাইথোম্ মায়কৈ চিথেক্ মরিমদ থৌদু নুঙঙৌ তুনান্বন চিঙঙ্ লাইশক্ তম্ন শান্শেম্লে। ফুরা লাইয়ীম্ লোইরবগ শ্রীকৃষ্ণ শক্তম্ শেম্ন লেঙ্শিন্নে।

(১) লাইরেল্ কোম্নোয় ময়াথংগি শংলৌ থৌরাঙ্ লোইরবদ কীর্ত্তি

---

তারাম্দাইগি মতম্ নুমিৎ চিঙদোন্দ পক্লক্লবদ লিরি শিংপ নোংশিং লাংবদ

[৪] উপাল্ অদুদ ঙাদুন মৈখুল্ তবুক্ হুৎপ মরক্ত সনান য়োম্ব বাশীবু ওয়রম্ থবে চিম্বাল্দ শেপলপ্ থম্লগ খুৎপী মখাদ শৌরগ সোর ওয়রম্ থবে চিম্বাল্দ শেপ্লপ্ থম্লগ খুৎপী মখাদ শৌরগ সোর থিংকোম্নদুন খুৎনাউন খুৎখৎ তম্দুন শম্বী শন্নাউগি মমিং কৌদুন শন্ খোম্জিন্ব মফম্, পুন্শিরব উ, শ্যামবটপু ইংখোল্গি চ্যেক্পন্ন কোয়বদ মনুং চন্ন থম্লগ ইংখোল্ চাউন খোপলে। মদুগি মনুংদে লৈমায় পুম্নমক্ ঈঙগ্রি শিংলগ (অন্তর তৌরগ) ফুরাগি লাইশঙ্ অম ফজন শারে। দলাল্ অদু চিথেক্ কোন্ত্রিল্ নাইন শেম্লে।

[৫] অদুগ বৈথোপ্ ওইনব দলাল্ অমসু তোপ্প শারগ লাইশঙ্ ওইনব ফুরা অদুগি মনুংদে ইপাক্ পাক্ন নুঙঙৌ থারে। নুঙ্ অনীগি মরক্ত হিংঙোল্ন মরী ওইন মেন্নে। মপাল্ অকোয়বন চামেল্ ফজন খোম্নগ চিথেক্ মরীমক্ত নুঙঙৌন লাই মূর্ত্তি শাদুন ফজন থম্লে। লাইশঙ্গি ফুরা অদুন লোইরবদ শ্রীকৃষ্ণগি মূর্ত্তি লিংখৎতুন লেঙ্শিল্লে।

[১] মশেল্ ঈবুংঙো মহারাজন তাক্পিরক্প সনা য়াথং মতুং ইন্ন তৌগদব থবক্কি

লংমাইথেম্বন পোইরে সনা পুঙদ হল্বাইরক্লবগা লাইরেল্ সনা মখোঙ্খাদ ভক্তি চীগ লুক্ন পাউতম্জররে।

(২) লাইরেল্ মৈতেঙ্ঙু তুবি চিঙ্লেল্ নোংখ্রেন্ খোম্ব বৈষ্ণব ভাগবত থোইখোইবদি কোরও নোংমতোন্বু শমু খুৎন লাম্ফংবগুম্ হরাউ মখে লৈতরে। লাইরেল্ পায়ম উন্গোয়নুংদদি পামেল্ উনিংথৌগি থাঙ্মৈগুম্ পুক্লিঙ্ লেপতম্ চোং, শিঙ্লেল্ নুমিৎলৈগুম্ মায়ওল্ য়াম্ন লৈরাং লৈফম্ হোংখিরে।

(৩) তাইবঙ্ শমু ঈথৌরাঙ্ন অমনি,খোয়ুম্ নোংদম্ খোন্ন অমনি। খোয়ুম্ নোংদম্খোন্বু লম্জায়ফন্দবগি শেতও তওঙাম্ হোই, লিল্বাই শল্লম্ ইল্, মালং তোংলেঙ হও, তড়া চামল্ লেঙ্ লাইজ ঈমল্ কা, য়াঙ্বী লীৎকানন খুয়া থম্লোন্ শু, য়াইবী ঈনিন্ কান তুবি সনা মহাক্শাংবু নুংঙাইতব হেন্জিলক্লবগি পায়ম উন্গোয়নুংদ নিঙ্খল্খিয়ে।

---

থৌরাঙ্ পুন্নমক্ লোয়রবদ নোংমাইথেম্ কীর্ত্তি সিংহ নোংথোন্বন মণিপুর সনা লৈবাক্ত হল্লক্লগ মহারাজগি সনা চরণদ মখু লুক্ন ভক্তিগ লোয়নন মহাক্ন চৎলুব থবক্কি পাউ তম্জররে।

[২] নিংথৌগি মরক্তগি অথোইব মৈতে নিংথৌ তুবি চিংলেল্ নোংখ্রেন্ খোম্ব হায়ন মিংফুল্ ওইব শ্রীকৃষ্ণগি মনাই মরক্তগিসু অথোইব গম্ভীরসিংহ মহারাজন পাউ অদু তাবদ সোরাক্লেন্বু খুৎন লাম্ব ফংবগুম্ নুংঙাইবগি ঙম্খে লৈতরে। নিংথৌরেল্ মহাক্কি সনা পুক্লিঙ্ অদু মফম্ খঙ্দন উনিংথৌগি থাঙমৈন চোংখিবগুম্ ইখঙ্ খঙ্হৌদন হোংখ্রে। অদুগ নুমিৎলৈ হায়ব অদুন মায়কৈ খুদিঙ্ মমায় ওন্বগুম নিংথৌগি সনা পুক্লিঙ্ নিঙ্লম্ব বাখল্ হোংখ্রে।

[৩] মীওঈব ঐখোয়ন তৌনিঙ্ব থবক্ন অম ওইরগ লাইন শিম্ব থবক্ন অম ওইগল্লি। লাইন তম্ব নোংদম্বু থয়দোক্তুন চৎপ য়াদবন মহারাজ অদু শদৌ খোংদুন মরী পরিং তিংলক্লে। শোর শদৌ খোনে শোল্লক্লে। চাব তুম্দবগি কেখৎলক্লে, ঈন ঈশৌ লাংবেগি ঈনিল্ কাবন খুদোল্ হোইদুন হক্চাং শাগৎপন সনা হক্চাং নুংঙাইতব হেল্লক্লবদ সনা পুক্লিঙ্দ বাখল্ তৌখি।

(৪) নিংথৌ ঐগি ঈহাক্শাং শিন্নৌ লাগ মোইমায়তোন্ লৈরাং অতিংঙা অসীবু পোইরৈ সনা লৈকোয় পুঙ্দ থনম্লগে। য়োয়বু ঈশানৌ কংলে মৈতে লৈমন অমন শোঙ্লৌ লুগ তিন্ন তড়া চাক্হেন্‌বদ উন্‌বী পূক্লিঙ্ পেন্নসুনো।

(১) অসুম্ নিঙথল্লব বাগি লিক্লাই মশানৌ পোইরৈ যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেববু পাওকৌথংলে। লাইরেল্ মশানৌগী চেংলৌ শক্থোং শংত্রিক্ শংন য়েং, নুংশি ঙকৃথী লুম্লাং কোল্ শিন্নৌ কুরাং নানুন য়াথং চিঙশাং খোইরেল্ ইীগুম্ থুম্খোইবন পাওমেল্লক্‌য়ে।

(২) লিক্লাই ঈশানৌ-ও, লাইরেল্ নশাবি ঐবু গোরিয়া ধর্ম্ম অথোইব অসিদ উন্‌বী পূক্লিঙ্ চেৎপবু লেপ্ন ওইরবদি শ্রীরাধাগোবিন্দ অনীমবু থৌজাল্ মায়োক্লব য়োন্দন তান্ফংজবুগে।

(৩) লিক্লাই ঈশানৌ নঙ্ন পোইরৈ সনা পুঙ্ নবাংঙম্ লৈকোইরেল্ অসিদ ময়ায় কোয়রেল্ তোংব, নিংথৌ সনা ফম্বাল্ লাংবু পল্লু ওইন পাল্হৌরো।

---

[৪] নিংথৌ ঐগি হক্চাং অরেম্ব, লশিং মপান্ন লোক্ত্রবদ পাম্বীদ লৈহৌব অরেম্ব মনাগুম্ব অসীদি মণিপুর সনা লৈবাক্ অসিদ থনম্লগে। ঈনাও ঈবেম্ম মৈতৈলেম মহারাণীন অশিবগিদমক্ থাঙ্ পায়দুন চিন্তামণি লওবনচিংবদ ঙাহেল্ চাক্হেন্‌বগি থবক্ত মপূক্লিঙ্ পেঙ্গরসনু।

[১] অসুম তৌন অরেম্ন বাখল্ থান্নগ মনাও ঈবুংঙো যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেব নরসিংহ পাও থাদুন কৌথংলে। মনাও ঈবুংঙো যুবরাজগি মমায় মায়খোংদ শংত্রিকন য়েংলগ, নুংশিবগ লোয়নন চেচেৎ কোন্দুন মশাদ নাল্লগ নুংশিব অমেঙ্ব বান সনা য়াথং তাক্পিরক্নি।

[২] ঈনাও ঈবুংঙো যুবরাজ, নয়ামবুং ঐহাকন পূক্লিঙ্ শেংন ধর্ম্মগি মরক্তগি অথোইব গৌরধর্ম্ম অসীদ অরেম্ন পূক্লিঙ্দ নিঙ্জরবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগি চরণ ফংদুন ঈবুংঙো ঈবেম্মন চান্‌বিব অদু ফংজবুরগে।

[৩] ঈনাও ঈবুংঙো নহাকন মণিপুর সনা লৈবাক্, নিংথৌ পান্‌ব পুম্নমক্কি ময়োল্ ওইব লৈবাক্ অসিদ ময়ায় লেপ্তুন সনা ফম্বাল্ অসি ফমদুন নিংথৌ ওইরগ লৈবাক্ পল্লু ওইন পাল্হৌরো।

(৪) তৌইগুম্বসুঙ, সনা পল্লু ওইবগি লম্চৎ মহৌশাদি উন্বী পূক্লিঙ্ চেৎকনি, ইন্দ্রি খূদুম্ চন্‌গনি। ঐনি মথোই কাব, নমু লিংজেল্ ফৎতবশিংবু ঝারক্ থৌথা পীন ঝায়েল্‌গনি। নিংথৌ সনা লৈকোয় ফম্বদি সমদ্রু লাইজ ঈরেন্‌পুঙ্গুম্বনে। সমদ্রু লাইজ ঈরেন্‌পুঙ্ন ঈশিং লূম্বু শাবিদবগুম্ মালেম্ কোরও মনোংথৌশুঙ্ কোন্নোয় পাউথিল্ য়াজহৈদে,চেংলৌ মীশক্ য়েংফদে, থৌজাল্ তাইহেল্ নাইফরোই। ঙাইরী মরা চৎফদে, শাগৈ মীচঙ্ চঙ্ফদে।

(৫) মালেম্ লৈবাক্ পূম্নমন শমূ হক্‌শাং ওইরগ নিংথৌ লৈবাক্ মপূন থবায় মমিরেল্‌গূম্‌বনি। থবায় হকশাং অনীমবু থানদন লোয়নরিব তুগুম্ন নিংথৌ লৈবাক্ থানফদে। থৌজাল্ তাইহেল্ নাইদন ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, নহানুবী, হনু-হন্‌ব পুম্নমবু লোক্‌লৌ শান কোন্‌ন নাউয়োকও।

(৬) হুয়েল্ লান্‌দ থৌব, অথম্ মীপোক্‌প,অথৌ লাংগোন্‌ব,লৌশিঙ্ ঝাথল্

---

[৪] তৌইগূম্‌বসূঙ্ নিংথৌ ওইব মীগি লম্‌চৎ অম লৈবনি। নিংথৌদি পূক্লিঙ্ য়াংব য়াদে, পূক্‌চেল্ চেথন লৈগনি, তৌনিঙ্ব তৌফরোই ইন্দ্রি খূদুম্ চন্‌গনি। মান মহেন্নে হায়ন নাপল্ চাউব মরিংজেল্ ফত্তব মীবু মতিক্ চাব ঝারক্‌পগি থবক্ তৌদুন লৈবাক্ ঝায়েল্ চুম্‌ন থম্‌গনি। নিংথৌ ওইদুন লৈবাক্‌কি মপূ ওইব মীগি পূক্‌চেল্‌দি অচৌব ঈশিং ঈপাক্ ওইব সমুদ্রগুম্‌বনি। সমুদ্রগি ঈশিংন নুংশা মৈশা অকন্বদ লূম্বু ফাওব শাদবগূম্ লৈবাক্ মপূ ওইব নিংথৌন কন্নাগুম্‌বগি চিরোল্ তাদুন থবক্ তৌফরোই। অচাল্ অরায় নাইন চৎফরোঈ, মীশক্ য়েংফদে। ঝায়েল্‌বগি মতম্‌দ ঈশেল্ ঈবাইনচিংব য়েংফদে, শাগৈগি ঈপা ঈচা ঈচিন্ ঈনাওনি খন্‌দুন মীচঙ্ চঙ্ন থবক্ তৌফদে।

[৫] লৈবাক্ অসীগি মী পূম্নমক্‌ন হক্‌চাং ওইরগ লৈবক্কি মপূ ওইরিব নিংথৌন অথোই্ব থবায়গুম্‌বনি। থবায় হক্‌চাং অনীমক্ থানব য়াদবগুম্ নিংথৌগ লৈবাক্‌কসু থানব য়াদে। অনী অসীন থানবদ থবায় লৈতব হক্‌চাংগুম্ নিংথৌ লৈতব লৈবাক্‌ন করিগুম্ব অমত তৌব য়াদে। লৈবাক্ ঙাক্‌পদ মীচঙ্ মীথায় নাইদন ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, নহানুবী, হনু হনানচিংব পূম্নমক্ অসীবু লোক্‌ন মনুংদ লৈব লওফম্‌বু কোনদুন মতম্ পূম্নমক্ত থম্‌বগুম্ চেথন চান্‌ন কোন্‌দুন য়োক্‌হৌ।

[৬] লাল্‌ফম্‌দ মমায় ওন্‌দব অকল্-অথৌ ওইব মীবু কন্‌ব, অথৌব নীপান খুদোং থীবদ কন্‌দুন পূরক্‌প, মহ্যক্‌ন খন্‌ব ঝাথল্ শোয়দব, লাইরিক্ হৈব পণ্ডিত, মখূৎ মশা হৈবদ

শোয়দব,পণ্ডিত লাইরিক্ হৈব, মহে শিন্শু থোইব মখোয় অসীদি নিংথৌ লৈবাক্ মপূগি য়াবা লল্ মবুনে।

(৭) মখোয়শিং অসীবু মতীক্ মতীক্ য়েংনে থৌজাল্ লাংগোল্লবগা নুংঙাই পুক্নিং থুংন তান্ফং মহে চাবনে। পুক্নিং সনা মৈখাঙ্বন গুণ মতীক্ চয়ব্রোয়নন সনা লৈবাক্ ঙাক্ও হায়ন থৌজাল্ ঈহয়্থবগুম্ন লৈবাক্ খৃথশিন্নরে।

(৮) তৌগিম্বসুঙ্ লিক্লাই ঈশানৌ-ও, য়োয়বু নশাবি কংলে মৈতৈলেম মাইস্নাম্শু লোইবী ঙামে লাম্হাবী, হুয়েল্ খোম্মরেংব ফাবী অসীদি শংলৌ য়েল্লাঙ্ খাগুম্বনে। পায়ম লিন্ন লোম্, লৌশিং চয়রে খাঙ্মথক্লম্ শেৎথুংদ, তাউজিঙ্ চয়গুম্ শিষী, ঙাইরোং শিংগুম্ শাবীনে।

(৯) মথংলেল্ লাইওই তাম্লবগি লৌশিং ফক্মাঙ্নবন চীল্লোঙ্ অথীব মাঙ্ইন্ন য়াথং অকায়ববু তোয়য়াম্লক্ঙৈনে। লাইরেল্ নশাবি ঐবু পুক্নিং থৌকাউদন লঙ্জ মখৈ য়াম্ববু হন্ন হন্ন ঙাক্পিয়ো।

(১০) ঈমোম্ তম্মা বাংঙম্লোল্ মৈতেঙ্ঙু চনু চিঙ্নুং থরাক্লৈগুম্বীগ

---

মমান্নবদগি থোইগৎপ মখোয় পুন্নমক্ অসীদি লৈবাক্ ঙাক্লিব নিংথৌ অদুগি অথোইব মরল্নি।

[৭] মথক্ত হায়রিব মখোয় পুন্নমক্ অসীবু মাগি মাগি মতীক্ চাব য়েংদুন মনা মথুম্ পীদুন য়োক্চরবদি পুক্নিং নুংঙাইন পানদুন নিঙব থুংনে মহয় চাব ফংবনি। সনা ফুদোংবগুম্ অমক্প য়াওদ্রব লুরব পুক্চেন্গ লোয়নন সনা লৈবাক্ অসী ঙাক্উ হায়ন ঈশিঙ্ হয়বদ মরী তত্তবগুম্ থৌজাল্গি অরেম্ন লৈতন লৈবাক্ শিন্নরে।

[৮] তৌইগুম্বসুঙ্ ঈনাও ঈবুংঙো, নঙ্গি নতৈম মৈতৈগি মহারাণী মাইস্নাম্ নিংঙোল্ ঙামে লাম্হাবী, লানদ খোম্মরেংব ফাবী অসে য়েন্শাং অথাবগুম্বনি। মরৌশিংদি লৈজদব, মাগি মরৌ অদুদি শেৎপ থুংদব ভঙাইফদবগি শেৎপগুম্বনি। মাগি ঙাঙ্থোক্লক্পদ অশীম্ব হয়গুম্ তানিঙ্দব, খোঞ্জেন্ শিনে শাবগুম্ নারোঙ্ শাব বা ঙাক্ত ঙাঙ্বনি।

[৯] লাইগুম্ন নিঙ্জব মপুরোয়কন লৈব্রবগি লৌশিং ফকচিন্দুন খোন্দা অথীব ঙাঙ্দুন অকায়ব লাক্কনি। নয়াম্ব ঐগি নুংশিব অদু কাউদন অরান্ব পুন্নমক্ ঙাক্পিয়ু।

[১০] ঐগি ঈচা ঈবেম্ম, চিঙ্নুংদ শাৎপ থরাক্লৈগুম্বী তম্ফা সনাগ, ঈচা ঈবুংঙো

লিক্লাই ঈপারি নাউবা অখুব চেপ্লে কারে খাঙুতন্দ য়াওবা মপাউ চাউদ্রিব

(১১) চেঙ্গোই কুকু মীরোল্ থোক্ত্রিব য়েন্গুম্ স্নম্গি থোক্লৌব, নিঙ্থানুংগি য়োক্লওব তেম্রোই পোৎতান্বী চোঙঙা লোন্দম্ চেক্কুম্ নমু মীরোল্ থোক্ত্রিব অসীবু লাইরেল্ মপা মৈতেঙ্গুঐবু য়েং, নুংশি শিঙ্লেল্ শেৎনব লৈরাং খাইনবগি মপী মাঙ্গব শন্নাউগুম্ন পলেম্ পীথি খঙ্দব তুগুম্গেনে।

(১২) লিক্লাই ঈশানৌ নঙন লাইরেল্ নশাবি ঐবু নুংশি পরয় বাকাউদন যৈরা তান্দ থোংন নাউয়োক্পি-ও। তড়া অচা বাৎহন্দ, চয়রৈ অশেৎ তাম্হন্দন লাংগোন্বি-ও হায়ন কোম্রোয় য়াথং অচেৎপন পাওমেল্লক্রে।

(১৩) লাইরেল্ মশানৌ শ্রীনরসিংহ পোইরৈ যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেবন কাওবী চীগ লুক্ য়াথং অনোন্বন বাকথচখিয়ে। লাইরেল্ ঈশাবি কোরও ঈনোংথৌ ঈবুংঙো তা-ও, লাইরেল্ কোম্রোয় নয়াথং কোরও নোংশিঙ্জঙ্ গুম্বদি কোরও নোংদ কাফদে মালেম্ লৈদসু তাফদে।

---

অপিশক্ চেপ্কে লোংগে খঙ্দ্রিব, বা ভাঙ্বদ চাউজদ্রিব

[১১] মচীন্দ থক্কে চাগে হায়ব মীরোল্ থোকত্রিব, য়েবুম্ মনুংদগি থোক্লক্পদ ভাইরিবগুম্ব নিঙ্থান কোন্দুন য়োক্লিব, পোল মনুংদ য়োক্চব তেনবাগি মতৌ তম্দুন মরোন্ তম্খৎলক্প, চোঙঙা মচাগুম্ মরোল্ থোক্ত্রিব অনী অসী মপা নিংথৌ ঐবু য়েংদুন নুংশিজব অদুবু পাম্জব লৈরাং মাঙ্খিবদ কায়নবগি মপী লৈত্রবা শন্নাউন মপী থিজবদ খঙ্দবগুম্ কণ্ডাওনরগনি।

[১২] ঈনাও ঈবুংঙো নহাক্ন নয়াম্ব ঐবু নুংশিব পুক্চেল্ অদু লেঙ্দন অঙাং অনী অসীবু নথাদ কোন্দুন, নতম্বাক্ত পম্দুন য়োক্পিউ। চাব থকপ মতম্দ চানিঙ্বদ পীজদুন, শেৎনিঙ্ব ফিজোল্ শেৎহন্দুন কোন্বিরক্উ হায়ন হিক্তোক্প য়াদব বাহয়ন তাক্পিরকলে।

[১৩] নিংথৌ মহাক্কি মনাও ঈবুংঙো শ্রীনরসিংহ যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেবন ময়াম্বুং সনা চরণদ নোক্লুক্পগ লোয়নন অমেঙব বান হক্কৎচখি। য়াম্বুং ঈবুংঙো, ননাই ঐগি লাইগি নিংথৌ ওইব ঈবুংঙো তাবিয়ু, নিংথৌ নহাক্ন তাক্পিব নোংমৈ শিঙ্জঙ্গুম্ন লেম্ন মাঙ্ব য়াদব সনা য়াথং অসীদি অতিয়াদ কাব য়াদে, লৈবাক্ত তাদুন লেম্ন মাঙফদে।

(১৪) তৌইগুম্ পোইরৈ হওন লম্দাংশাংসু কায়ফদে। নিংথৌ সনা ফম্বাল্লাংদি পোইরৈ লম্দাংশাং মতুংইন্ন লিক্লাই নপারি নাউবা অখুব মহাক্কিনে। নতাঙ্গইরেম্ ঐন সনা ফম্বাল্লাং কাফরোই।

(১৫) শাবি পোইরৈ মৈতৈলৈম হুয়েল্ খোম্মরেং ফাবীন লিক্লাই মপারিগি দমক্ত বাংঙম্ লৈবাক্ ঙাক্ঙনে হায়ন বাকৎচরবদ তুবি চিঙ্লেল্ নোংথ্রেন্ খোম্ব নিংথৌরেন্ন পাওখুম্লকয়ে।

(১৬) লিক্লাই ঈশানৌ শ্রীনরসিংহ পায়ম লৌশিং চাউব নঙবু তা ও, পোইরৈ খম্লাং পাপল্লোন্, ঈরেং চৎনরোল্ অবুব্বু কাউগুনো। পোইরৈ চৎনরোন্দ মোম্নু নুজা ওইবীন ময়ায় কোয়রেল শুম্দিল্ লাইকোয় ফম্হেদে, বায়েল্ মকোক্ ওইফদে।

(১৭) নুজা উন্বী ঈথৌ লাংবদি খাম্বী মৈরিগুম্ন লাম্বনি, লমচৎ অন্না ওইবনি। খামবী মৈত্রেং অরাবন ম্পাঙ্গল্ চয়শৌ ওইনব শিঙবী হাম্জৌ চাক্থেক্লগ

---

[১৪] অদুগদি ওইরগ মীতৈগি মপা মপু হাক্তক্তগি চৎনরকপ হৌনবী লম্চৎসু (কত্তম) কায়ব য়াদে। মরম্ অদুন নিংথৌ ওইদুন সনা ফম্বাল্ ফম্গদবদি মীতৈগি চৎনরকপ মতুংইন্ন পীকল্লিব নচা ঈবুংঙো অঙাং অসীনি। ননাই ঐহাক্ন নিংথৌ ওইদুন সনা ফম্বাল ফম্ব য়াত্রোই।

[১৫] লৈবাক অসী ঙাক্লদবদি ঈতৈম ঈবেম্ম মহারাণী খোম্মারেং ফাবীন মচা ঈবুংঙোগিদমকৃত মণিপুর লৈবাক ঙাক্লদবনি। অসুম হঙ্গৎচবদ চিঙ্লেল্ নোঙ্থ্রেন্ খোম্ব মহারাজন সনা য়াথং ভাক্পিরকঈ।

[১৬] ঈনাও ঈবুংঙো শ্রীনরসিংহ বুদ্ধি লৌশিং চঙ্খোন্ব নঙবু তাও, ঈপা ঈপু হাক্থক্তগি লৈবাক্ অসিদ চৎনরকপ অমুব চৎনবী অসী কাউগনু। মীতৈগী চৎনবীদ নুপী ওইবীশিংন লৈবাক্ অসিগি নিংথৌ পুন্নমক্কি মরোল্ ওইব, শুম্দিল্ ওইব, নিংথৌ ওইব য়াদে, লৈবাক জায়েন্বদ মকোক্ ওইব য়াদে।

[১৭] নুপী ওইবগি পুক্চেল্ন অপাম্বদ লাক্পলি মৈগি মৈরিন মথং মথং লাম্বগুম্ অরেপ্ন লৈতবনি। মৈগ নুপীগ লম্চৎ অমতনি। নুপীগি বাথল্ থেম্বনি মৈ মশান মহাক্কি মপাঙ্গল্ ওইনরিব শিঙজাউ মপৈ অদু তুম্ন চাকথোক্লগ মৈগি মৈরিন শোক্দুন মশাগি

চক্‌মোম্ পাঙ্গল্ মাঙ্নবগুম্ মোম্‌নু পাঙ্গল্ মাঙ্নৈয়ে।

(১৮) নুজা পূক্লিঙ্ ঈথৌ লাংবদি তন্‌ব নীপাবুগুগি পাথোম্ তরেৎ থোইবনি। নুজা পূক্লিঙ্ মহৌশা তুরেল লাইজ তোরয়গুম্ পূক্‌চেল্ পরিং চৎকন্‌দে। অবাংব মায়কৈ কাবিদে,অনেম্ব মায়কৈ থিগল্‌লি।

(১৯) মরম্ অসী লৈবন নমু মীকোক্ থোংফদে। লিক্‌লাই ঈশানৌ নহাক্‌ন ঙাক্‌লও চয়শৌ ওই, লাইরেল্ নশাবি ঐহাক্‌ন উচুঙ্ খোংফে ওইন পোইরে লৈবাক্ ঙাক্‌পমক্‌সুঙ্ তাইবঙ্ মীরৌলাংদ থুদুন থম্মোই থৌদ্ নুঙ্‌বু ফুম্, উন্‌বী মৈশা লাংন নোংথোইরব অসিদ নুজা শমু মখুৎবাক্ত করম্ পোইরে লৈবাক্ ঙাক্‌ও, বাংঙম্ থৌথা-ও হায়সিবনো?

(২০) লিক্‌লাই ঈশানৌ নহাক্‌ন সনা ফম্‌বাল্ তোংবদি হয়েং মতম্ লাক্‌পদ পারি নাউবা অখুবন চাউব লেপ্‌তম্ ফারবদ লাইরেল্ নশাবি ঐগি চান্‌ন খুৎপায় থাদোক্‌তন শমু খুৎশিন্‌নবদ পূক্লিঙ্ বাকাউবিরোইয়ে।

---

মৈশা মাঙ্হন্‌বগুম্ মখোয়গি মমায় ওইনব থবক্, মগুণ অদু মাঙ্হন্নগ মশাগি তৌব ঙম্‌ব মপাঙ্গল্ মাঙ্নবনি।

[১৮] নুপীগি পুক্লিঙ্দ অপাম্‌বগি নিঙ্‌ব বাখল্‌দি ঈশিং থৌরাংবগুম্‌নি। নীপান নিঙ্‌ব বার্খল্‌গি থাক্ তরেৎ হায়বদি শরুক্ তরেৎ হেল্‌লি। নুপী ওইবগি পুক্‌চেল অসীমক্তবু মহৌশান তুরেলগি ঈচেন্‌ন তোরয় চুম্‌ন চেন্‌বগুম্ পুক্‌চেল লৌথুপ লৌকোই নাইগল্‌লি। ঈশিং ঈচেন্‌ন অবাংব মায়কৈদ চেন্‌থৎতবগুম্‌ন নুপীগি পুক্‌চেন্‌সু অচৌব, অবাংব বাখল্ খন্‌গন্‌দে।

[১৯] মরম্‌সি লৈবন নুপীন লৈবাককি মকোক্ ওইব য়াদবনি। ঈনাও ঈবুংঙো নহাক্‌ন ঙাকলও ওইন অশোয়ব, অকায়ব পুম্নমক ঙাক্লগ নয়াম্ব ঐহাক্‌ন থিংঙেল্ খোংফেগুম্‌ন লৈবাক ঙাক্‌পমক্‌সু মীওইবগি লাংগি মশক্ ওইব লৌনম্‌বদ তাদুন নুংঙাইতব শাউনিঙ্‌বন থম্মোই অসী নুঙ্‌দুম্ ফুম্‌বগুম্ পোম্‌দুন নুংঙাইতন মতম্ লোল্লব অসিদ করম্ তৌন নুপীবু লৈবাক ঙাক্লব অমসুঙ্ নিংথৌ মচা মশূদ থৌথানব শিন্‌নগদগে?

[২০] নিংথৌ ঐগি ঈনাও ঈবুংঙো নহাক্‌ন ফম্‌বাল্ তোংদুন নিংথৌ ওইহৌরবদি হয়েং মতম চারক্‌তুন পীক্লিব ঈচা অঙাং নাউবা অসীন চাউজরক্লব মতম্‌দ নয়াম্ব ঐবু ঈনাওন বুংশিব অদু কাউদন নচা ওইন খন্দুন নিংথৌ খুতম্ শিন্নবিরগনি।

(২১) নশাবি মৈতৈ লৈমদি নিংথৌ চাক্চা নুংঙাইববু শমু খুৎত থূন্নবদি নুজা পূক্নিঙ্ মহৌশা মপারি নুংওন্নবসুঙ্ কাউথ্রনি, মযোম্ নুংজান্বীশুঙ্ খনগ্রবোই ফমৃদৌ মঙাইরোয় নিংথৌ মহীশাংগি কোন্নোয় মপাউ তাথ্ররোই।

(২২) নিংথৌ লৈবাক্ মপুগি ঐনি ময়াই কাবদি ৱাংলে যুদগি থোইবনি, নাউবা উন্বী লৈখল্ লন্কগ পাংখক্নি। পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংব, ফমৃদৌ মঙাইরোয়, লাইরেল্ মহীশাংন নিংথৌ লৌশিং ওইনবনে।

(২৩) নিংথৌ লৈবাক্ মপুদি পূক্নিঙ্ ফমৃহোং তোয়ফদে। উন্বী ঈথৌ থোইন লাংফদে। ৱায়েল্ মৈশা হক্ল লাংফদে, শূন্বী লুনাইদবীন পামেল্ হুমৃওইফম্বু চিক্থেক্পগুম্ নিংথৌ পাঙ্গল্ ওইরিব লৈবাক্ন ময়েং তারবদি নিংথৌ লৈবাক্ মপুগি পাঙ্গল্ ময়েং তাবনি।

(২৪) লাইরেল্ মৈতেঙঙু তুবি চিঙলেল্ নোদ্রেন্ খোম্ব কোরও নোংকা লম্লেন্দ ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেল্গুম্বন তাইবঙ্ নোংশাপাল্ অসীবু শমু নম্দ

---

[২১] নভৈম ঈবেম্ম মহারাণীদি নিংথৌ ওইবগি নুংঙাইব অসী ফংখিবদ অৱাব পোৎলুম্ কাউখিদুন নুপী ওইবগি হৌনশা মচা নুংশিব কাউথ্রগনি। চান্জরবী মচা নুপীগি ৱাখল্ লৈথ্ররোই অঙম্ অথৌ অমদি নিংথৌ ঐগি ঈপা ঈতোলগি মৱা তাথ্ররোইদবনি।

[২২] লৈবাক্ মপু ওইব নিংথৌন নিংথৌ ওইবগি ময়াইন ঐহাক্ নিংথৌনি হায়রীন মনিঙ্ তৌরক্পদি যু ঙাওব মীদগি হেন্ন খুদোং থী। লৌশিং য়াওথ্রিব অফ-ফত্তব ৱাখল্ লৈত্রিব অঙাংগ অন্নানি। তুংগি লাক্কদব উব পণ্ডিত মতেং পাংদুন লৈবাক্ পুব য়াওরিব ফম্নাইব অঙম্ব, নিংথৌ মহাক্কি মপা মচা মরী মতান নিংথৌগি লৌশিং ওইনবনি।

[২৩] লৈবাক্কি মপু ওইব নিংথৌন পূক্নিঙ্ লেপ্তন ঙাইহাক্ ঙাইহাক্কি ৱাখল্ তৌফদে। পূক্নিঙদ হেন্জিন্ন পাম্ব য়াদে। ৱায়েন্ব মতম্দ অশাউবগ লোয়নন লৈবাক্ ৱায়েন্ব হৌনদে। মরূ পান্দব শূন্ন মযুম ওইনরিব উ অদূ চীক্থেক্তুন মাঙ্হন্বগুম্ নিংথৌগি পাঙ্গল্ ওইরিব লৈবাক্ন নিংথৌগি অকব ৱায়েন্ন খাঙ্ব ঙম্দদুন লৈবাক্ ময়েঙ্ তারবদি লৈবাক্কি মপু ওইরিব নিংথৌ মহাক্কি পাঙ্গল্ ময়েং তাবনি।

[২৪] অসী তাক্পিরমলগ শিরব মতম্দ স্বর্গ কান্নবগি হোৎনবদ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠীর নিংথৌরেন্গুম্ শ্রীরাধাকৃষ্ণ মপূক্ লেপচব নিংথৌরেল্ তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেল্ খোম্কন অপঙ্ব তাইনদুন পাল্লিব পুন্শি অসী থাদোক্লমলগ শক্তিক্কী মতুংইল, থবাগি ৱিজি

হুল্লগে, শজিক মতুং ইল্, থবা মময় বায়ন নোংদোল্ সনা কয়রাক্ কারগে হায়ন নিঙ্থন্নবগি চিঙঙু যৌবু শম্নন কাশা যৌবু লীকিন্নন লাইজ ঈনোৎ কাকগুম্ অনা লাইথোইজিন্নকলে।

(২৫) লিক্লাই মশানৌ চিঙ্থংলেন্ পাম্হৈবন হাওশি ঙম্গ চিং, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব,গুরু,পণ্ডিত লেংগ তিল্,পোইরৈ মালেম্ লৈবাক্ কোইব লোয়শঙ্ ফম্নাইরিব পুন্নমকবু কাগুপ্ পরেং শা,

(২৬) য়োয়্বু কংলৈ মৈতৈ লৈম য়োয়্নুম্লোল্ পুঙ্লেল্খোম্বীগি পন্থৌ মপা শাৎমব, নুংবাল্ লুবাং নিংথৌ গৌড়শ্যাম্ মাইন্নাম্ চাগ, লাইরেল মাগি পাইরৌরেম্ তুরেল্ বাৎম নিংথৌ ধনি লংমাইথেম্বগ কেগে মোইরাং নিংথৌ লুবাংব অচোম্ চাগ নিংথৌ অহুম্মসুঙ্ য়াওন লাইরেল্ মাগি শেল্লৈ পাইরৈ, শাবি শানৌ কুরও মাক্লও লেংগ তিল্, য়োয়্বু য়োয়্হৈ পুন্ন হও গীতা ভাগবত তান অনা লাইকন্নরে।

(২৭) লাইরেল্ মৈতেঙঙুন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লেংন তিন্বশিংদ চোয়নৌ সনা মৈখাঙ কোন্বু টাঙ্গা মপুম্ পান লাইরেল্ শমু খুৎন ফংন কৎচরবগ ভক্তপাদ চানুরা

---

পায়দুন মরোল্ নাইব শ্রীরাধাকৃষ্ণগি খুভম্ তান্থ্রগে হায়ন নিঙ্লদুন লাইগি মরম্দ পুক্নিঙ্ লেপ্পগ মবুংঙোগি মরম্দ নিঙ্জদুন ঈশিং ঈনোৎ কাবগুম্ অনাব অদু মথং মথং হেন্জিল্লক্লে।

[২৫] মনাও ঈবুংঙো, নরসিংহ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবনচিংলদুন ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, গুরু পণ্ডিত পুন্নমক্ তিন্দুন লৈবাক্ পুব লোয়শঙ্ পুন্নমক্কি ফম্নাইব পুন্নমক্ন পরেং শান কাগুপ ফম্লে।

[২৬] অদুগ মৈতৈলৈম মাইন্নাম্ চনু পুঙ্লেল্ খোম্বীগি মপাবুং মাইন্নাম্ গৌরাশ্যাম্ লুবাং নিংথৌ, মবাই ঈবুংঙো নোংমাইথেম্ ধনি অঙোম্ নিংথৌ, অচোম্ লুবাংবে মোইরাং নিংথৌ, নিংথৌ অহুম্মক্ য়াওন মহারাজগি মশেল্ মবাই, মচিন্ মনাও, মকু থোক্প, মমাক্শিং ঈবেম্মশিং পুন্নমক্ তিন্দুন ভাগবত, গীতা অনী তাদুন অনাব লাইকন্নরে।

[২৭] মীতৈগি নিংথৌরেল্ন সনা খুৎমক্ন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব তিন্নিব পুন্নমক্ত সনা টাঙ্গা হায়বদি সনাগি লুপা অমমম্ কৎচরগ ভক্তিদগি থোক্লকপী মশাগি নুংশিজরবী

দেহ্ মঞ্জরী নুংচান্‌বীবু থাদোক্তন লৈরিঙে

(২৮) য়োয়বু মশানৌন তীর্থ লাই ফম্ খুদিঙ্‌গি জগন্নাথ প্রসাদ অথোইবনচিংন লাইরেল্ সনা চিম্বালথোং মিৎতরেং অরুব শ্রীকৃষ্ণ লীলা য়েংনমিৎ, নাকোঙ্ মালং নোংশিৎ থোঙ্ শ্রীগুরু মপাউতাক্‌ন চঙ্‌নথোঙ্ নাতোল মালং নুংশিৎ থোঙ্ চরণ তুলসী লৈনুংশিন চঙ্‌নফম্

(২৯) নম্‌শা লৈয়েক্ তোম্‌থিন্‌ফম্ খৈবিক্‌ত পিরেম্ লাইজ ঈচেন্‌নন হাপচরিঙেদ শ্রীরাধাকৃষ্ণ হায়ব কোন্নোয় মমিংথোংবু খোঞ্জেল য়াইবী বাংন শোন্‌থোক্‌লক্লে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূন্নমসুঙ্ য়াথং নুংনৌ চয়্‌রোয়নন শোন্‌মন্‌নরে।

(১) লিক্‌লাই মশানৌন তড়া লুক্ তং লাংখিরিঙেদ লাইরেল্ মশাবিবু অনা লাইথোইজিল্‌লক্লে হায়ন য়াথং পাউকৌবুবদ লিক্লাই মশানৌদি চয়্‌রে শেৎলম্ শেৎফাৎত মাল্‌লও ইল্‌লম্ ইন্‌ফাৎত য়াংদৌ চেন্‌কারক্‌লে।

(২) সনা য়োয়্‌কোল্ নুংদ বাইথুংলবগ পাউমেল্‌লরে— হে মাইব লাইয়েং হৈবশিংও, লাইরেল্ ঈনোংথৌগি মালং তোংলেঙ্ হও, লাইজ ঈনিল্

---

মঞ্জরীবু থাদোক্‌তন লাই নিঙ্‌লিঙে

[২৮] মতম্ অদুদ মনাও ঈবেম্ম মহাবাণীন তীর্থ খুদিঙগি লাইফম্‌গি ঈশিং, জগন্নাথগি অথোইব প্রসাদীনচিংবে পুবক্‌তুন মহারাজগি চিম্‌বাল্‌দ, শ্রীকৃষ্ণগি লীলা য়েংনেনব মিৎত, নোংদোন্‌দ শিংপ নোংশিৎ চঙ্‌নফম্ ওইব শ্রীগুরুন তাক্‌পিব বান চঙ্‌নব নাকোঙ, শ্রীকৃষ্ণগি চরণদ কৎলুবব তুলসীগি মনম্‌ন চঙ্‌নফম ওইব মনুংদ শিংপ নুংশিৎকি লম্বী নাতোল্‌দ অমসুঙ্

[২৯] লৈরোংগি মশক্ ওইব চন্দন্‌ন তৈফম্ ওইব উন্‌শাদ মমিৎত মপিতান কপ্ন কপ্ন হাপ্‌লিঙেদ খোঞ্জেল্ বানে শ্রীরাধাকৃষ্ণ হায়ন শোল্‌লক্লে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংবে তিন্‌লিব মী পুন্নমক্‌সু পুক্লিঙ্ নৌহন্‌ব খোঞ্জেল্ অদুগ লোয়নন রাধাকৃষ্ণ অনীগী মমিংবু শোন্‌মিন্‌নরে।

[১] মনাও ঈবুংঙোন লুকহাব লেঙ্‌ঙ্গিঙেদ ময়াম্‌বুং ঈবুংঙো মহারাজগি সনা হক্‌চাং ইব হেন্‌জিল্‌লক্লে হায়ন পাউ থাদুন কৌখৎলুবদ মনাও ঈবুংঙোদি খাঙজেৎ থোয়্রম্ থোন্‌কাৎতন অমসুঙ্ নম্‌থাঙ্ ইনফি ইন্‌ব নংদন চেন্‌ন চেন্‌ন কারক্‌লে।

[২] সনা কোনুং য়ৌদুন থুংলবদ অক্ক্‌পিখি,— লাইয়েংবে হৈরব মাইব অপুম্ব, য়াম্‌বুং ঈবুংঙো মহারাজন নুংশা শদৌ থোনে সনা হক্‌চাং শাগৎতুন নুংঙাইতব মতম্‌দ পুক্ শুদুন

শূন হক্শাং নুংঙাইত্তব খৈবিকৃত য়াফম লুরোয়্খোম্ খোয়্জি মিহুল্য়েং, শিংলী পাফল্নম্ খূদম্ মতম্ য়েংনে ঙাক্চরক্পশিংও নখোয়্দি হৌজিক্ মতম্ অসিদ নহে মতীক্ য়েংনে তৌবিরো।

(৩) লিক্লাই মশানৌন নুংশি মখে ফংনে পাওমেন্ববু মাইব লাইয়েং হৈবশিংনে পাউখুম্বদি-নতাইরেম্ ঐখোয়দি লাইরেল্ নশাবিগি মতীক্ অবুব অসীবু করম্ খঙ্সিবনো? ঙম্খৈ পাম্দম্ লাক্ঙম্দবন খূৎতম্ ময়েক্ থাঙম্দে। লাইনিঙ্ মহৌশাদ নুংঙাই মনিঙ্ থুংগে হায়ববু মাল্লে।

(৪) অসুম্ পাউখুম্লবদ লিক্লাই মশানৌদি লাইরেল্ মশাবিগি হক্শাং লাইওঙ্ পান্দম্ য়েংনে নুংশি লাইজ ঈথক্ মরাঙ্ হওঁ, পিরেম্ ঈরাউ চয়্রোয়্ন হাইহৎ লৈফাই তুন মালেম্ লৈদ ওল্ য়াওবা খোঞ্জেল্ চাউন মীকপ্লে।

(৫) লাইরেল্ ঈশাবি সেম্রেঙ্ লম্হও য়াইগূম্ব-ও লিক্লাই ঈচি-ঈনাওবু বাক্য়য় লাইচি লাক্, তোংজেং খাবক্ হিগুম্ ঙাইরোয়নববু অশি নোংলেল্মগি মখৈবু তূরেল্ লৈরাই চোপ্তা খোইরী তৎপগুম্ তৎনরো, উন্থম্ চয়রে ফিরোল্

---

খোয়জিগি মিহুল্ য়েংলগ মরী মতাং নম্দুন অনাবগি লাইওঙ্ য়েংনে থৌগল্ তৌজরক্রিব নখোয় পূম্নমক্ হৌজিকৃত্তি নঙ্ন নঙ্ন হৈব নহেগী মতুংইন্ন সনা থৌগল্ তৌবিরো।

[৩] মনাও ঈবুংঙোন মপূক্ নুংশিবগ লোয়নন হংব অদূদ লাইশক্ খঙ্ন লাইয়েংলিব মাইবশিংনে খুম্লক্প বাদী — "ননাই ঐখোয়ন নয়াম্বুং ঈবুংঙোগি মগুণ চাউমন্ব অসীন করি হায়ন হঙ্থসিগে। নয়াম্বুং ঈবুংঙোগি মতিক্ মগুণ অরেম্ব খঙ্ব ঙম্জদবন খূদম্ য়েংবদ করি থোক্লগদগে হায়ব ঙম্জদ্রে। নয়াম্বুনে নিঙ্লক্প লাইনিঙগি মতুংইন্নে সনা পূক্নিঙ্ থুংনে নুংঙাইব শরুক্ ফংলগে হায়ব মাল্লি।

[৪] মতৌ অসুম্ন মাইকন হঙ্ৎপ বা অদূ তায়বদা মনাও ঈবুংঙোন ময়াম্বুং মহারাজগি সনা হকচাংগি মওঙ্ মতৌ য়েংলগ মচিন্ মনাও নুংশিনবগি বা পূম্নমক্ থল্লুবদ ঈশিংনে ঈথক্ হওবগুম্ মথং মথং নিঙ্শিঙ্লকতুন লৈবাক মথন্ত ওন্থোইদুন খোঞ্জেল্ খোক্ন বানে কপ্লক্রে।

[৫] লৈচিল্ থাংদব তবু তবুন লংনে থোক্লক্প নুমিৎকি মশক্ ওইব য়াম্বুং ঈবুংঙো নিংথৌরেল্-ও, ঈচিন্ ঈনাওন হিয়ু হিনাউ পূম্ পূন্ব খবক্ লাক্প হিগুম্ থাদোক্নদন

খাইগুম্‌ন খাইনরো হায়ন্নবরা?

(৬) মশানৌ পোইইরে যুবরাজন অসুম্ মীকপ্‌লিঙৈদ লাইরেল্ মৈতেঙঙু তুবি চিঙ্লেল্ নোংগ্রেন্ খোম্‌বদি মপাল্ য়াথোক্‌মা তুলসী মালেম্ লৈপুঙ্থোল্, শঙ্লেল্ তৈন খন্‌ন শান্‌শেম্‌লিব অদুদ তুবি য়োয়্কোম্‌ংগি লাইরেল্ মাগি নোংদম্ মতুংইন্নন লোইদাম্ পোইনু থা নিন্দুং থাশিনোং কোরও শগোলশেল্‌গি নোংঙাল্ য়ুথক্ মতুংদ পুঙ্গোয় মরি শুরক্‌প ক্ষেল্‌লেল্ নোংমাইজিঙ্গি মহেন্দ্র পুঙ্জা মনুংদ মপাল্ য়াথোক্‌লক্লে।

(৭) চিঙ্ঙু শামল্ লীয়েৎন নাম মালা লীক্‌চৎ থাদোক্‌তন তুলসী শমু য়েথন পায়্ লাঈরেল্ পায়ুম উন্‌গোয়নুং থম্‌বাল্ লৈকানুংদগি শিংলেল্ লৈকা চামনিপাল্ শুবদো থম্‌বাল্ লৈহুনথোক্লে।

(৮) পলেম্ পীপূক্ নুংদগি মালেম্ লৈতারকঙৈদ গুরু মপাউমেন্‌ন তাক্লক্‌প

---

লোয়নরক্‌প অসী ঙসি নুমিত্তগি হৌন তুরেল্ লৈরাইদ চোয় খোইন খোইরী তথখিবগুম্ তথনরো, অদুগ নিংথম্‌থাগি থৈজুপ মরোল্‌দ খাইখিবগুম্ খাইনরো হায়ন তম্ব্রবরা?

[৬] মনাও ঈবুংঙো যুবরাজন মতৌ অসুম্‌ন ওন্দুন কপলিঙৈ অদুদ নিংথৌরেল্ তুবি চিঙলেল্ নোংগ্রেন্ খোম্‌বদি মপান্দ থোক্তুন পোথাকম্ পুঙ খোন্দুন তুলসী থারিব খাংগোক্ খল্‌লিব খাঙলেন্‌কমদ মহারাজগি ময়াইবক্ত তমব লাইগি নোংদম মতুংইন্‌ন সনা শঙ্গাই মনুংদগি লেঙ্থোক্‌লে। পোইনু থাগি শিরক্‌প থাশি শগোল্‌শেন্ নুমিৎকি নোংঙান্‌বগি অহান্‌ব য়ুথক্ মতুং পুঙ মরি তাব মতম্ নোংমাইজিঙ্গি অথোইব পুঙ্ফম্, মহেন্দ্র পুঙজাগি মনুংদ খোঙ্শান্দুন যাত্রা ওইরে।

[৭] তাইবঙ্পান্‌গি বাথল্ থাদুন লাইওইব বাথল্‌দ চৎমিন্‌নগদব লাইগ লোয়নন লাঈনিঙ শাজেল কাউদন খুৎত নাম মালা থাদোক্‌তন খুৎ য়েথন বৃন্দাদেবী পায়ন পায়ন নিংথৌরেল মহাক্‌কি থম্মোইনুংদ লৈব মকা চামনিপাল শুব খোয়দও থমবাল অদু খুম্বুল মকা কন্‌ন শাৎকাইরে হায়বদি খোল্লও থুম্বলক্লে।

[৮] ঈমাগি গর্ভদগি থোরক্তুন তাইবঙ্পান্‌বদ পোক্‌প নুমিৎতগি গুরু সনা য়াথন

শিঙ্লেল্ লৈনম্ ফাওরক্নে। লৈরাং মব্বাক্ থাউরক্লে।

(৯) শিরম্দাইগি নুংশিংন মালং তোংলেঙ্ হওরক্লে। মালং তোংলেঙ্ হওবন লাইজ ঈথক্ চাউরক্লে। লাইজ ঈথক্ চাউবন খাম্বী মৈফম্ মুংলক্লে। য়াইবী থবায় মণ্ডাম পোখা কায়তোংফম্ লৈতরে। উন্গোয় চনিঙ্ তিংন মিহুল্ খুভম্ নাইদরে।

(১০) হক্শাং লাইহি পরয় থোক্ মোন্তিং য়াইবুপাক্ মথুম্ হাং, হীকোক্ কুম্চিং লিওংন, চিঙ্খে লৈনা পান্দম্গুম্ লাইবক সলাই কা থোইয়ুম্ লাইথোঙ্ অযুন্বা সনা থোঙ্জাউ হাংনে কৌব্রুগি মতোন্নৌ অয়ু ভাংজেং শংবিদে।

(১১) থম্চেৎ পীপূক্নুংদগি শংব্রেঙ্ নুংওল্ পূক্হুব থবায়গি থবায় অচিব লাইনিংথৌ মিরেল তোংমুরাবদি মালং ফেন্চি ওই, থম্গোল্ নোংলৈ ওইন লৈগি

---

তাক্পিরক্প লৈগি মনম্ অদু (অশিরৈগি মনম্, শংব্রে মনম্গুম্ব) ফাওরক্নে। মনম্ অদু লাক্পদ মী ওইবগি মচু মাঙ্খ্রে।

[৯] নুংদ শিংপ নুংশিংন শিরম্দাইগি মতম্দ কন্ন শিংন শদৌ থোংন শোর হোল্লক্লে। শদৌ থোংলক্প মরম্দগি ঈ পুন্নমক্ ঈশিং ওন্দুন ঈচেল্ কন্নক্লে। ঈন ঈশিং ওন্নক্পন হক্চাংগি মৈশা লৈরক্ত্রে। হক্চাং মৈশা লৈরক্ত্রবদ থবায় মণ্ডামক্তি লৈফম্ লৈরক্ত্রদুন হক্চাংগি ঈরম্ ওইব মরী পুন্নমক্ চনিঙ্ ফাওন তিংখিবন মিহুল্ফম্ মফম্দ লৈরক্ত্রে।

[১০] হক্চাংগি থোঙ্ পুন্নমক্ হাংদুন য়াইগি মশক্ ওইব থবাইগি মথুম্ হাংবদ হীগোক্ মচুদগি কুম্ মচু ওন্বগুম্ মায়গি ফিভম্ হোংদুন চাইবুং বানে মিং কুৎতুন লাইবক্কি থোং ওইব অযুন্ব সনা থোঙ্জাউ (পিশুম্ অনীগি মরক্ লাইবক) হাংলবদ কৌব্রু চিঙ্গি লেঙ্দব মতোন্গুম্ব নাতোন্ন পৈরক্লে।

[১১] থম্জেৎ মব্ মনুংদ লৈব ময়োন্গুম্ থুপ্ন লৈপ্লব, মহাক্ন মীওইব পুন্নমক্কি পুক্নিঙ্ ঝুরিব থবায় পান্ব পুন্নমককি থবায়গি অথোইব থবায় (পরমাত্মা) ওইরিব মিরেল্ তোংমুরাবদি নোংশিংক শিয়েংনন নোংলৈ ওইদুন লৈগী দোলাই তোংদুন পোক্লক্পদ

দোলাই খোঙ্নেথন শ্রীবৃন্দাবন কংফদব মফম্ থূপ্খোইবদ চঙ্ন শ্রীগোবিন্দ সনা মখোঙ্ খাদ নুংঙাই পূক্লিঙ্ থুনে তান্ফংজখিরে।

(১২) পোইরৈ নুংশি মরাঙ্ হও, য়াবা খোঞ্জেল্ বাং হরি মিংলেল্ শোন্‌ন অনী চেংলও শক্য়েংন অহম্ ফুংগা লোঙজুম্ শান অবা নুংশি লীয়েংন মালেম্ লৈদ ওয় মীকপ্‌নরে।

---

কোময়কপ নাউফমন পূদুনা পঙ্ন ফবে শুমদব অথুয় মফম্ শ্রীবৃন্দাবনদ চঙ্দুন শ্রীগোবিন্দগি মখোঙ্ থম্বাল্ মানবদ য়ৌদুন মনিঙ্ থূংজরে।

[১২] মণিপূরিগি প্রজা মীয়াম্ন মবুংঙো নুংশিবন খোঞ্জেল্ বাংন হরিগি অথোইব মিংলেন শোয় কপ্‌নরে। অমগ অমগ য়েংনরগ অনী ফংলে কোয়দুন অহুম্ ফংলে কোয়দুন নিংথৌ লৈতবগি অবাবগ নিংথৌ অদুবু নুংশিবগ তিয়খিবন লৈবাক্ত ওয় থোইন কপ্নরে।

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

## মরিশুব পন্‌দুপ

(১) য়োয়্‌বু মশানৌ কংলৈ মৈতৈলৈমন মমোম্‌ তম্ফা বাংঙমলোন্‌বু শমু পাল্‌লোয়্‌ শম্‌ মপারি নাউবা অখুববু থাদ কোন্‌ন পাওমেল্লক্‌য়ে — "পারি নাউবা অখুব-ও হয়েং নপা ঈবুংঙোগি চেংলও শক্‌পান্‌থোং পুনুং লেপ্‌পান্‌থোংবু খঙ্‌লওদে হায়গনি, চেংলও শক্‌খঙ্‌লৌও" হায়ন চয়্‌রে মায়্‌খল্‌ হাংন য়েংহল্‌লে।

(২) "লাইরেল্‌ কোরও ঈনোংথৌ পাৎয়ায়্‌ থম্‌বাল্‌ লৈগুম্‌ব-ও সনা কাঙ্‌খল্‌নুং কিয়ার মোন্‌তেক্‌ থক্ত কব্রং মোম্পাক্‌ থক্ত নুংশি য়াওন্‌ন লৈরাং লৈনম্‌গ নুংওল্‌ য়াতান বেনু বীনা য়াকৈন, লৈম থম্‌বাল্‌ মান্‌বীন নিংথৌ শয়েঙ্ক্ নতাল্‌ নোইন নুংঙাই য়াতাববু শমু নম্‌দ হুন্‌ন করিগি মালেম্‌ লৈমায়থক্ত থিংলেও

---

[১] মনাও ঈবেম্ম মহারাণীন মচা ঈবেম্ম তম্ফা সনাবু মখুৎ পায়দুন শম্‌লগ মচা ঈবুংঙো অপিশক্‌পু মথাদ কোন্‌দুন হায়রক্‌ই — "ঈমাগি ঈবুংঙো অপীকপ, হয়েং মতম্‌ অমদ নপা ঈবুংঙোগি মশক্‌ মীওই মীতৌ খঙ্‌হৌদে হায়রক্লনি, অদুন নপা ঈবুংঙোগি মশক্‌ খঙ্‌নব য়েংহৌরো" অসী হায়দুন মায় কুপ্‌লিব ফি অদু হাইদোক্‌তুন য়েংহল্‌লে।

[২] মচা ঈবুংঙোবু মপাবুংগি মশক্‌ য়েংহল্লগ হায়রক্‌ঈ — "হে ঈবুংঙো তোল্লবী ঐগিদি লাইগি মশক্‌ ওইব, পাৎয়ায়দ তোম্‌থিল্‌ শাৎপ থম্‌বাল্‌গুম্‌ব নহাক্ন নিঙ্‌থিব নিংথৌগি মতিক্‌ চাব কাঙ্‌খল্‌ মনুংদ কাব্রংগি মোক্তেক্‌ মোন্‌দুম্‌ মোম্পাক্‌ মথক্ত হিম্ননি, কম্লম্‌বনি। অদুগ মনম্‌ নুংশিন্নব হয় লৈতগ য়াওন্‌নরম্‌ব, বাঁশি পেনান য়াকৈবগি য়াকাইব্রোল্‌ শক্লম্‌বনি। থম্‌বাল্‌ মান্‌বী মনাও ঈবেম্মশিংন সনা হক্‌চাং থৌগল্‌ তৌদুন সনা হক্‌চাং নোইদুন নুংঙাইন চেপ্‌লম্‌ব অদু পুম্নমক্‌ থাদোক্লগ করিগিদমক্‌ ঈচাউ

চাউব য়াহিপ্‌ন লাইরেল্ শাংব য়াতান শিঙ্‌লেল্ কুন্দো পরেং তাবগুম্ শূমায় বাইফুল্ থক্ত য়াতারিবনো?

(৩) লাইরেল্ শমু নহাক্‌শাংবু চিঙ্‌লেল্ পল্‌লংলো চাউথোইকন নন্‌চিন্‌খিব ভূগুম্‌লে। নপারি নাউবা অথুববু কৌব চিঙব্রোয় লংগুম্‌ন তোয়্‌নরে হায়্‌ন নুংশি ঈথক্ মরাঙ্ হওু, পিরেম্ ঈরাউ চয়্‌রোইনন শমু খোঙ্‌বু থীন্ থবাক্ খুদুম্ শুন মীকপ্‌লে।

(৪) য়োয়্‌বু লাইবক্ থীবীদি সোরারেল্‌গি মমোম্‌লোল্ রত্তা জগোই শাবীন মথং মপা তাম্‌বগুম্, ফৌওইবীগি মচান তড়া তাংলম্ নংবগুম্ ঈথং লাইওই তাম্‌বন পাথং শঙ্‌বায় লোন্‌তাম্‌ব লওকুম্‌ন নূরা ঙাইরোং শিন্‌শুবুক্ কুম্‌ন করম্ ইপা হাঙ্-ও হায়্‌বনো? ইতোম্ পাংশোয় নীকহৌরে।

(৫) অশি নোংলেল্ নোংজামগি মথৈবু সনা কোন্‌ফু কায়রে, থবাক্ লিক্‌লাং চোইন কেস্‌লে, থবান ঙাঙ্গোয় তৎপগুম্ তৎনরে।

---

চাউন লাইরেন্‌ন শাংন হীগ্নগুম্ হীপ্তন অঙৌব কুন্দো পরেংন লৈমায়থক্ত ঙৌন তাবগুম্ শূমাঙ্ উৎফুল্ মথক্ অসিদ চেপ্‌লিবগে?

[৩] নিংথৌ নহাক্কি সনা হক্‌চাং অসীবু চিঙ্‌গি মরক্তগি অচৌব চিঙ অমন নন্‌দুন থম্‌বগুম্ লেঙ্-ওৎপ লৈতন তাদুন লৈরে। নচা ঈবুংঙো অপিশক্ অসীবু তমংদগি লংথোক্‌প লংগুম্‌ন তৎনরে" অসী হায়্‌ন নুংশিব, পাম্বুবগি ঈথকন মরাঙ্ হওরক্‌লবদ মমিৎ মপি তারক্‌লে, পি তাবগি ঈরাউথোন্‌গ লোয়নন মখোঙ্ থীন্দুন মথবাক্ত খুদুম্‌ন শুদুন ক্ষপ্‌লক্‌লে।

[৪] "ননাই ওইবী লাইবক্ থীবী ঐহাক্তি সোরারেন্‌ন পোকপী মশক্ মতৌ ফজবী রত্তা জগোই শাবীন মতিক্ চাব মপুরোয়ব লৈতবগুম্, অদুগ ফৌচেঙ্‌গি মবেম্ম ফৌওইবীগি মচান চাব ফংদদুন ঝাবগুম্, লাইগুম্‌ব নিংথৌ নঙ্‌ন লৈত্রব অসিদ পাবোৎ শঙ্‌বায় অনী শুম্রব পাথনে শঙ্‌বায় নামত পুদুন লও কুম্ব অদুগ নুপী ওইবগি শিল্‌লুক্‌ন করিগুম্বদ অনী শুদবগুম্ ঈপুরোয়ব লৈতন ঈতোম্মত লৈয়ু হায়ন করম্ তম্‌লম্নবনো? ঈতোম্মত ইপা য়াওদন লৈহৌরে।

[৫] ঙসি হায়ব নুমিৎ অসিদগি হৌরদুন সনাগি কোন্‌ফুগুম্ব নিংথৌরেল্ লৈত্রে। ময়ম্ অদুন গুপ্ত শিব লিক্‌ন তৎতুন চোইন তাবগুম্ ঐঙোন্দ নপ্‌লম্ব মী পুম্নমক্ মকম্ম থংগ্রোই। অদুগ সনাগি ঙাসোয়্‌ন তৎতুন চাইবগুম কম্মাঈব অঙম্‌ব মগুণ লৈব পুম্নমক্‌সু তৎনরগনি।

(৬) নশানৌ লাইবক্ থীবীবু শেন্‌বী ভেখাউ লুগুম্‌ন ঈমায়্ মখা পাংনে করম্ য়াতাসিবনো? তুরেল্ নেম্বী শিঙনাং পান্‌গুম্ করম্ নেম্‌ন পান্‌সিবনো?” অসুম্‌ন সনা য়োয়্‌কোম্বুংবু নিন্‌ন মীকপ্‌নরে।

(১) খোইয়ুম্ নোংদম্‌দ মরিং হাওব মখুৎশা থুম্মোক্‌ন পয়া পাংশোয়্ নীক্‌তবগুম্ পাপোৎ কায়্‌ন তম্‌বিদে। অবাব নৈচিল্ মরক্ত নুংঙাইবগি নোংথাঙ্ মরাক্ঈ। নুংঙাইবগি মৈরি মরক্ত অবাবগি মৈথুসু কারক্ঈ। কংলে সনা য়োয়্‌কোম্বুংদ মীকপ্ খোম্লেল্ মরক্ত নুংঙাইবগি মঙাল্ ফাওরক্‌লে।

(২) পোইরে চথন লম্‌দাং মতুং ইন্‌ন সনা ফম্‌বাল্ লাংদি চেংলও মিৎকুপ্‌ম্, বাংলেল্ পুঙজামবু হাঙ্ফদে। নিংথৌ মহুৎ লয়্‌ন শিন্‌দন নিংথৌ মাগি কোরও নোংগাথৌ পুরোয়্ লম্‌থোক্‌প লম্‌য়ায়্ কাইখিন্‌ন মথৌ য়াংগেন্‌কদবন পোইরে লৈবাক্ কোইব অঙম্‌বন লিক্লাই মশানৌদ বাকথচখিয়ে।

(৩) “লিক্লাই মশানৌ পোইরে যুবরাজ ঈবুংঙো তা-ও, লাইরেল্ নশাবি থুন্‌নিংথৌগি মহুৎ লায়্‌ন শিন্‌ন ফম্‌মোই মিংপু ফম্ন ফম্নাংমৈবু তোংবিরো” হায়্‌ন

---

[৬] ভেখাউ লূন মতম্ লৈব খিবিক্ত মমায় মখাত ওন্‌ন থুম্‌বগুম ঈপুরোয়ব লৈত্রবী ননাও লাইবক থীবী ঐন মায় ওননিংদবদগি করমন ঈমায় অসী মখাত ওন্‌ন হিপসিবনো? তুরেল্ খোঙবাল্‌দ হওব শিঙনাং পাখীন ঈশিং ঈচেল্‌ন নমথদুন মরু লুক্‌ন লৈবগুম করম্‌ন ঈরু লুক্ত পান্‌সিবনো?” অসুম তৌন সনা কোনুং মনুংদ কপ্পকন পুম্‌নিল্ নিন্‌খ্রে।

[১] মরিং হাওন শাব থুম্মোকন পয়া মপা কায়্‌ন শাদবগুম্ লাইন তম্‌ব নোংদম্‌দ মপা হাঙন তম্‌ব হওনদে। নৈচিল্‌গুম্‌ন মম্ব অবাব অদুগি মরক্ত নুংঙাইবগি মমিসু নোংথাং গুম্‌ন মমি তারব্রে। নুংঙাইবগি মৈরিগুম্ কারক্‌প বাখল্‌দ মৈথুগুম্‌ব অবাব বাখল্‌সু কারক্ঈ। সনা কোনুং মনুং অদু অশিবগি বাদুন কপ্পরিঙৈ অদুদ নুংঙাইব বাখল্‌সু মঙান্ মশাগুম্ উরক্রে।

[২] মীভৈগী চথনবী মতুংইন্‌ন লৈবাক্ অসিদ নিংথৌ পান্‌দন মিকুপ্ অম, পুঙ্ অম কাওব ফম্‌বাল্ হাঙ্ব য়াদে। নিংথৌ অমা শিবদ নিংথৌ অম মহুৎ হাপ্‌তন মহাক্‌কি অরাব ফমনব লম্‌হাঙ্‌দ হায়বদি মংকম্‌দ পুদুন শিঙ্থক্ত হাপ্তুন পোৎলোইব য়াদবন লৈবাক্ পুব অঙম্‌বশিংন মনাও ঈবুংঙোদ হন্থচখি।

[৩] “লৈবাক্‌কি যুবরাজ ওইব মনাও ঈবুংঙো তাবিয়ু, নয়াম্‌বুং ঈবুংঙো মহারাজন থুপশ্রবনিন নিংথৌদি যুবরাজগি ওইফম খোকপন নয়ামবুংগি মহুৎত নিংথৌগি ফম্‌বাল্

প্রুম্জরবদ শ্রীনরসিংহ্ সরি নামুং অচেৎপন পাওমেল্লকয়ে—

(৪) 'ঈতাইরেম্ অথৌ লিচা হেন্না, থয়াঙ্‌ কোন্দাই রোন্‌বশিংও, তাবরা, লাইরেন্ ঈশাবিগি লিক্লাই চারান ওইথিব, য়োয়বু ঈশাবি কংলে মৈতে লৈম পায়্ম উন্‌গোইনুংগি কোরও নোংবুম্ চহুম্‌নি লোইদাম্ থাবুম্ তরাবু য়েৎলম্ নাউপুব।

(৫) মোইকাই যেন্তংলুক্, লিক্‌কোল্ য়ৌচিক্লুক, মেন্‌খু মশিঙ্‌ শুন য়াইখু মফম্ ফাব লুক্ত চাকথাঙ্‌ অনী কারন্‌ন হাওমল্ শিংথায়্ হুন্‌ন মিংয়া যব, চোয়নৌ সনা লিফক্ থক্ত নাউনও যব, কোরী থরাউচি থোঙ্গলেল্ লম্পাউ বাক্‌ন চিঙ্গু নোংথৌ সোরারেন্দ কশা পাউতাক্ যব,

(৬) লিক্লাই ঈপারি নাউবা অথুব অদূমক্ লাইরেল্ ঈশাবি মহাক্‌নে পোইরে সনা ফম্‌বাল্ লাংদি পারি নাউবা অথুব মহাক্‌কিনে। লিক্লাই ঈপারিবু পোইরে খুন্‌নিংথৌবু ওইন সনা ফম্‌বাল্লাংদ ফম্‌ফম্‌হল্লসে" হায়্রবদ ফম্‌দৌ মঙাইরোয়্‌ন সনা য়োয়্‌কোম্নুংদ চঙ্‌ন পাউতম্‌খরে।

---

কাদুন কংলাগি মেল্ তোংবিরো।" অসুম হায়ন খুম্মজবদ মনাও ঈবুংঙো বাশক্ চেৎপ নরসিংহ যুবরাজন তাক্‌পিরক্‌ঈ,—

[৪] "নথৌনা ফবদ নপা লৈতব, মমান্‌নব অকন্‌বশিংবু কল্লক্‌ব ঈনাইশা তাবিয়ু, য়াম্বুং ঈবুংঙোগি লিক্লাই মখুন ওইথিব ঈভেম ঈবেম্ম মহারাণীন নুমিৎ চহুম্‌নি থাবুম্ তরাবু য়েৎলমথবব নাউয়োম্‌দ নাউপুব,

[৫] মপাল্ লোইবদ পয়ান ফেন (পৈন) লোইব, লিকোল্ থরোই মান্‌ব মপান্‌গি থুম্মোক্, মেন কাবগি মশিঙ্‌ শুন হী য়াই থম্‌ব থুম্মোক্ত (ফৌদাং শঙ্‌বাইদ) চপ্‌থাঙ্‌ (থৌগল্‌থাঙ্‌) অনী কারল্ থম্‌লগ শিং য়েৎকোল্ ওয়কোল্ হাম্নগ বাংগোল্ শঙ্‌দ মমিং থোন্‌ব, সনা লীফক থক্ত পোক্‌প, মহাক্ পোক্‌পদ কোরী থরাউজি খোংদুন সোরারেল্‌দ পাউতাক্‌প।

[৬] ঈচা ঈবুংঙো অপিশক্ অদূমক্ য়াম্বুং ঈবুংঙো মহারাজগুম্‌বনি। মরম অদূন নিংথৌগি ফম্‌বাল্ অসীদি পীক্রিব, অঙাং ওইরিব ঈচা ঈবুংঙো মহাক্‌কিনি। ঈচা ঈবুংঙো অসীবু মণিপুর সনা লৈবাক্ অসিগি নিংথৌ ওইন সনা ফম্‌বাল্ কাহল্লসি।" অসুম্ তৌন তাক্‌পিরবদ ফম্‌নাইব অঙম্‌বশিনে সনা কোনুং মনুংদ শঙাই চঙ্‌দুন শঙ্‌হল্লম্রে।

(১) মিপাই চাউবী নুজাবুপনি। লৌশিং লৈখুল্ লন্বন চিংনে পুক্লিঙ্ন লম্য়াম্ব, নুংনাংবন লমজিংবে নুজা মনাৎ হৌনশানি। পোইরৈ চৎবা হায়্দে, লুব্রা কপ্চেৎ চাউবী পাগ্রা ওইন চাউব হায়বদো অঙম্ব মপাউ তাবদ থোক্খরে।

(২) য়োয়্বু কংলে মৈতে লৈমন ঙম্গ চিং, য়োয়্বু মঙাইরোয় য়োয়্হে মহী শাংন নুংশা মনিন্ নম্পোক্নন শমু খোঙ্বু থীন্ন মীকপ্নরে। "লাইরেল্ ঈপারি নাউবা অখুব অসীগি মশুংলাং মঙাই বুক্পু পুম্ন লৈতরে। লাইরেল্ মপা ঈবুংঙোগি হৈনা মতুং ইন্ন কোরও নোংকাহন্গে হায়্ব বাবু ওইরিঙেনে। পোইরৈ করি খোয়্নো কম্নক্য়ে।

(৩) পুনুং লফু নোইগুম্ নোইহৎকে, শংলৌ য়েন্না থৎকুম্ থদৎকে হায়ববু ওইরবরা?" অসুম্ন তোংথারম্লবগ পলেম্ ইনুং শিল্য়োম্ লান য়োম্শিল্লে, নাউবা থবায়্ লাইকল্ফিন কন্ন নুংবাল্ ময়ুম্নাক্ লুবাং মশাইকোন্দ শাম্বুপ্খরে।

(৪) ফম্দৌ মঙাইরোয়শিংদি লিক্লাই য়াহৌ ঙম্দন হল্বাইরক্লে। অঙম্ব

---

[১] নুপী হায়্ব জাৎ অসীমক্তবু মিপাই চাউগল্লি। লৌশিং লৈতবন বাখল্ তৌথদবন থবক্ পুম্নমক্ত পুক্লিঙ্দ চিংনেবদগি নুংনোবে হায়বদি অফ ফত্তব লেম্ন ঙম্দবন পুক্লিঙ্ লাঙ্তক্নব অসী নুপী ওইব পুমনমক্কি হওনব ওইন তৌঈ। মীতৈগি পাউব্রৌদ লুব্রাবীন মপুক্ নুংশি চাউব মদুগ নুপী লৈব্রব নীপান মপুক্ত বারৌ চাউব অসী হৈনবনি হায়্নৈ। মাদুমক্ অঙম্বগি পাউ অদু তাবদ চিংনেদুন বানরে।

[২] মহারাণীনচিংবী ঈবেম্মশিংনে পাউ অদুগি ওম্নন থন্থিদুন কপ্নরে। মহারাণী অমসুঙ্ ঈবেম্মশিং পুম্নমক্ মফম্ থঙ্দন ওইথোক্তব বাগি বাখল্ তৌদুন মথোঙ্ থীন্দুন কপ্নরে। ঈচা ঈবুংঙো অপিশক্ অসীগিদমক্নি হায়্ব কনাগুম্ব মচিন্-মনাও মবুপ্ মপাং অমত লৈতরে। মপা ঈবুংঙো মহারাজন নোংগাব অসিদ য়াওননব অঙাং ওলহম্নগে হায়রবোইরে। মীতৈগি পুক্চেল্ অসী করিনো ওহোক্পনি।

[৩] লফু ময়োল্ অনৌব নোইহৎপগুম্ নোইহৎকে, নাপী মতোল্ থৎপগুম্ থদৎকে হায়রবরা? অসুম্ তৌন তেংথাদুন কপ্লম্লগ মমাসিজগি ফনেক্ন য়োম্নগ নিঙ্থা ফিন অনাববু কোল্বগুম্ কোন্দুন মবুথৌ ঈবুংঙো লুবাং নিংথৌগি ময়ুম্ লুবাং মরক্ত লোৎখরে।

[৪] অঙম অথৌ মচা ঈবুংঙোবু নিংথৌগিদমক্ লওথোক্প চৎখিব কাঙ্বু অদু পুথোক্লক্প ঙম্দন হল্লক্রে। চৎলুব ফমনাইবশিংগি মবা তাবদ মনাও ঈবুংঙো

মপাউ তাবদ লিক্লাই মশানৌ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবন য়াইবী মনুং হুও, তিল্লাং মখোয় শাউন থাঙ্লেল্ মখুম্ শৎ, টিমেল্ মখুম্ হাংন পাওমেল্লক্কয়ে।

(৫) "লিক্লাই ঈপারি নাউবা অখুববু নমু কনাগুম্বন শাম্বুপ্লিবনো? খোক্মৈ নাশোল্ য়েংন চেংলও শক্খঙ্ লু-ও, শাখৈ লেন্ফু মরা ফংন পন্থেংগে।

(৬) লাইরেল্ মশানৌ ঐবু লৈরিঙেদি চিঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেল্ মহাক্মক্সবু পঙন চঙ্ঙম্লোইয়ে। লিক্লাই ঈপারি নাউবা অখুববু পোইরৈ ফম্বাল্লাংদগি থয়্থগে হায়ন শংলৌ থৌরাঙ্ব কনানো নরসিংহ ঈতিক্ খঙ্গনি।"

(৭) অসুম্ য়াবা মপাউ চাউন বাহম্লবদ য়োয়বু মশাবি কংলৈ মৈতৈ লৈমন মশানৌগি কোল্লায় য়াথং অরেপ্প, য়াথং মপাউমেন্বু হোংদব, সরি নামুং কায়দববু লহাল্ মমাঙৈঙদ খঙ্খিরবন পুক্নিঙ্ থাজথোইরবগি।

(৮) লিক্লাই মপারি নাউবা অখুববু ময়ীম্ নুংবাল্ ময়ীম্নাক্ লুবাং মশাইকোন্দ শাম্বুপ্পবু য়াঙন পাওকৌহল্লুরবগ কেগেরক্কি মোইরাং নিংথৌ, ইবাং পুরিক্লাই ঙাংঙোই লৈরিখোম্বন থাদ কোনুন সনা য়োয়্কোনুংদগি মপাল্

---

চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈব যুবরাজন মথবায় নুংঙাইতন য়াম্ন শাউন মখুৎত থাঙ্শাং পায়দুন টাখুম্দগি টা শৎতোক্লগ হায়্রক্নৈ,—

[৫] 'য়ামবুং ঈবুংঙোন থনম্ব ঈচা ঈবুংঙো অপিক্ অদু কনাগুম্ব মীন লোৎতুন থম্লিবনো? মখোয়ুন তৌখিব থবক্ অদুগী মশক্ অদু ঈরাং য়েংদুন অতৌব মীশক্ খঙ্দোক্উ। মদু খঙ্লগ তৌরম্ব মী অদুগি শাগৈ পুম্নমক্ নহা অহল থাক্তন হাংকে।

[৬] য়াম্বুং ঈবুংঙোগী থৌগলজরক্প মনাও ওইন নিঙ্বিপ্রব ঐহাক্ন লৈরিঙৈদদি ঈচাগি মরম্দ লাইগি নিংথৌ সোরারেল্মক্সু মাঙনব তৌব ঙম্লোইদবনি। ঈচা ঈবুংঙোবু অঙাংনি হায়দুন মৈতৈগী ফম্বাল্ মুনদুন নিংথৌ ওইগে হায়ন হোৎনরিব মী অদু কনানো? নরসিংহ ঐগি ঈতিক খঙগনি?"

[৭] মতৌ অসুম্ন অশাউব বাহয়ন্ কম তাক্লিব অদু তারবদ মতৈম ঈবেম্ম মহারাণীন মনাও ঈবুংঙোগি হায়প্রব বা হোংদব মহাক্কি মবাদ লেঙ্দব বাশক্ চেৎপ পুম্নমক্ মমাঙৈঙদগি খঙ্লক্প মরম্ন সনা পুক্নিঙ্ থাজরবদগি

[৮] মচা ঈবুংঙো অঙাং অপিশক্ লুবাং মরক্ত লুবাং নিংথৌগি ময়ুমদ লোৎখিব অদুবু থুন কৌখহল্লুরগ মোইরাংনিংথৌ ঙাংঙোই পুরিকলাই লৈরিখোম্বন মথাদ কোনদুন

য়াথোক্লকলে।

(৯) পয়৷ মপাতোল্ পোইরে যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবন ফৈরা তান্দ থোংন লম্ওকঙাম্বগ লোক্লৌ শান কোল্, য়াঙ্লেন্ লাইকা শিং, শীনৌ কুয়াং নাল্, খজাই লেংলোয় চুপ্ন লাইরেল্ মশাবি তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্বগি চেংলও শক্পাল্থোং, পুনুং লেপ্পাল্থোংবু করম্ মান্বু মান্বনো হায়্না নুংশি ইথক্ মরাঙ্ হও, পিরম্ ঈরা চেন্ন মীকপ্খিরে।

(১) অসুম্ মীকপ্লুরগ খম্লাং পাবারী ঈরেং পুবারীবু বাকাউদন তাম্না হাওরম্ ফুহান্দ চিঙজেং নারল্ ঈবু তংহন্দ, মৈন বায়্ তাংন শম্ন ময়ু লাইরেল্ নাউথিংথোং মঙাংঙম্ব শঙ্লেল্ খুৎলাম্খাম্ চঙ্বী মকয়্রেল্ লোইবী চিঙ্বুরোয়ব হেন্না তম্বু থন্বন ফিবোঙ্ চামিরোই, ফিরাক্ তেম্শারোই, ফিদুং থওরী কাচল্লোই, উশোঙ্ লৈরারোই, চাপাক লোঙ্চুম্ লোই, থাঙ্লেল্ চুম্পুল্ লোইবু লোইয়া শঙ্ শেন্বী য়ুম্থী খল্লোং লোই

(২) তুনুং লংপাল্ লোই, তড়েং শেলপাল্ লোইবু লোইয়া শঙ, থোংনাং

---

(পম্দুন) সনা শঙ্গাই মনুংদগি ময়াম্ তিল্লিব মফম্দ পুথোক্লকে।

[৯] মতোল্ ঈবুংঙো যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পামহৈবন ওক্তুন খোংগ্রাই মথক্ত পমলগ ময়াংলেল্ শিংথদুন মশা পুন্নমক নাল্লগ নিঙ্থিন কোল্দুন খজাই অনীদ ওন্ন ওন্ন চুন্নগ ময়ামবুং ঈবুংঙো তুবি চিঙ্লেন নোংদ্রেন খোম্বগি মশক্ মতৌ মওঙ্ মতৌ কয়াদ মান্ন্রবনো হায়ন্ নুংশি নুংওন্ন মমিংত মপি ঈরা চেন্ন কপ্খি।

[১] মতৌ অসুম্ন ময়াম্বুং ঈবুংঙোবু নিঙ্শিংদুন কপ্লুরগ মপা মপল হাকথক্তগি হায়নরব, ঈপুথৌশিং হাক্থক্তগি চংনরক্রব অদু কায়দন অরাপপ হাওগি লর্বীন ফুন্দব তুরেল্গি লোক্ঈন তংতন চেন্থবগুম্ন, মৈন মথং মথং বায়দুন চাক্খিব, পোং মতাং মতাং শম্নখিবগুম্ মবুথৌ ঈবুংঙো মঙাংঙম্ব নাউথিংথোনে ইহান্ হান্ন হৌদোক্খিব শঙ্, পোং পুন্নমক্ন চঙলক্কম্ ওইব, চিঙ্দ লৈব প্রজা, তম্দ তাব প্রজা পুন্নমক্ন ফিবোঙ্ কংপ, তেম্ন শাব কি মরাক্ কংপ, মরাক তাইবদ থওরীগুম্ শুংদাই ওইব কি কংপ, উকু, উ না পুনচিংব কংপ, চা মপাক কংলব, থাঙ্ টা মপুল্ কক্তুন লোইগোং লৌনফম্ ওইব য়ুম, কবোগি য়োং কংপ লোই

[২] কত্ত্রনেচিংব লং কংপ লোই, শেল্ ওইন লোই হাব, সনান লোই হাব অসীনচিংব

মোইবুঙ্ পোৎতম্ লোই, লিক্কোল্ খাউজাউরোই, লাইশম্ তোল্লোঙ্ লোইবু লোইয়া শঙ্, সনা চংলৈ রেম্ লুপা থেন্মায় লানে পান্ব শঙ্

(৩) তুবি য়োয়্নোংতা নোংতা লাইরেল্ পাখংবন ৱাইথুং কা, লাইসরা শঙ্লাংমৈগি চোয়্নৌ সনা ফম্বালথক্ত ফম্ফম্হন্গে হায়্বগি তুবি ফমদৌ মঙাইরোয় লাইরেল্ নিংথৌ মহীশাং পূন্ন হওন নিংথৌ পোৎলোই মশিঙ্ শু, পোইরৈ খুঞ্জা হও, তয়ুম নাইজ তিল্লবদ পোইরৈ সনা লৈকোয়পুঙ্গি পণ্ডিত মকোই পাউনিঙ্শিংব খোয়ুম্ শগোল্শেন্ গুরুগুম্ব মুংয়াম্ব পাউনম্ চান মনু লাইহোই তাল্, খোইঙাল্ লাব মচীল্ থয়্ন সনা য়াইগ হুল্, লুপা কোন্গ চন্ন মালেম্ লৈতাইরবগ পোইরৈ শংলাংমৈগি শঙ্লেল্ কারেল্ য়ায় পরিং কারল্নুং সনা ফম্বাল্থক্ত ফম্ফম্নবগ অশাংবম্ন খোঙ্হাম্লে, অরাম্বম্ন ঈবু শান্তেংলে।

(৪) নুংবাল্ লৈরোংজম্ন লৈরোং কোক্শা শম্জিল্ নায়েৎ চিফৈ শম্পারেৎ লোন্য়াম্ব, পাক্লোঈ ঙাংজ, মায়্মু তোমশোল্, উরেক্শেক্ নোইনিংখোই খৈবিক্

লোইপোৎ পূন্নমক্ লওফম্ অদুগ ময়াং মায়কৈগি মোইবুঙ কৎপ কাঙ্বু লিক্কোল কৎপ, লাইশম্ কন্তুন লোইপোৎ কৎপদ পোৎ লওনব শঙ, সনা লুপাতন থন্ন পান্ব মফম

[৩] মতীক্ মগুণ চাউরব নোংতা লাইরেল পাখংবন থুংলব শঙ্ লাইসরান ফমবাল্ তোংখিব শঙ্গি সনা ফম্বাল্ মথক্ত ফম্দুন নিংথৌ ওইহন্গে হায়্বগি ফম্দৌ নিংথৌ ৬৪ ,নিংথৌগি মপা মতোল্ পূন্নমক্ লোয়্নন নিংথৌন শেৎপ হওনব ফিয়োয় শুন খুঞ্জা নাইজানচিংব লৈবাক্ পূন্নমক্ন তিল্লবদ মণিপুর লৈবাক অসীগি পণ্ডিত অচৌব, শগোলশেল গুরুগুম্ন হৈরব পাউনম্ মুংয়াম্বন তীলম্ লাইমু তান্দুন চীঙ্গী কারাম্ব পূন্নমক থিংনব সনা লুপান কোন্চল্ য়াইচন্দুন লৈপাক্ নোংথৌ অনী ভাইরগ শঙ্লাংমৈগী শঙ্জাউগি ময়ায়দ কারল্গি মনুংদ সনা ফম্বাল্ মথক্ত ফম্দুন অশাংবম্ন মখোঙ্ হাম্লগ অরাম্বম্ন ঈবুজরে।

[৪] লুবাং শলাইগী লৈরোংজম্ন লৈরোংগিদমক্ শাব কোক (শমজিল্গি লুহুপ্) শম্জিল্গি মনা য়েৎলে মচী শাবা অদু শম্দুন মখল মখা অয়াম্ব লৈরোং য়েক্লব কাক্লৈ মরীন য়েৎলগ মখল্ মখা অয়াম্ব উচেক্ মতু উরোককি উরেক্শেক্, উচেক্ নোইনিং মতু অসীনচিংবে থেৎতুন ফম্লবদ মনাই পেনা খোংবশিংগি মরক্তগি মকোক ওইব ঈশেদ

য়াওন ফম্ফম্নবদ মতাইরেম্ পোইরে শৈশক্প বাংঙম্ তেংথাব অশৈ লওখাম্ লেংন তিন্বলক্তগি শঙ্লেল্ তেংমায় থিন্ন বাক্ম তেংথা শঙ্লাক্প ।

(৫) মবাক্ মরল্ লেম্ব তেংথা লন্থোইব লোইয়ম্ বাংঙম্ নহা পন্শা হোদাম্ চান তুবি মতীক্ থা, লাইরেল্ মণ্ডল্ শক্ন খম্লাং পারেপ্ থোই, ঈরেং পুরেপ্ হেন্ববু খোয়ম্ লাক্খোঙ্ কা, চিঙঙু থোঙ্বাল্ বায়ন খোয়ম্ কোরও ললশারে।

(৬) বারম্ অসুম্ তৌন লহাল্ অযোধ্যা সনা লৈবাক্ত চিঙঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌন মশানৌ সীতা লাইরেম্মগ লস্মোন্ সনা খোম্মতোন্গ ঙাইরোয়্নন নিংথৌ চাক্চা অথোইববু শমু নম্দ হুন্ন খোইম নারোনন্নুংদ পন্থৌ বাশক্ ঙাক্প চৎঙেনোংদ

(৭) মশানৌ ভরথ চিঙ্খোঙ্ য়ায়্মববু সনা ফম্বাল্ ফম্ও হায়্ববু হোয়য়াদন মশাবি শ্রীরাম 'নামুংবগি সনা খোবুম্ মখোঙ্ নেৎপু সনা ফম্বাল্ লাংদ থাংগৎলগ কোরও নোংজা খুদিংঙ্বু মশাবি শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌ মহাক্মক্নে হায়ন য়োয়ন থৌগল্জব অদুগি লৈরাং মতম্ মান্গুম্ন।

---

অবাৎপ লৈতব ঈশৈ হৈরেব ঈশৈ শকপগি শঙ্লাকপ।

[৫] ঈশৈদ মরল্ লৈরব নিংথৌগি মতিক্ মগুণ থাবদ হৈরেব নিংথৌজা শান্নাই হোদাম মচা পন্শান নিংথৌগি মতীক্ মগুণ থাদুন মথৌনা মপাঙ্গলগি বান ঈশৈ শক্নুন মপাগি খুভম্দগি থোইরগ মপুগি খুভম্ হেন্নব লাইগি মখোঙখাদ চঙ্দুন নিংথৌগি য়াইফনব লাই পুজা তৌজরে।

[৬] মতৌ অসুম্ন অযোধ্যা সনা লৈবাক্ত লাইনিংথৌ শ্রীরামচন্দ্রন মনাও ঈবেম্ম সীতা লাইরেম্মগ মনাও ঈবুংঙো অতোম্ব লসমোনগ লোয়্নদুন। নিংথৌ ওইবগি থোইদোক্প নুংঙাইব পুন্নমক্ থাদোক্তুন মপা ঈবুংঙোগি বাশক্ ঙাক্কে হায়্বগি নারক্ উরকৃত চন্নুন মতম্ লেম্ব মতম্দ।

[৭] মনাও ঈবুংঙো য়ায়্ম ভরথপু ফম্বাল্ ফম্দুন নিংথৌ ওইয়ু হায়বদ হোয় হায়ন য়াব্রগ ময়াম্বুং ঈবুংঙো লাইনিংথৌ শ্রীরামচন্দ্রগি খুৎনেৎ খুবুম্বু সনা ফম্বাল্ মথক্ত থম্লগ ময়াম্বুং ঈবুংঙো রামচন্দ্রমক্নি হায়ন নিঙ্জদুন নুমিৎ খুদিঙ্গি থৌগল্ তৌজব অদুগুম্ন

(৮) লিকলাই মপারি নাউবা অখুব লাঙ্হে কুম্শিঙ্ য়াম্ট্রিব চাহে মরিত ঙায়্রিববু ময়ায় কোয়্রোল্ হুইরেল তোংন পোইরে খুন্নিংথৌবু শান্শেম্বিরগ সনা থৌগল্ তৌন পোইরে সনা লৈবাক্ ঙাক্চরে।

(৯) পোইরে যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবগি ধর্ম্ম মতৌ ওয়োক্প কোয়্রেয় য়াথং হোংদব, সরি নামুং অচেৎপ অসীগুম্বদি লহাল্ থম্লাং পাপল্ লোন্দসুঙ্ তারক্তে, হয়েং পোইরে চাদোন্দসুঙ্ লৈরোই।

---

[৮] মচা ঈবুংঙো চহী য়াম্ট্রিব চহী মরিত ঙাইরিব অঙাং মচা অদুবু লৈবাক্কি ময়োল্ ওইব, চুপ্ ওইব ফম্বাল্দ থাংগত্তুন নিংথৌ হাপ্লগ থৌগন্ তৌদুন মণিপুর সনা লৈবাক্ ঙাক্চরে।

[৯] মণিপূরগি যুবরাজ নরসিংহ চিঙ্থংলেল্ পামহৈবগি ধর্ম্মগি থবক্ত অঙকপ, হায়্ত্রব বাদ হোংদব, মহাক্ন শক্থিব বাশক্ কায়দব বাশক্ চেৎপ অসীগুম্ব মতৌ অসীদি মমাঙেঙ ঈপা ঈপুগি হাক্থক্তসু তারক্ত্রি। হয়েং ঈচা ঈসুগি হাক্থক্তসু তাররোইদব মতৌনি।

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

## মঙাশুব পনদূপ্

(১) পোইরে হৌন লম্চৎ মতুংইন্ন লিক্লাই মপারি নাউবা অখুব শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু পোইরে খুন্নিংথৌবু শেন্নবদ পোইরে লৈবাক্ হওন লাইরেল্ মশাবিগি ঈবুশান্তেং কোম্বু লয়ন তও, সনা ফান্দেং থা, পোৎলোই মশিঙ্ শুন শান্শেন্নবগ লাইরেল্ সনা মহাক্শাংবু থৌবী ঈয়াশেং গঙ্গা লাইজ শেংথোইহ্নবন ঈবু শান্তেংলে।

(২) সনা ফিরোয় হোং গোপী চন্দন্ লৈনুংশিবু নমশা তোমথিন্ন, জাপ চন্দন্ লৈওইন চরণ তুলসী লৈনুংশিন চীন্দ হাপ্, নির্ম্মাল্য পরেং লিক্পু থবাক্ ঙাঙোয় হেন্ন ফিজেৎ মতোল্ লোম্লবদ ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাওয়োক্ন কোরও নোংকা লম্লেল্ শেম্ব বেদ মন্ত্র শোল্লবদ লাইরেল্ সনা মহাক্শাংবু থম্নুং লাংওল্

---

[১] মীতৈগি চৎনবী নয়ম্ মতুং ইন্ন নিংথৌরেন্ন পোক্প মচা ঈবুংঙো অপিশক্ শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মৈতৈ নিংথৌ হাপ্নবদ লৈবাক্ পুন্নমক্ তিন্দুন ময়ামবুং ঈবুংঙো নিংথৌরেন্গি চাইথনব কোম্ তওরে, কোম্ অদুগি মথক্ত চাইথফাল্ থারে। অদুদগি চাইথনবগি পোৎলম্ পুন্নমক্ শুন লাঙ্লগ মহারাজগি সনা হক্চাং অদু শেংদোক্নবগি দমক্ অশেংব গঙ্গাগি ঈশিংন চাইথদুন শেংদোক্লে।

[২] অদুগি মতুংদ খাঙ্জেৎ নম্খাঙ্ থোন্নে, কোয়েৎ কোক্থোল্ য়েৎলগ মনম্ নুংশিব গোপী চন্দন্ থিল্লে। জাপ চন্দন মনম্ন লৈ ওইনরে, শ্রীগোবিন্দ কৎলুরব চরন তুলসী য়াদ হাপ্নগ শ্রীগোবিন্দগি নির্ম্মাল্য পরেং নিঙ্থিজন শিদুন ফিজেৎ লৈতেংব লোইরবদ মনাওগুম্ন থম্লব ব্রহ্মণ পুরোহিতন বেদ মন্ত্র শোন্দুন অথোইব খুভম্ ফংনব

হি শরা পন্দাল্ লোম্ন হি, বাক্‌য়ে হিবু হিনাউ নাইদব, তোংজেং মৈয়োম্ব নুংদ হাপ্‌লগ কাইরেল্ কাইচাউ থক্‌খন্নব হিনুংদ হাপ্‌চিল্‌লে।

(৩) তড়েং শেন্‌খিঙ্ মনিল্ নাই বাংলেল্ পুঙজাউ তৈন খং, হরি কোন্নোয় তেংথান, মোইবুং থিন্‌কামনন পেরে শানাই খোং, শিঙ্গা খোঞ্জেল্ বাংন কামু, নোংমৈ খোঞ্জেল্ পরেং কাপ্, লান্মী পরেং মাঙ্দ থা, শগোল্ শামু পরেং শা,

(৪) যৌওইবীগি মমোম্‌লোন্ খাম্‌বী মৈশা লাংবদ য়াবা খোঞ্জেল্ চয়্‌রোয়নন্ন লাব থিয়াঙ্ থোক্ল চোংথোক্‌পী কবোক্ মায়পান্‌বীবু ফাম্ন চাই, শিঙ্‌লেল্ লৈরিক্ নোংচুন থাঙ্‌লেল্ য়ৌথাঙ্ ফাল্, তড়েং শেলয়াম্ চাই সনা চোঙ্‌লেল্ খান্নম চিঙঙু খোয়ম্ সোরারেন্‌ন মালেম্ খুম্‌কুম্‌লক্‌পগুম্ সনা য়োয়্‌কোন্‌নুংদগি পানম্ য়াথোক্লক্‌লে।

(৫) বাংলেল্ পুঙজাউ মথোন্ন মালেম্ লৈবু নীক্ নমু মীয়াম্ মীনিন্‌খোন্ন কোরও নোংবু নিন্ন লম্‌লেল্ লৈশাম্ হিথেল্ মপান্দ শিঙবী ঙাম্‌চৌ পৈ, মংলেল্

---

লম্‌বেল্ শেন্নগ তৌগদব থবক্ পূন্নমক্ লোইয়্‌বদ অশিব থবায়ন্ মপোক্ ঙন্নব, মাদু তোংবদ মীওইবগি মপোক্ লোম্ব খঙ্‌নব হিবু হিনাউ নাইদব মৈয়োম্ব হিদ কাইরেল্ কাইজাউ হাপ্পগ হিগি মনুংদ মহারাজগি সনা হক্‌চাং অদু হাপ্‌চিল্‌লে।

[৩] কোর্জাল্ মথোল্ হওন, পুঙলোল্ ফজন য়ৈরগ ঈশে ফজন শক্‌লে। অদুগ মোইবুঙ্ খোংলে, পেরে, শানাই, শিঙ্গানচিংব হওন খোংদুন নোংমৈ গয়াম্ পরেং শান কাপ্পগ লান্মী, শগোল্ শামু ময়ান্ন মাঙ্দ পরেং শান চংলে।

[৪] যৌওইবীদগি ঙল্লক্‌প যৌন মৈগি মৈশা ফংবদ লাউ খোবে খোঞ্জেল্‌গ লোয়নন্ন মথৌনা লৈব নীপাগুম্ন চোংলক্‌লক্‌পী কবোক্ অফাববু ফাচাই চাইদুন লৈন নোং চুবগুম্ চাইরে। থাঙ্ ফাব (থাঙ্ পায়দুন থৌগল্ তৌব) মীন মাঙ্দ চংন, শেলয়াম্ চাইরে, সনাবুন্ন পে থৌগল্ তৌরগ সোয়ারেল্ কৌব লাইন স্বর্গদগি পৃথিবীদ কুপ্পক্‌পগুম্ সনা কোনুংদগি পোংলোইফম্ তান্ন পুথোরক্লে।

[৫] পুঙয়াম্ য়্যুবগি মথোল্ন লৈপাক্ অসী নীকৃষ্ণ, মীয়াম্ন ঙাঙ্‌নব, কপ্‌নবগি মথোন্ন অতিয়া শীব থুনে নিল্লন লাক্‌পন লৈশাম্ হিদেল্ মপান্দ শিঙ্ন লৈরিব, মংগি

চিথেক্ মরিদ কোঙয়াঙ্ অচিমৈবু বানে য়ুং, ফিরাল্ চেপ্থেখন চান্দুবা থক্খন্ন পেক্রক্ লৈনা লৈচাউ য়ান্ন শান্শেম্ব লম্য়ায় কাইথিন্ফম্দ বাইথুংলে।

(৬) তাঙজ লুরেল্ খান পাং, থাঙ্কোয় য়াঙলম্ শেম্ব য়াহিম্নবগ মশানৌ কংলে মৈতে লৈমন ঈবুশাস্তেংলবগ গঙ্গা লাইজ পুল্লাং লেংদ থোং খাম্বী মৈগ কোম্নন মৈকোয় থাঙবু শমু য়েৎত পায়্ন মৈকোয় তরেৎলক্ মশিঙ্ শুন লাইজ ঈহয়্রবগ খাম্বী মৈচুরে।

(৭) মতাইরেম্ অপক্মান হুমাই মায়্রেঙ্ হও ঘীহী ঈচেন্ন থাউহী পান্ফোন্ন ধুপ্ মেক্রক্ ফাম্ব হুল্ আগরজাপ্ জন্দন শিঙওইন শিঙেঙল্ লৈনম্ নুং শিব লৈওইনন বাংলেল্ পুঙ্গোয় অমদ সনা হক্শাং পুম্ব তুম্ন কোরও নোংকাথৌবু লোইখরে।

(৮) শবা লুথাঙথৌ নুংচান্ববু পোইরৈ হওন লম্দাং শাং অচেৎপ, চারোল্ শম্থখিব শূরোল্ নেম্থখিবন অফ মহৌশা ওইবনে হায়্ন লাইরেল্ মাগি পাইরৌরেম্ তুরেল্ বাংম নিংথৌ ধনি লংমাইথেম্বন হাওশি মংলেন্ চন্ন মংলেল্ খোয়জিনুংয়াফম্দ বারীয়ে।

---

চিথেক্ মরিদ উচিবা বানে য়ুংদুন ফিরাম্ব চেপ্ন থেৎলিব, চান্দুবা লৈনা চাউন য়ান্ব থাখল্ খন্দুন লম্য়ায়্দ কাই থিন্দোক্কম্ শেম্লিব মফমদ থুংলে।

[৬] কোক্ মথা পানো হিপ্হন্দুন মৈ কোয়্নব লম্বী শেম্নবদ মনাও ঈবেন্ম মহারাণীন ঈবুজরগ মৈকোয় চক্ লেংবান্দ পুরগ মৈগ কোম্নন মৈকোয়থাঙ্ খুৎ য়েৎন পায়রগ তরেৎলক্ কোয়দূন ঈশিং তরেৎলক্ হয়রগ মৈ চুরে।

[৭] মনাইশিং অয়ামবন হুমাই হুম্দুন ঘীন ঈশিংগুম্ন হয়রে, থাউন পাম্ফেল্ নৈবগি মতৌগুম্ন চেল্ন চাইরগ মেক্রক্ তোয়্ন চাইদুন আগর চন্দন জাপ চন্দন্ন শিঙ ওইন থাদুন মনম নুংশিব লৈগ লোয়নন পুঙ্ অমগি মনুংদ সনা হক্চাং তুম্দুন অশিবগি তৌগদব থবক লোইরে।

[৮] মীতৈগি মহৌশাদগি লুন চেৎন চৎনরক্প মচা মশ্ মথং মথং শম্থখিবন মহৌশা অফব লম্চৎ ওইবনি হায়্দুন মহারাজগি চিন্তামণি লওরগ তুরেল্ বাংমদ কোনুং ওইন পান্ব মবাই ঈবুংঙো অঙোম্ নিংথৌ নোংমাইথেম্ ধনিন মবুওইব মংলেন্দ বারীগ লোয়নন চন্খ্রে।

(১) লাইরেল্ মৈতেঙঙু তুবি চিঙ্লেল্ নোংথ্রেন্ খোম্ব ভক্ত লাংওল্ থোইকোয়্বদি খোইমোম্ লৈরক্ শাথওব শিঙ্নাং চোমজাউ শূন কবাক্ য়েন্দং হাইব চিঙঙা লাংথাক্পদ থুখিদে, নম্বুল্ শারাউখোন্বু তাখিদে। পোইরে অমন্ শিগুম্লম্ কুম্খিদে, থম্নুং লেম্মী চিঙ্বু কাখিদে। শবা ঙাইনথেন্বু লেপ্লুদে। থম্নুং শারক্ লেংয়াল্ ঈবু, কুয়াক্ লাল্চেল্ ঈবু থক্লুদে।

(২) থম্নুং পাংথীয়াম্, শবা কোন্খাঙ হক্প কাঙ্খঙ্ ম রিল্ লোম্ব, থোংলেল্ পাম্বৈ হাঙ্ব, তাঙ্জ শম্বুম্মন থোংশাব, শম্লাংমন থোংলেল্ পাম্বৈ শেম্বরম্ব্ লাল্লুদে থম্নুং অশিং অবান্ফম শবা লম্মাখাঙ্বু কুম্লুদে। য়াইথোঙ্ অশিরম্বু তাব্লুদে।

(৩) নূরা চিঙখুথেল্ পাখং থোংবাল্বাই তাউজিঙ্ হায়রাল্ ফম্ নূরা চোম্রাল্ফম্বু য়ৌব্লুদে। থম্নুং খাংহন্ব পূঙ লাইকোক্ চান পূঙ্তোয়্ফম্বু

---

[১] ভক্ত অথোইবন লাংওন্দূন পোক্লক্প মৈতেঙঙু তুবি চিঙ্লেল্ নোংথ্রেন্ খোম্ব মহারাজদি লৈরক্ শাথওবন শিঙ্নাং মপূল্ পায়দূন। কবাক থাঙ্ পায়ন য়েন্দঙ্ হাইবন চিঙ্ঙাদ থাক্প লাংদ থুখিদে। পিশূম্ শাথওবন থওরগ কাবদ য়াওখিদে। নম্বুন্দ লাউব শারাউখোন্সু তাখিদে। মী ওইবন শিরগ চংপ শিগুম্লম্লেন্ অহুম্দ চংখিদে। অদুগ অশিবন লেপ্লগ তাইবঙ্ পান্দ তৌরম্ব হন্ন য়েংবদ পূক্লিঙ্ ওন্ব মকোই চিঙ্ কাখিদে। অশিব মশেল্ অমগ অমগ ঙাইনফম্ থোঙঙাক্ চঙ্দূন লেম্ন য়াওখিদে। অশিবন থক্লব থম্ব ঈশিং, কুয়াককুমন মশক্ ওন্নক্লব থবায়্ন থক্পা ঈশিং অদু থক্লুদে।

[২] অশিবগি লম্বীদি পাংথী কোম্থীগি মশক্ ওইব অবাব, খুদোংথীব য়াম্বনি। লম্বী অদুদ পোংথাফম্ নাইদব, খোঙলম্ খুদোংথীব য়াম্বনি। লম্বী অদুদ পোংথাফম্ নাইদব, খোঙলম্ মরিল লৈতবনি। মাদুদ লৈব থোংলে পাম্বৈ লৈতব শম্না অমন থোংলাং ওইরগ শম্না অমন অমত ঙায়ব থোং অদু পাম্বৈ ওইব থোং অদু লান্খিদে। অশিব লৈবাক্ত শিংপ নোং নুংশিং কম্ব লম্হাঙ্লোম্দ কুম্খিদে খুম্বী নুঙ্থোঙ চিঙ্ হায়্বদি মীওইবন পোক্লশিরগ তৌব থোঙ্, অবাবন ঙাইদূন লৈব মফম্ য়ৌখিদে। অমন শূম্বুগি মখাদ লৈব নুঙ্থোঙ্ হায়ব মফম্ অদু য়ৌখিদে। অশিবগি থবায়্ন চংপ হওনব লম্বী অদু য়ৌখিদে।

[৩] নিঙোল্ হায়বদি নূপী ময়াম্ তিন্ফম্ চিঙ্, পাখং মখৈন থোং পান্নব লম্, নূরা

চঙ্লুদে। খম্নুং মফোং হিরান্ব শম্চু ফুরিং লিংপন বাক্ৱয়ে হিরান্ফম্ হংঙোই কোন্দে নুরাবীন বাক্ৱয়ে হি শঙ্লম্মু য়ৌবুদে।

(৪) খম্নুং পুঙ্ফু নোংফাইচিঙ্ য়াওশু চিঙ্নল্ লাই মরি লেম্নীচিঙ্ খোইয়া উতংপোক্পীবু তাবুদে। চাখা চিঙ্মৈ শাং, লাইকম্ চিঙ্তোম্পোক্পু কাবুদে। থোঙঙাক্ অশিথেল্ মকোই নুংওন্চিঙ্, বাব মরে লাউব ফংমাঙ্চিঙ্, খুনু মিংশা তাম্ব লুব্লুক্চিঙ্বু কাবুদে।

(৫) খম্নুং মথোঙ্ চিল্ শাবা মরাক্চিল্, চেংঙা বাব ফেরে লাউব লওকুমচিঙ্, তেংনৌ য়োংপাল্ কুম্, কচেং য়োংথনিঙ্তেক্প শিঙ্লেন্ মচু থাউ লৈরাং খুমোং চাবরম্বু ইল্লুদে অমন্ শাম্ব মায়্রোইনখিদে। হাওরৈ নোংচুপ্লা পাংবরম্দ শ্রীবৃন্দাবন সনা লৈময়োন্বু ইন্তান্খিরে। অহিং লম্বী চংপদ খাম্বী মৈপুল্ থান্খিয়ে। নুংথিল্ চংপ লম্বীদ পশোংফিন থাচেম্ব সনা লম্জাউ চংখিয়ে।

(৬) হিন চংপ লম্বীদ বাক্ৱয়ে হিজাউ তোংদুন খুমু নওখোম লাক্ল লাইজ

---

পাখং হয়্ লামদুন হয়্ চানব মফম্, নুপীন নাচোম্ চিন্নব মফম্ য়ৌখিদে। অশিবগি খাংহন্ব পাম্ব পুঙ্, লাইকোক্চান তোয়ন্ ফম্ব মফম্ চংলুদে। অশিব লৈবাক্কি হিরানবন মচু মুব ফুরিং লিংপ মকোং হিরান্বন হিরান্ফম্, হংঙেঙাই অমোম্ কোন্দে নুরাবীন হি শঙ্ব মফম্ য়ৌখিদে।

[৪] অশিবন পুঙ্ যুন্দুন (য়য়দুন) মতম্ লেন্ব চিঙ্, য়াওশু চিঙ্ন নন্ব লাই মরিন লেম্না চিঙ্ উতং হন্তব লম্দ চংলুদে। মতোম্ত চোংথোক্লুন লৈব শাংন লৈব লাইচিঙ্গি চাখা চিঙ্দ কাবুদে। অশিবন তিন্ফম্ থোঙঙাক্ তাইবঙ্ পানগি বাখল কাউদন অশিবগি বাখল্দ হোংব মকোই চিঙ্, থবায়্ন শিরে খঙ্জরবদ বুদ্ধি মাঙ্ব চিঙ্, খুনুগুম্ব মমিংন মবু লুক্ন তাম্ন য়েংব চিঙ্ কাবুদে।

[৫] অশিবগি চঙ্নফম্, অশিববু ফাব অহানব মফম্, থবায়্ন তাইবঙ্ থানফম্, য়োংন ময়া কুম্ব, য়োংন য়োংথনিঙ্ তেক্প, লৈন মচু থাউবগুম্ কুচু তাইব, মনম্ নম্থিব লম্ চংখিদে। অশিবগ লোয়নন্ চংখিসে। নোংচুপ্ মায়্কৈরোম্দ লৈব শ্রীবৃন্দাবন সনা লৈবাক্লোম্দ চংখি। অহিং অমম্বদ মৈবুল্ থান্দুন চংখি। নুংথিন্দ ফিডৌ থাব লম্বী চংখি।

[৬] হিন চংপ লম্বীদ হিজাউ তোংদন লেঙ্দনব নও ফাদুন হোন্লগ ঈশিং ঈপাক্

ঈপাক্ শমখিয়ে। গোলোক্ শ্রীবৃন্দাবনদ্ বাইথুংলবগ দেহ মঞ্জুরী নুংচানবী লেংন তিন্‌বীবু ঙাইরোয়্‌নন শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমগি খুয়া থম্‌বাল্ লৈখোঙ্ খাদ য়োয়্‌ন থৌগল্ ফংখয়ে।

(১) লাইরেল্ মৈতঙঙু তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংগ্রেল্ খোম্‌বন কোরও নোংকাখিব নুমিৎত পোইরে লৈবাক্ পূন্নম মীশল্ লাব লওকুম্‌দ মীনাই লাব লওতাদন পোইরে লাঙ্‌তক্‌ন বাঙম্ লাঙ্‌ফেম্নন লৈরক্ কোন্‌শাং খুদিঙ্‌দ অনী উন লেংতিন্‌ন অহুম্ *উন লেংকোম্নন কবো খিংলেল্ চাংশোয় ঈরাউখোন্‌গুম্‌ন মীকপ্‌নরবগ মরাল্* লোন্‌নেম্ য়ায়বু লাইজ খিক্‌ফেল্ চাই, শম্বী কাংগ নান্‌ন মালেম্ লৈমায় তয়্‌ন চফ্ বাল্‌হোংলে।

(২) য়োয়্‌বু মশানৌ কংলে মৈতে লৈমসুঙ্ মৈয়ীক্ পোৎলোই থৌবু লোইরবগ ঈবু শাস্তেং লোইরবদ খাম্‌বী মৈওকলগ সনা য়োয়্‌কোম্নুংদ পিরেম্ থকমদন নুংওল্ মতৌফমবু খঙ্‌দন য়াচঙ্‌লক্‌লে।

(১) কৌব ঈনোং শোয়্‌রবগ লাইরেল্ মশাবি ফালোক্ বায়রং পাম্‌হৈবগি মপারি রামসিংহ লৌশিংবন য়োয়্‌বু কংলৈ মৈতে লৈমগি খাম্‌বী মৈকোয় থৌবু

---

শম্‌দুন চৎখি। গোলোক্ শ্রীবৃন্দাবনদ থুংলগ সখী মঞ্জুরী ময়াম্‌গ লোয়্‌নন শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগি খুয়া খাদ চঙজদুন সেবা থৌগল্ ফংজখ্রে।

[১] শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ চিঙ্‌লেল্ নোংগ্রেন খোম্ব মহারাজন নোংকাখিব নুমিৎ অসী মীতে লৈবাক্ পূন্নমক্ লওকুম্ লওতানচিংব তৌগদব থবক্ পূন্নমক্ তৌদন লেপ্লুন মী পূন্নমক্ উন উনব খুদিংমক্ লৈরক্ কোন্‌শাং নাইদন কোন্‌ন কোন্‌নন কবোগি খিংঙেল্ পাদুন চেম্ব ঈশিং ঈরাউখোলগুম্ কপ্‌মিম্নরে। অদুগি মতুংদ ময়ুম্ খুদিঙ্‌মক্ শম্বী লৈঙোইন তৈথোক্‌লগ চফু ঈবাল হোংদুন য়ুম্ মাঙ্‌থোক্‌লে।

[২] মনাও ঈবেম্ম মৈতে লৈম মহারাণীসু মহারাজগি পোৎলোইবগি থবক্ লোইরবদ ঈবু মায়্‌থদুন হক্‌চাং শেংদোক্‌লগ তৌফম্ মকম্ খঙ্‌দন কপ্প কপ্প কোনুং মনুংদ চঙ্‌লক্‌লে।

[১] মতুং নোংঙাল্‌লবদ মতে ঈবুংঙো চৌরজিৎ মহারাজগি মচা ঈবুংঙো রামসিংহ লৌশিংবন মহারাণীন পুরিব গিরা থাংবগি থবক্ অমু পুখ্রে। মতুং অদুদ মহারাণীন মনাও

মহুৎ লয়ন শিল্লবদ য়োয়্বু মৈতে লৈমন য়োয়্বু মঙাইরোয় য়োয়হৈ মহীশাংশিংবু ঙাইরোয়্নন মপারি নাউবা অথুববু থাদ কোল্ মমোম্ তম্ফা বাঙম্লোন্ বাংগোল্ লাইযুরাবু খুজেং পাস্লোয় শম্ন লিক্লাই মশানৌ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবদ পাওমেল্লুরে।

(২) "লিক্লাই ঈশানৌ পোইরে যুবরাজ তাবরা, লিক্লাই নপারি নাউবা অথুব অসিন পোইরে খুন্নিংঘৌবু ওইন বাংঙম্ লৈবাক্ ঙাক্পবু নাউবা মতীক্ নত্তে। শানৌ পোইরে যুবরাজ নুমিৎ য়াইরং চানগুম্ব নঙ্ন ময়ায় কোয়্রেল্ তোং, শুম্দিল্ লইকোয় ফম্ন পোইরে খুননিংঘৌবু ওইয়ো।" অসুম্ন্ সনা ফম্বাল্ পীবুববু হোয়্য়াদন পাওমেল্লিক্য়ে।

(৩) "য়োয়্বু ঈশাবি পোইরে মৈতে লৈম পলেম্ পীথাঙ্ শিন্বী নঙ্বু তা-ও, লাইরেল্ ঈশাবিন কোরও নোংকারম্দাইদ শমু খুজেং পাস্লোয় পায়ন খুৎশিন্নরম্ব বাবু করম্ কাউসিগে। শাবি পলেম্ শক্পী নঙ্গি কোস্লোয় নয়াথংবু তাঙ্জ লুদ থোংন য়াঙম্লরোই।

(৪) লাইরেল্ ঈপারি নাউবা অথুবগি মহুৎ লয়ন শিন্ন পোইরে খুন্নিংঘৌবু

---

ঈবেম্মশিং অমসুঙ্ মচল্ মচাশিংগ লোয়্নন মচা ঈবুংঙো পিশক্ অদুবু পম্লগ মচা ঈবেম্ম তম্ফাসনা বাঙ্গোল্ লিংদুন গোক্পীবু মথুৎ শম্দুন পুরক্লগ মনাও ঈবুংঙো যুবরাজ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবদ হায়বুরে।

[২] ঈনাও ঈবুংঙো যুবরাজ, ঈতেম বা হায়্গে তাও। নচা ঈবুংঙো পিক্লিব অঙাং অসীন মণীপুর লৈবাক্ অসীগি নিংথৌ ওইদুন লৈবাক্ ঙাক্পদি মতিক্ নত্রি। নুমিৎকি মঙাল্গুম্ মায়কে মরিদ নমিং চৎলব ঈনাও ঈবুংঙো যুবরাজ নহাক্ন নিংথৌ ওইদুন ফম্বাল্ তোংলগ মণিপুর লৈবাক্ ঙাক্ও।" অসুম্ তৌন মহারাণীন নিংথৌ খুভম্ পীবুববু য়াত্রগ হায়রক্ঈ।

[৩] "ঈমা শক্পী, ঈতেম ঈবেম্ম লৈবাক্কি মবেম্ম তাবিয়ু। য়াম্বুং ঈবুংঙো মহারাজন থুগ্লম্দাইদ ননাও ঐগি খুজেং পায়্দুন শিন্নরম্ বাফম্ অদুবু করম্ন কাউরসিগে? মরম্ অসিন ঈমা শক্পী ঈতেম ঈবেম্ম নহাক্ন তাক্পিরিব বা অসি ঈকোক্ত থোংন য়াব ঙম্জররোই।

[৪] অঙাং ওইরিব ঈচা ঈবুংঙোগি খুভম্ অসী ঐবু লও হায়্ব লওব ঙম্জরোই।

ওইঙমৃলোইয়ে। হয়েং পোইরে চাদোন্ন বাংঙম্ শুদোম্ন বাকাউনরোইয়ে। কোরও নোংদোন্ থক্কি গোলোক্ শ্রীবৃন্দাবন্দগি লাইরেল্ ঈশাবিন চেংলও মিথথিংলবগ লিক্লাই মশানৌ ঐবু মিংয়েং খান য়েংঙেনে।

(৫) লহান্নোং যাত্রাপুর সনা য়োয়্কোম্মুংদ লৈরিঙেদ খাম্রল্ লম্কেংপ ওবা লম্থোইবগ হুয়েল্ মায়োক্ য়ান লাল্ শোক্সি হায়্নঙে লাইরেল্ ঈচি-ঈনাওন পোইরে লৈবাক্ মমাঙ্দ থৌদু নুঙ্দ ফম্ থাঙ্লেল্ য়াচিক্লন সরি নামুং শোন্থিব অদুবু শাবি নঙ্বু কাউরবরা?

(৬) লিক্লাই নশানৌ ঐবু করম্ বাশক্ কায়্যু হায়্বগে? য়োয়্বু ঈশাবি পোইরে মৈতে লৈম-ও, লাইরেল্ ঈশাবি তুবি চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্বন শ্রীবৃন্দাবন্ লাইফম্লেন্দ নুংঙাই মনিঙ্ তম্ন চথিব বারম্ মতৌ অসুম্ববু তুবি থম্লাং পাপল্ লোয়্দসুঙ্ লৈরক্তে।

(৭) নিংথৌ অথোইব মহাক্কি লৈম মশানৌবু ওইন য়োয়্ন থৌগল্ ফংজ-রৌবী নখোয়্সুঙ্ চিঙ্ঙু নোংদম্ খোন্গি থোইন লাইবক্ ফবগি তান্ফংজবনে।

(৮) পলেম্ লৈরাং মতম্ মান্বী নখোয়্ন নুংশি মরোল্ য়াম্ব অসীবু নম্দ হুন্ন

---

মরম্দি হয়েং চায়োন্ শুরোন্ ফাওবদ কাউনরব্রোইদব বানি। নোংগাগ্রব য়াম্বুং ঈবুংঙো মহারাজন গোলোক্ শ্রীবৃন্দাবনদগি য়েংথরক্পদ উরগ য়াম্বুনে ননাও ঐবু অশাওব মিথয়েংন য়েংখিগনি।

[৫] মমাঙেঙদ যাত্রাপুরগি সনা কোনুংদ লৈরিঙেদ ওবা মচা লম্কেং লম্হাইবশিংগ মায়োক্ য়ান লাল্ থেংনসি হায়্দুন য়াম্বুং ঈবুংঙোগ ঐহাক্ক ঈচিন্ ঈনাওন মীতে মচা লৈবাক্ তিন্ব মমাঙ্দ নুঙ্পাক্ত ফম্লগ থাঙ্ চীক্লুন বাশক্লখিব অদূ ঈতেম ঈবেম্মবু কাওবিরব্রা?

[৬] ননাও ঐহাক্পু অদুগুম্ব বাশক অদূ করম্ন কায়্রো হায়্বগে? ঈতেম ঈবেম্ম মহারাণী, য়াম্বুং ঈবুংঙো চিঙ্লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্ব মহারাজন শ্রীবৃন্দাবন লাইফম্লেন্ ফংখিব অসীগুম্ন মনিঙ্ থুনে নুংঙাইন শিখিব বাদি মমাঙেঙদ পান্থিব ঈবুথৌশিংগি সনা হাক্থক্তসু থোক্খিদ্রি।

[৭] অদুগ নিংথৌশিংগি মরক্ত অথোইব মহাক্কি মনাই নুপীনি হায়্দুন সনা থৌগল্ ফংজহৌবী ঈতেম ঈবেম্ম মহারাণীনচিংবী নখোয়্সু লাইন ভম্বদ ফজন ভম্বিরম্বগি ফংজবনি।

[৮] ঈমাগুম্লবী নখোয়্ন নুংশিবগি বাথল্ন মরোল্, মরোল্ নাইন থল্লিব অসীগি

খোইমোম্ শ্রীগোবিন্দজি লাই মরুগি সনা মখোঙ্ খাদদুম্ উন্বী পূক্লিঙ্ চেৎন লাইরেল্ ঈশাবিগি নুংশি মহুৎ লয়ন শিন্ন চঙ্জরসে।

(৯) শাবি ঈতৈম লৈম-ও, চিঙ্ঙু নোংদমখোল্ খোয়ম্ মবায়েন্গিনে হায়ন পূক্লিঙ্ অবা লৈগুনো। লিক্লাই নশানৌ ঐন লাইরেল্ ঈপারি নাউবা অখুববু কোরও অচু খাঙ্ বাঙ্বল্ অশা লাংহন্দন নাচুঙ্ খোংফে ওই, লৈরাই শোয়উ ওইন পোইরে সনা লৈবাক্ ঙাক্ঙনে।"

(১০) লিক্লাই মশানৌগি খোইরেল্ হীগুম্ থুম্খোইব কোন্নোয় ময়াথংবু নাতারবদ লাইরেল্ মশাবিবু লৈঙাম্বগুম্ থম্মোই নুংশিফম্দদুম্ খাম্বী মৈচাক্ খোইজিল্লক্লে।

(১১) য়োয়্বু মৈতে লৈমন পাওমেল্লক্য়ে "লিক্লাই ইশানৌ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেব-ও, লাইরেল্ নশাবিগি য়াবা মপাউমেন্গুম্ব কোন্নোয় নয়াথং অসীবু করম্বনো? নুংশি ঈদ তুম্ন থম্মোই হুকা য়াঙ্, নুংশি মৈন চাক্লবী নশাবি ঐখোয়্বু খাম্বী করম্ন মৈশা তেম্হন্গে হায়্বনো?"

---

মহুৎত লাইগি মরক্ত অখোইব শ্রীগোবিন্দগি মখোঙ্ খাদদুম্ পূক্লিঙ্ চেৎন থম্দুন য়াম্বুং মহারাজবু নুংশিব অদুগি মহুৎশিন্ন নুংশিরসি, অমসুঙ্ চঙ্জসি।

[৯] ঈতৈম ঈবেম্ম মহারাণীনচিংবী লৈম অপূম্ব ঐখোয়্ন তৌরিব থবক্ অসী লাইন তম্প্রব নোংদম্নি, অদুগ লাইন য়েন্ব বায়েন্ন তৌবনি হায়ন খন্দোক্ন পূক্লিঙ্দ অবাব তৌবুগন্। ননাও ঐহাক্ন ঈচা ঈবুংঙো অঙাং ওইরিব নিংথেম্ শিশক্ অসীবু নোংজু নুংশা নবেদ বাবগুম্ অবা-অনা থোক্কদব, অকি অথং থোক্কদব পুন্নমক্ত শোয়্গি লেঙ্দব খোংফেন ঈশিং থৎপগুম্ থৎতুন লৈরাইদ য়ুবে শোয়উন খোঙ্ফেবু লেঙ্দন থমবগুম্ মণিপুর সনা লৈবাক্ অসী ঙাক্চগে।"

[১০] মনাও ঈবুংঙোন হঙ্থচব খোইরেল্গি খোইহীদগি হেন্ন থুম্ব নুংশিব বাহম্ অদু তাবদ মবুংঙো মহারাজ লৈবগুম্ খল্লুদুন থম্মোই মনুংদ নুংশিবগি বাখল্ন নুংশিবগি মৈচাক্ন হেন্ন চাক্শিল্লক্লে।

[১১] মৈতে লৈম মহারাণীন হায়্রক্লই, "ঈনাও ঈবুংঙো নরসিংহ চিঙ্থংলেল্ পাম্হেব-ও, ময়াম্বুং ঈবুংঙোন তাক্শিন্নম্ব সনা য়াথংগুম্ব নহাক্কি নয়াথং অসীবু করম্ তৌ হায়্রবগে? নুংশিবগি ঈপাক্ত লুপুন লৈব থম্মোইন হুন য়াঙ্ন কাবগুম্ নুংশিবগি মৈন চাক্লবী নতৈম ঐখোয়্বু মতৌ করম্ তৌন অবাব মৈশা কোক্হন্গদৌরিবগে?"

[১২] বারম্ অসী হায়্রমলগ মিৎসনা থম্বাল্ মান্বদ পিগি ঈয়ান য়ুন্দুন লৈপাক্ত

(১২) বারম্ অসী হায়ুন মিংকোয় লাইজ ঈফম্ তাউন মালেম্ লৈদ ওন্‌ন মীকপ্‌নখিয়ে। লিক্‌লাই মশানৌ খাব উল্‌লেল্ চিঙুগুম্‌বন পাওথেম্‌বাবু নাতারবগ য়োয়্‌বু মৈতৈ লৈমদি সনা য়োয়্‌কোম্নুংদ হল্‌বাইয়ক্‌লে।

(১৩) লাইরেল্ মশাবিগি কোরও নোংগাথৌবু লিক্‌লাই মপারি রাম্‌সিংহ নাউবা অথুবন কোরও নোংজা খুদিংগি পিশু য়োয়্‌থোন্ কৎন ক্ষেত্রি লম্‌চৎ হৌনব কোরও নুমিৎ ১২ নিদ যুম্‌শেং নাহে লোইরে।

(১৪) কোরও নোংবুম্ ১৩ নিদ শোরাৎ কোরও নোংগাথৌবু পোৎলোই মশিঙ্ শুন হাপ্ ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাওয়োক্‌ন বেদ মন্ত্র শোন্‌ন দান্ ধর্ম্ম অথোইববু কৎন থোয়্‌ম্ কোরও লল্‌শারে।

(১৫) হরিনাম্ সংকীর্ত্তনগি অধিবাস মণ্ডম্ হৌন পালা অনী লেংশিন্‌ন কোর্ত্তাল্ শেন্‌খিঙ্ মনিল্ নাই, বাংলেল্ পুঙ্খৎ তৈ, হরি কোম্লোয় মিংলেল্ শোন্‌ন অহিং নুংথিল্ অনীমদ পুঙ্‌জা অরেপ নাইদন কোরও নোংগা থৌবু মতোল্ লোম্‌লে।

(১) লাইরেল্ মৈতেঙঙুগি শবা লুথাঙ্‌থৌবু লাঈরেল্ মাগি সেবক্ মতাইরেম্ তড়েৎ শেল্‌লুংহন্‌ব মিমি চিঙুতাখম্ চান থবাক্ ঙঙ্‌গোয়্ থাংন গঙ্গা লাইজ ঈরেন্‌পুঙ্‌দ বাইথুংলবগ উৎসব মণ্ডম্ অথোইববু তৌন কোরও লন্‌শা লোম্‌খিয়ে।

---

ওয় থোইন কপ্‌নরে। হিমালয়গুম্ পুক্‌চেল্ লেঙ্‌দব মনাউ ঈবুংঙোন হায়জব বা অদু তারগ মহারাণীনচিংবীদি সনা কোনুংদে শঙ্গাই মনুংদ হল্‌লক্লে।

[১৩] ময়াম্‌বুং ঈবুংঙোগি অশিবগি তৌফম্ থোক্‌প থৌ পুন্নমক্ নহা ওইরিব মচা ঈবুংঙো রামসিংহন নুমিৎ খুদিঙ্গি পোরোক্ পিশু কৎলক্‌পন নুমিৎ ১২ নি শুরবদ ক্ষেত্রিগি হৌনব মতুংইন্‌ন যুম শেংলে।

[১৪] তরাহুমদোইনি শুব নুমিৎত শোরাথকি চঙ্‌গদব ফম্মুংনচিংবে পোৎচয় মশিঙ্ শুন হাপ্পগ পুরোহিতন বেদ মন্ত্র শোনদুন মতিক্ চান দান্ দক্ষিনানচিংব তৌদুন লাইদ কৎলগ অশিব য়াইফনব থবক্ তৌরে।

[১৫] অদুগ নোংমে বাৎলিঙেদ সংকীর্ত্তনন অধিবাস হৌন পালা অনীন অহিং নুংথিল্ অনীমক্ত অরেপ্প নাইদন শিল্‌লোল্ শিনজিন হরি সংকীর্ত্তন শক্লগ কোর্ত্তালগি মখোল্, পুঙ্গি পুঙ্‌লোল্ মখোল্ ময়াঙ্ হওদুন শিখিব প্রেত অদুগি য়াইফনব মথৌ তৌব লোইরে।

[১] মৈতেঙ্গু মহারাজগি চিন্তামনি অদু মহারাজগি সেবক্ অচানব নোংমাইথেম্ মিমি শেল্‌লুংবহন্‌ন মণ্ডত শিদুন পুরগ ঈশিংগি মরক্তগি অথোইব গঙ্গাগি ঈশিংদ থাদরগ অথোইব মথৌ উৎসব চাউন কন্নুন নোংগানবগি থবক্ লোইখ্রে।

# গম্ভীরসিংহ নোংগাব

## তৱুক্শুব পন্দুপ্

(১) লাইরেল্ মশাবি তুবি চিঙ্‌লোল্ নোংদ্রেন্ খোম্বন কোরও নোংগাখিব অসীবু লিক্লাই মশানৌ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্হেবদি হৈনা মতুং ইন্নন সনা মময় ৱাইঙম্দবগি পূক্নিঙ্ নুংয়েং চেংন লেল্লকলে।

(২) পোইরৈ চারী কুই, ৱাংঙম্ খোম্দোন্ শাংন খম্লাং পারেপ্ থোই, ঈরেং পুরেপ্ হেন্‌ববু লোক্লৌ শান কোয়থিং নানম্ শক্থংলক্কে।

(৩) নয় নুংবাল্ হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুনশিব নয় নুংবাল্ লৈবু লৈবায়নন অৱাং কৌব্রু অসূপ্পবু খোয়ম মায়োক্ য়ান য়াম্চেং থাফংন শেল্লোয় চিঙ্‌মায় লংমাই লংব চিঙ্‌বু শারেল্ য়েংওইনন পোইরৈ সনা লৈবাক্ ঙাক্লে।

(৪) পোইরৈ সনা লৈকোয়পুঙ্ অসীন পূখ্রি লাইজ ঈয়োক্কোম্বু ওই,

---

[১] ময়াম্বুং ঈবুংঙো তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্ব মহারাজন নোংগাখিব অসিদ মনাও ঈবুংঙো নরসিংহ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্হেব যুবরাজদি ময়াম্বুং ঈবুংঙোগি মতুং ইন্দুন শিব ঙম্দবগি মথবায় ৱান পূক্নিংদ মতু শোম্ন লেল্লকলি।

[২] লৈবাক অসী মতম্ কুইন পান্দুন মখোয়গি থারান চাউন মপাবুংদগি থোইন চাউব, মবুথৌদগি হেন্নন কুইন চাউন পানব মায়কৈ মরিমক্ কোন্শিন্দুন শক্থংলক্লে।

[৩] নবুথৌ ঈবুংঙো হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুনশিবগি মপুন্শি ফংনব অৱাং মায়কৈদ শুপ্ন চাউন পানব কৌব্রু লাইবু মায়োক্‌ন ঈথাদ কোন্দুন অদুগ নুমিৎ থোক্পদ মমায় লংব শেল্লোয় লংমাই চিঙ্‌বু য়েংওইনন থম্দুন মণিপুর সনা লৈবাক্ ঙাক্লে।

[৪] চিঙ্‌ন কোয়ব মণিপুর সনা লৈবাক্ অসীন ঈশিং য়োক্লব পূখ্রি অচৌব ওইরগ,

লিক্‌লাই পোইরে নিংথৌ অখুব চিঙ্‌থংলেল্‌ পাম্‌হেবন থম্‌লা খেন্‌চোং ওই, লাইরেল্‌ কোরও ঈনোংথৌন সনা থম্‌বাল্‌ লৈবু ওই, পোইরে লৈবাক্‌ অয়াম্‌বন ঈমায়্‌ পক্‌প থম্‌লাগুম্‌ সনা থৌগল্‌ তৌন শিঙ্‌লেল্‌ লৈকা ফল্‌ লাইজ ঈবাইনন শাৎপগুম্‌ পোইরে লৈবাক্‌ ঙাক্‌মন্‌নরে।

(৫) তুবি মপাচা লাইরেল্‌ ময়েলল্‌ পুন্নমদি অহিং অমম্বু ওইখরে। পোইরে যুবরাজ শ্রীনরসিংহ চিঙ্‌থর্‌লেল্‌ পাম্‌হেবদি বাক্‌য়ে খব্রাঙ্‌ তোংবগুম্‌ পুক্লিঙ্‌ ঈকাইচন্‌ন নুংপঙ্‌য়ে।

(৬) লাইরেল্‌ মপারি নাউবা অখুব লাইনিংথৌগি য়োয়্‌ন থৌগল্‌ শোয়্‌দুন মীনোক্‌ লাংদ থুগবরা শোংকিয়ে। লাইরেল্‌ মশাবিগি কোরও নোংকানোংগি বারম্‌ অচেৎপ, নিংথৌ পুক্লিঙ্‌ কায়্‌খিব বাবু খন্‌বদ মায়্‌থোং কুচু লাংশিল্‌লী।

(৭) তৌইগুম্‌ তাইবঙ্‌ চৎন মহৌশা খম্‌নুং শবা তান্‌খিবন কোরও নোংজ খুদিঙ্‌বু নুংশি নৌহৌনয়ে। লাইরেল্‌ মশাবিদি কোরও নোংকাব্রবগি নোংম নোংমগি

---

মতোল্‌ ঈবুংঙো মৈতৈ লৈবাক্‌কি যুবরাজ চিঙ্‌থংলেল্‌ পাম্‌হেবন থম্‌লা খেন্‌চোং ওই লাইগি মকোক্‌ কুম্‌ব মীতৈ নিংথৌ লাইওইবন সনাগি থম্‌বাল্‌ লৈ ওইরগ মণিপুরগি প্রজা পুন্নমক্‌ন ঈরা তাব থম্‌লা ওইদুন সনা থৌগল্‌ তৌজরগ থম্‌বান্‌ন লৈকা ফন্‌ন শাৎলগ ঈশিংগ ঈরোয়্‌নন হাই হুম্‌ন শাৎপগুম্‌ মতোল্‌ ঈবুংঙোগ লোয়্‌নন মনিঙ্‌ তৌন মীতৈ লৈবাক্‌ ঙাক্‌মিন্‌নরে।

[৫] নিংথৌ মহাক্‌কি মপা মতোন্‌ন পোক্‌প মচিম্‌নাও, মরী মতা পুন্নমক্তি অহিং অম্‌বদ মায়্‌কৈ মকম্‌ খঙ্‌দবগুম্‌ তৌকম্‌ খঙ্‌দন লৈরে। অদুগ নরসিংহ যুবরাজ চিঙ্‌থংলেল্‌ পাম্‌হেবদি মখোয়্‌গি মতৌ উবদ হি অনী ভোংবদ খুদোংথীব অদুগুম্‌ পুক্লিঙ্‌ চিংনবন লাঙ্‌তক্‌নদুন বাখল্‌ লাম্‌ব কংদরে।

[৬] মচা ঈবুংঙো অঙাং ওইরিব নিংথৌ পিশক্‌ অদুগি থৌগল্‌ তৌবদ শোয়্‌খিদুন কল্‌লক্‌ মমাঙ্‌দ চাং তাদুন য়েন্নবগি মীনোক্‌ চঙ্‌গদ্রা হায়্‌বগিসু অকিব পোক্‌ই। অদুগ ময়াম্‌বুং ঈবুংঙো মহারাজন নোংকাব মতম্‌গি অথুম্ন মরম্‌ অদুগ মহারাজগি সনা পুক্লিঙ্‌ কায়খিব বা পুন্নমক্‌ খল্‌লুবদ সনা মায়্‌থোং লাংশিল্‌লী।

[৭] তৌইগুম্‌বসুঙ্‌ তাইবংপান্‌গি হৌনবী অশিবন নোংম নোংমগি কাউরক্‌প, অপোক্‌পন নোংম নোংমগি নুংশিব হেন্‌গৎলী। ময়াম্‌বুং মহারাজন নোংকাব্রবগি নোংমে

মকাউশিল্লকপন লিক্লাই মপাতোন্ চিঙ্থংলেল্ পাম্হৈবন লাইরেল্ মপারি পোইরে নিংথৌহন্বগি বায়েন্দ ঈনুং থাউমে ঙান্বগুম্ ঙান্ন পোইরে লৈবাক্ ঙাক্পবু নুংঙাই মরাং কায়রে।

(৮) লাঙ্হৈ কুম্জা খুদিঙ্দ লৈপাল্ য়াংলও হুয়্রম্ চেল, তন্মু নাকল্ ফু হিয়াঙ্ কংতং য়য়ন লোইতাম্ কম্শা নোংদ সনা য়োয়্কোম্থংগি দুলাই লেংজাউ তোংনে পানম্ য়াথোক্লকপবু পোৎলোই মশিঙ্ শু, পে থরো কুয়োম্ব থাজ শক্কোয় মান্বগি চয়রে ফিতুপ্ তৈন চোম্বরকপ লৈনান শিঙঙেল্ থম্বাল্ লৈগি লৈরিক্ মকোয় মাল্লে।

(৯) মালংনে লিরি হুম্বদ সনরিক্ তন্দুম্ পাইগুম্য়ে। পুন্দোল্ সনা য়োম্বন তরং চেংলও মিৎপু পুন্দোল্ লৈখোঙ্ খাদ চেক্লা বাহোং মৈপুঙ্বী মালংনে লিরি হুম্বদ মান নোয়্ন ঙাইখম্ব চিঙ্নুং নোংথাঙ্ কুপ্কুমঈ।

(১০) সনরুম্ন পেগি মখাদ তম্ফা য়াইরং চাম্গুম্ন লাইরেল্ কোরও

---

নোংমেগি কাউশিল্লকপন মতোল্ ঈবুংঙো চিঙ্থংলেন্ পাম্হৈবন মচা ঈবুংঙো মহারাজগি বায়েল্ থৌদা পুবদ অমম্ব অহিংদ থাউমৈন ঙান্বগুম্ ফজন বায়েন্বদ লৈবাক্ পুম্নমক্ নুংঙাই মরাং কায়ন পাল্লে।

[৮] চহী খুদিঙ্গি ভুরেল্ লৈরাইদ খোঙ্বাল্ চেন্ব, হিয়োয়শিংন নওখৎ তোয়ন হোৎলগ হিয়াঙ্ হোন্দুন কুম্গি হিয়াং কুম্মে তৌবদ মহারজন সনা কোনুংদগি দোলাই লেংজাউ তোংদুন মপান্দ লেঙ্থোক্লকপদি নিংথৌগি পোৎলোই মশিঙ্ শুন পুবদ থরো মচু মান্ব পেগি কুয়োম্, থাগুম্ কোয়্বদ ফিথুপ্ নাইন থুম্ন লৈনান য়াম্বরিব অদু থম্বাল্গি লৈরিক্ অকোয়্বগি মতৌমাল্লি।

[৯] তপ্ন শিংপ নুংশিংন লিরি হুম্বদ সনা মরিক্কি তন্দন্ পাইবগুম্ ফজে। পে মতোন্গি পুন্দ য়োম্ব সনাগি মঙাল্ অরংবন মিৎ লংখৎলি। পুন্দোন্ মখোঙ্দ থেংপ বাহোং মতু ময়ায়্দ নুংশিংন লিরি য়য়্বদ মান হাইন হুম্ন খাঙ্ব অদুন চিঙ্নুংদ নোংথাঙ্ কুম্নগুম্ ফজে।

[১০] অদুগুম্ব সনরুম্ন পেগি মখাদ মৈতেঙ্ঙু মহারাজন মীপুম্ খুদিঙ্ন পাম্লব

ঈনোংথৌন ফম্‌ফম্‌বদি মিৎথোঙ্‌ চামন য়েংনিঙ্ঙঈ, কোম্রোয়্ য়াথং অমেঙ্‌ব নাকোঙ্‌ চামন তানিঙ্ঙঈ।

(১১) মোইবুঙ্‌ থিন্‌কামন, নুংশি শমৈ লেল্, চিম্‌বাল্ তারি খোং, শিঙ্গা খোঞ্জেল্ চাউ, খোঞ্জেল্ য়াইফরিব খৈবিক্‌পু চয়্রোইনন লাঙ্গোই শজিং মাঙ্‌দ থা, শগোল্ শামু পরেংশা, খুৎশু খুৎলাই মথৌ হেল্, চিঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেন্‌ন মালেম্ লৈতারক্‌পগুম্ নিংথিজে।

(১২) শাবল্ লান্‌থোঙ্‌ শিল্ কংলা লাইবা পরিং তম্‌ন পোইরৈ লৈবাক্ ঙাক্‌পদি তেৎনৌ চিদাই নাইদে, মালেম্ পাংশোয়্ নীক্‌তে। কোম্রোয়্ য়াথং অরেম্ন সত্য বাচৃম শূবন শাগে মীচঙ্‌ নাইদে, ঙাইরী মরা চৎতে, নমু মীশক্ য়েংদে।

(১৩) য়াথং বাশক্ কায়্‌দবন কোরও হন্‌কাঙ্ঙনদে, কুম্‌বী য়াম্‌চেং নীক্‌তে। নোংলেল্ ঈতা ফবন থাঙ্‌য়ি মপাল্ ফা লোইমোম্ মহয়্ চুম্ন পাল্‌লে। শংলৌ মনা লেক্, য়েল্‌লাং মকা লাম্‌ন তড়া চাক্‌হোঙ্‌ব, চয়রৈ ফিহোঙ্‌ব, কাওরেল্ শল্

---

সনাগি মথক্ত তম্মান থাম্‌বগুম্ ফম্ব অদু মীপুম্ খুদিঙ্‌মক্‌ন য়েংজনিংঈ। তাক্‌পিরক্‌প নুংশিব মরাহয়্‌বু মী পুম্নমক্‌ন তাজনিংঈ।

[১১] মোইবুঙ তোয়্‌ন খোং, পেনা শমৈ নুংশিন লেম্দুন বাশিগি নুংশিব খোঞ্জেল্ শিঙ্গাগি অহওব মখোল্ অসীনচিংব নুংশিব খোল্ য়াইফব মখোল্ পুম্নমক্‌ক শাগি মকোক্ শগোল্ য়াইশন মাঙ্‌দ থারগ শগোল্ শামু ময়াম্‌ন পরেং চৎলগ, থৌরব খুৎশু খুৎলোইগ লোয়্‌নন লেঙ্‌থোক্লক্‌পদি সোরারেল্ কৌব লাইন পৃথিবীদ কুম্নক্‌পগুম্ নিঙ্‌থিজে।

[১২] শাফম্ লান্‌ফম্‌দ লান্‌থোঙ্‌ শীম্ব, বায়েন্‌শঙ্‌দ কম্‌দুন লৈবাক্ বায়েন্‌বদ চুম্‌ন লৈবাক্ ঙাক্‌পদ অচাল্ অরায়্ নাইদে লম্ য়েংনে বায়েন্‌দে। তাক্‌পিশিব সনা য়াথং হোংদব, অরেম্ন বান বায়েন্‌বদ শাগৈ য়েংদে, মরী মতাগি বা থম্‌দে অদুগ মীশক্ মীমায়্ য়েংদুন মীচঙ্‌ মীথায়্ নাইন বায়েন্‌দে।

[১৩] নিংথৌন হায়খিব হোংদব, বাশক্ কায়্‌দন বায়েল্ চুম্‌বন কুম্‌থী কুম্‌কাংদে। নোংচু ফজন মতম্ চান চুবন ফৌবাল্ মপুঙ্‌ ফাদুন মহয়্ মরোং চুম্ন পাল্‌লী মনা মশিঙ্‌, য়েন্‌শাং নাপী মতিক্ চান ফৈ, চাক্‌হোঙ্‌ ঙাহোঙ্ঙঈ। মফি মরোল্ হোঙ্‌ব, মশল্ মওক্

হোঙ্‌বগি মগ্ণা-মফৌ লেম্, মকোং মতাই থন্‌ন নুংঙাই মরাং কায়ন পোইরে মরাঙ্‌ হও বাঙম্ মনিল্ নাইন পাললে।

(১৪) হী মরু শিদব য়াই মরু মাঙদব নীলমনি য়াইওহোক অহিং ঙানব য়াইনচিংন খুংশু খুংলাই হী ওই য়াই ওইরিব খৈবিক্‌সুঙ্‌ শেরি মখোঙ্‌ পান্দবন চেন্‌শিন্‌লক্‌য়ে, মুংফি মশা পান্দবন পাইশিল্‌লক্‌য়ে। বায়ম্ অসুম্ তৌন নুংঙাই মরাং কায়ন পাল্‌লে।

(১) লাইরেল্ কোরও ঈনিংথৌ নাউবা অথুবন লিক্‌লাই মপাতোন্‌গি শয়েঙ্‌ মযুম্ থুগ্ন নুংঙাই মরাং কায়ন পাল্‌লবদ পাম্ব থাকুব, কৈরেল্ নুংনাইব, চিঙ্‌য়া পন্‌কোয়ব, শদু নাফমব হাউনা ঈশং খপ্‌থব, লোক্‌লৌ নাপোম্ তোইতাওব থিঙলও মহীশাং

(২) শারেল্ মঙাইরোয়বু খুংপুল্ লাম্নোয়্ থা, ঈমু তোংতম্ চিংন চাক্‌চানব, নমু মীহিং চাব হুম লাউব খোঙ্গেন্‌ন মালেম্ লৈবু নীক্, নাপোম্ চিঙ্‌চেপ্ য়ুহারা খুয়া

---

হোঙ্‌বন মফৌ মচেঙ্ লেম্‌দুন ফৌকয় চেঙ্‌গয় থন্‌ন লৈদুন নুংঙাই য়াইফন খুঙ্গাউ লৈচাউন পাল্‌লী।

[১৪] হী পুন্নমক্‌কি মরু ওইব পোৎ, অমাঙ্ অতা লৈতব য়াই পুন্নমক্‌কি মরু ওইব ওহোক্‌প য়াই, অহিং ঙানব নীলমনি নচিংব য়াই, অদুগ হী ওই, য়াই ওইব খুংশু খুংলাই কয়া লৈরে। মখোঙ্ পান্দব শেলন, চেনশিন্নক্লে, মশা পান্দব ফিসু পাইশিল্‌লক্লে হায়্‌বদি শেল্ কৎপ, ফি কৎপ মী কয়া মথা পোল্‌লরে। অসুম তৌন চাব শেৎপ বাৎতন নুংঙাইন পাল্‌লে।

[১] মণিপুরগি নিংথৌরেল্ অঙাং ওইরিব অদুন মতোল্ ঈবুংঙোগি মযুম্ থুগ্ন অবাং অপা লৈতন নুংঙাইন পাল্‌লবদ মকুম মথা নাইব নুংঙাইথোক্‌প হৈব কৈ, চিঙ্‌য়া কোয়ন চৎপ পাম্ব শদু মযুম্‌দ শালুম্ব, হাউনাদ পক্‌প ঈশিং নীক্‌থদুন মহাক্ লৈব খঙ্‌হন্ব, লোক্‌কি নাপোম্‌দ তোয়ন লৈগন্ব কাঙ্‌বু, মখোয়্‌গি জাৎ।

[২] লোয়নদুন লৈমিন্নরিব শাশিংবু থুদুমন থাদুন হালগ চরম্‌দ ঈ চিংদুন থক্‌পন চাক্‌চা ওইনব মী হিংন চাব, হুম্ হায়ন খোংলক্‌পদ লৈপাক্ নীক্‌প চিঙ্‌গি নাপোম্

লৈফুল্ ফাওন মিপাই কোকৃঈ কা, থবায় মিরেল্ পাই, মিরেল্ নোংথক্ কান শোংকিব পান্ব য়েক্লাব

(৩) কৈরেল্ য়েক্‌তৈবন কাওরেল্ শল্‌য়াম্ চারে হায়ন লাইরেল্ সনা মখোঙ্খাদ ৰাকৎলরবগি লিক্‌লাই কোরও নোংপাখং অতেংব, নুংনাং চয়ারোই অহেন্‌ব ময়্ লাইরেল্ মৈতেঙ্‌ঙু শ্রীযুক্ত গোপাল সিংহ বৈষ্ণ থোংনাং ময়াম্‌ব ভক্তি ঙঙোয় থোংবু চুনব রেখে তেল্‌হৈব হুয়েল্ কলামুং ফাব নোংপোক্ ৰায়রং পাম্‌হৈবগি সনা মমিংলেন্‌ন মৈন ৰায়ন মিথোংফব,

(৪) লিক্‌লাই চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈব থোংনাং লাইজিঙ্ মল্‌লোম্ তুপ্ন পোইরে লিন্‌থোই ঙম্‌ব, লিক্‌লাই নোংথ্রঙ্ পানচুম্‌ব অবাং নোংশু নহা লীখিঙ্ তেন্‌গুম্‌ব কোঙ্‌য়াঙ্ শায়েং কাই, শগাই পল্‌লাক্‌থক্ত তোংন লিক্‌লাই নোংমৈ মখুৎশু পান্ব কৈরেল্ খোম্ব পুনুং ফাইখোক্ হয়্‌গুম তেৎনৌ উতোং অনী ফাংব তেঙ্খল্ অনী লোঙ্‌বন মিৎয়েং পানচুম্ থোই, খোইম নাশোল্ য়েংন পান্ব থনুং থিংন কৈরেল্ নুংতং লেংন লুতুরে, কৈরেল্ খাঙ্‌লেল্‌লে।

---

চিঙ্‌চেপ্ত যুহারাবগুম্ নীকৃপদ খুয়ান নেৎপ লৈপাক ফাওদুন কোক্ ঙাওন মিপাইনব, থবায় মিরেল্ পাইন কিনব কৈ লাব,

[৩] কৈজাউন শল্ য়াম্‌ন চাবগি পাউ মহারাজগি সনা চরন্‌দ হঙ্গৎলরে। নুমিৎকুম্ মশোং চাউব, মপুক্‌চেল্ মথৌনাদ অথোইব শ্রীযুক্ত গোপাল্‌সিংহ বৈষ্ণব ওইব, ময়াং লৈবাক্ ঙম্‌বগিদমক্ ময়াম্‌ব কৌব ভক্তি মরম্‌দ শীকৃকুম্ পক্‌চব, তেল্ কাপ্পদ মপা লৈতব, লাল্‌ফম্‌দ কলামুং ফাব, নোংপোক্ মায়কৈবু পাম্ হাইবগুম্ অখাকৃপ লৈতন লোইচন্‌বগি পাম্‌হৈব কৌব গরিবনিবাজ মহারাজগি মিংলেন্‌বু শম্‌থরক্তুন মমিংথোন্‌ব।

[৪] মতোন্ ঈবুংঙো চিঙ্‌থংলেন্ পাম্‌হৈব ময়াং লাইজিঙ্ মপূক্ নুংঙাইতব লম্মল্ খুম্‌নিংব পুম্নমক্ কোক্‌হন্‌ব, মীতৈগি মরিংজেল্ ফব মী পুম্নমক্‌পু ঙম্‌ব, তেন্ কাপ্পদ সোরারেল্‌গি নোংমৈ শিঙ্‌জংগুম্ শোয়্‌ব নাইদবন ৰান শাব শা য়েংনেব শগাই মথক্তা তোংলগ নিংথৌগি খুৎশু কৈয়াম্ হাৎলব লফোয় ফাইবোক্‌কুম্ উতোং অনী লোঙ্‌ব, তেঙ্খল্ অনীশুব নোংমৈ মখুৎশুন মিৎয়েং পান্‌দম্‌ফম্ চুমন নাপী লেঙ্‌ব নাশোল্ য়েংলগ কাপ্পন কৈগি থনুং ফাওন পান্‌দুন হাৎলে। কৈ অদু তাদুন লৈরে।

(৫) লোইদাম্ ঈঙেল্ থাচেৎ অমগ থবাল্ থা থাচেৎ অমগ কোরও নোংবুম্ ৩৩ নিদ পাম্ব কৈশিঙ্ কুন্‌মাথোই শূন ফারবগ লাল্‌লোই মোংশাম্‌কৈন্দ শারেল্ কৈফাপুঙ্বু থোন্‌ন পোইরৈ খুঞ্জা হও, তয়ুম্ নাইজা তিন্‌ন শারেল্ কৈফাপুঙ্বু হোঙ্লে।

(৬) লিক্‌লাই নিংথৌ অখূব চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈবগ নোংয়ায়্ খুমন্ নিংথৌ অতোল্ থিংগোন্‌হন্‌ব ময়্ সনা ঈদগি চিন্নওফব নোংয়ায়্ হাওবম্‌চা মন্ত্রী বাপী হায়বগি মমোম্‌লোন্ য়োয়্‌বু তম্পাক্ লৈমগ শিঙেঙল্ শেৎনদ লৈরাং খাইনদ নুমিৎ থাগি মতম্‌গুম্ পুনশি চারী কুই, বাঙম্ খোম্‌দোন্ শাংন পোইরৈ সনা লৈবাক্ ভাক্‌ন তোলোই মহয়্ চাববু লেপ্‌ন ওইসুনো।

(১) লাইরেল্ তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্‌বগ লিক্‌লাই মশানৌ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈবগ অনীমগি গুণ মতিক্ অবুব অসীবু করম্‌ন তেংথাবুসিবনো, থাঙম্‌লোইয়ে।

---

[৫] ঈঙেল্‌গি থা মচেৎ অমগ থবাল্ থাগি মচেৎ অমগ নুমিৎ ৩৩ নিদ কৈ ২১ ফারগ মোংশাংগৈদ কৈফাপুঙ্ থোন্নগ খুঞ্জা নাইজা পূন্নমক্ তিন্‌দুন কৈবুঙ্ হোঙ্লে।

[৬] নরসিংহ যুবরাজ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈবগ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ থিংগোন্‌হন্‌বগি ধারা হাওবম্ চা মন্ত্রীগি মচানুপী তম্পাক্ লৈমগ অনী অসী শেৎন খাইনদন নুমিৎ থাগি মতৌগুম্‌ন মতম্ কুইন পুনশি নোংশাংন লৈবাক্ ভাক্‌তুন পান্‌ব ওইসনু।

[১] মৈতৈগি নিংথৌরেল্ তুবি চিঙ্‌লেল্ নোংদ্রেন্ খোম্‌ব মহারাজগ মনাও ঈবুংঙো নরসিংহ চিঙ্‌থংলেল্ পাম্‌হৈবগ মচিন মনাও অনীগি মতীক মগুণ অবুব অসীদি মতৌ করম্‌ন হায়্‌সিবনো কনানসু হায়্‌ব ঙম্‌লোইদবনি।




লোইরব